# শাম্নবুণ্ডলা

( অমম্নুং অতৈ বারিমচা )

ডঃ চিত্রেশ্বর শর্মা

# ৱামাঙ য়ানবা

ৱারিমচা থৱা পুনশনবা লাইৱিকনি। শোক '৪৬তগীনা ছজীক ফাওবসিদা ইবনি। করম্বা শোকতা ইবলো হায়র্বদু পনজত্রে। ৱারিগী মওংদগী করম্বা মতমদা ইবলো হায়বদু পাবি-ৱিবশিংনা চাওৱাকপা অতুম্নক থঙবীগনি নিংঙৈ।

অইবা

# শান্নবুঙদা

অশংবা নাপীনা চাং মান্নবা হৌরবা লম্পাকনি। তুংথিল খুদোং অকোয়বদা লৈরিবা অঙাংশিংগী শান্নবুঙনি। কয়ানা কাংজৈ শান্নরি; খরনা খোঙ্গাওবী শান্নরি।

চিদাই অমদা তোম্বাগা বিধুগা চৈতেক কোংপী শান্নরি। বিধুনা হায়রকই, "তোকলনি! পানজনদি নংনা পংথোইদা থোই!"

"তোকপা য়াই হায়বরা? শান্নথিনি হুমিংস্থু তাগদবা য়াংলি" তোম্বনা হায়রকই।

বিধুনা শাওরগুনা "অতু ওইরবস্থু ঐনা খাঙবা চৈতেক কোংপিনি" হাযত্তুনা চৈ অনিমক পায়শিন্দুমা থমখ্রে।

"করিগী তোকনি!" হায়গুনা তোম্বনা বিধুগী মখুৎতগী চৈ অনিমক মুনবা লাকরমই। চহি তরেৎতা ঙাইরিবা বিধুনি। কনবা হেনবনিনা তোম্বনা মুনবা ঙমখ্রে। শাওরগুনা অতেনবা চৈ অতু অতোপ্পা চৈ অমগুনা শান্না থোমদোকখ্রে; অতুগী মথংদা চৈ অতুমস্থু লাপ্পা হুনদোকখ্রে।

বিধুনা "ঐগী চৈতেক কোংপি শিংঙো" হায়রগুনা কপ্পা হৌরকলে। "করিগী শিংলুগনি" হায়না তোম্বনা থুমলকই। বিধু হেন্না কপথংলকলে। তোম্বাস্থু শাওরগুনা "মসিগী অঙাংসি" হায়রগুনা বিধুদা ফুরকলে। বিধুস্থু মচিন থির থিরগুনা হান্নদগী হেন্না হৌনা কপথংলকলে।

বিধুগী মমানা অরাপ্পদগী, মচানা কপ্পস্থু তাররগুনা "করি তৌনরিবনো" হায়রগুনা চেনশিল্লকলমই। "মীগী চৈতেক কোংপি লংস্থু লংথোকপিখ্রগা মিঙোন্দস্থু অমুক ফুরীবনিনে মানা" হায়রগুনা মমাদা কপ্পা কপ্পা তমলমই।

"শান্নখিসি হায়রগা মানা য়াদ্রিবনিনে" তোম্বনা হায়রকই ।

মমানা শাওনা "অত্তগবু মীগী মপোৎ হেক লংথোকপন্না ? নখোয়না থন্না চাওরগা অঙাং ফুবীবসী তৌসু হায়না কয়ারক হায়ন্ত্রা" হায়রত্তুনা তোম্বরোমদা ফুগদবগী চেনশিল্লমই । তোম্বদি ভান্নবা ফঙ্-দবমথৈ য়াংনা চেনখ্রে ।

"মখিবোং চারমদাইদদি হেক্তা লাক্তুনা মূনা মূনা য়েংলগদবনি । ইচাগী মমান্নবনি, তিন্নবনি হায়ত্তুনা ইচাগী শরুক্তগী খাইত্তনা পীজরিবনি । অত্তগা অঙাংবু ফুবসাইয়ে । ফৌশু-ললোন্দুনা চাবা লুপ্রাবী মচা মানস্থ ।" হায়না চৈরু-চৈরত্তুনা মচাবু মাং থানা পুত্তুনা হনখিরমই ।

বিধুগী মমাদো মযুমলোমদা হনৃখিগদবোই থল্লমই । অত্তবু তোম্বখোইগী মযুমলোমদা চংখরে । মমাবু কোইকৌ কৌরমই । "ইচে ! হকচাং ভমদত্তুনা খদেনস্থ কাদ্রে, করি ওইরবনো" হায়না ফমুংদগী থুমলকলমই ।

"ইবেম্মা ! নচানা ইচাদগী চহি অহুম তেল্লা হল্লিবনিদো ! মখোইনা থন্না য়েংবিগন্ত্রা হায়রগা ফুবী হায়ত্তনা মমীৎ মমাই ইপোম্ পোমলিবসিনি, নচাসে ব্লারকউকো !" বিধুগী মমানা শৌ শৌ লাওনা খোন থারমই ।

"খঙ্ব্রেনে ইচে ! মসিগী হাক্তকতা ঐস্থ মীরা য়াম্না তার-বনিনে—" হায়বা লোইদ্রিঙৈদা "নচাদো ঐখোয়দগা চংহন লাকহল্লকস্থ" হায়না বিধুগী মমানা হেন্না শাওনা হায়রমই ।

"ইচাবু কয়া নানা ফুরবনোনে— লাকখিসম্ভ ঙসিদি হিংচাবত্তু ! ইশিং পিথকঅ ফুর, ইশিং পিথকঅ ফুর তৌগে" হায়রত্তুনা তোম্বগী মমানা বিধুবু নানবীরমই ।

"মৈতৈ নুপীশিংসে ! মচাদি ব্লারকে হায়বা লৈত্রত্তুনা" হায়-রত্তুনা মচাবু থংচিং চিংথোকলমই । "খঙ্নি নং ! মাগা হেক তিন্নৌ, ঐনা তৌবা য়েংউ" হায়না মচাদা ওনশিন্দুনা হায়রগা মচা পুত্তুনা বিধুগী মমাদো থুনা য়াংনা হনখ্রে । তোম্বগী মমানা তিঙক তিঙক য়েংত্তুনা মথক্লাই হুংঙাইতনা লৈহৌই ।

(২)

মমানা কাংথল মহুংদা লৈরিঙৈদা তোম্বনা ইমুংদা লোম্না চংলকলে। থাংগোনবী পুন্থনা তুমিন্না অমুক থোরকলে। চৈত্তেক কোৎপি তম্না থাঙলগা হয়েং অমুক স্কুল কাবদা বিধুদা শিংননবনি। মমাং থংবা হিঙ্গোলগী রাপলদা কাথৎতুনা রাশা য়ানবা হৌরকলে। 'কনানো, কনানো' হায়রহুনা যুমলোমদগী লাওরকলে। রাশা অহু রানবা লোইননবা য়াম্না থুনা হোৎনরমই। ইমুংগী মীনা চৈনা চৈনা তান্নরকলমই। তোম্বনা থাং অহুগা রাশা অহুগা পায়রহুনা কন্না চেল-লকলে। মযুমলোমদা চেনশিল্লকঅমই। রাশা অহু নাপী মরক্তা লংশনখ্রে। হেক লংশিনবা থুদক্তা তান্নরকলিবা হুপা অহুনা তোম্ববু মখুদাংদা কারমই। "পিতৎ-পাতৎপা মচা" হায়না চৈর চৈরহুনা অঙাং অহুবু কন্না ফুবা হৌরকলে।

"করি তৌরবনো" হায়না মমানা ইমুংদগী ফিংনা চেনথোক-লকলমই। কপলোহদবগী ফনা থাঙলমই; অহুবু হন্না হন্না ফুরবদা থাঙবা ঙমদ্রহুনা মখোল হৌনা কপলকলে।

"তৌবিহু, তৌবিহু" হায়রহুনা মমানা মচাবু চিংথোকলমই।

"হুমীৎ ফত্তবা শিংসিদা রা রানবীহুনা রাশিংসে ঙমনা রা ওইবা ঙমত্রবনি, মপাল লোইনা শারবনি" হায়না শাওনা লাওরমই। "তানজ্ঞাসিদা ফুহৌদ্রবদি" হায়রহুনা লামহুনা অমুক ফুরমই।

"নংগী নচা অসিগী হাক্তক্তা লৈকাই কাইনগদৌরিবনি, নচা রারকউ ইবেম্মা!" হায়না অকনবা থোন থারমলগা হুপা অহু হনখ্রে।

"হুজিকনা হুরানবা তমলবরা?" হায়রহুনা কল্লক কনজ্ঞাও থোকনা মমানা অমুক ফুবা হৌরকলে। তোম্বনা কপনা কপনা ইমুংদা চেনশিনথি। "মচা হুপা পোকপা হুঙাই হুঙাই হায়রিবসিবু কদায়দা হুঙাইরিবনো" হায়না খন্দুনা মমীৎতা পীগী ইরা চেনথি। মীরা তাজ্ঞ-রবী মমানা "লায়রনা পোকলম্বা অসিনসু অরাবা অসুক নংলিবনিদকো" হায়না ঈশ্বরগী মফমদা রারৌজথি।

"কপতুনা লৈহু, সন্ধ্যা ওইরবনি" হায়না মমানা লাওরকথি।

শাম্নবুঙদা অমস্তুং অতৈ রারী মচা

মতম অসি নিংতিগীদি য়ুমদা লৈবা মতম নত্তে. কৈথেলদা পোৎ য়োন্দুনা লৈবা মতমনি। তোম্বনা সন্ধ্যা মতমদা হনজিন্দুনা ধুপ থাংমৈ থাদুনা লাইরিক ঔরাইদুনা মমা কৈথেল কুমলকপা ঙাইদুনা লৈ।

মহৌশাগুম তোম্বনা ধুপ থাংমৈ থাবা লোইখ্রে। মমাদি চাক চাররোই, লৈরিবা চক্কিক অদু চাথোকলো হায়রকলবদা তোম্বনা চাক অদু চাখ্রে। ঙসিদি তোম্বা লাইরিক ঔরাইখিদ্রে; চাক চাবা হেক লোইবগা মথুৎ হামবোই হামদবোই ফমুংদা চংদুনা তুমখ্রে।

( ৩ )

অয়ুক ওইরকলে। ঙম্না হৌরদুনা তোম্বনা রাশা অদুনা চৈতেক কোৎপী খাঙ্‌লে। খাঙ্‌বা লোইরবা মতমদা বিধুসু লাইরিক য়েপ-লদুনা কোম্বোংময়াদা লেপতুনা লৈরমই। তোম্বাবু স্কুল কাবা হৌবা লাকপনি। অদুবু ঙরাং খৎনখিবনিনা হেক কৌবদি ঙমদে। তোম্বসু মক্তি মরোল থুনা শেৎচিল্লদুনা লাইরিক পায়রদুনা থোরকলে।

বিধুগী মনাক য়ৌরকলবদা 'শে নঙগীদু শিংলবনি' হায়রদুনা চৈতেক অনি অদু তোম্বানা পীরমই।

'শিংত্রবসু য়াইদা' হায়রদুনা লৌদি লোরমই অদুগা হায়রকই, "ঐগী পৈশা অনি য়াওরিবা অসিনা চনা লৈদুনা চারগা স্কুল চংসি কো তোম্বা!"

"অঙ্‌ চাসি! চৈতেক কোৎপী অদু য়ুমদা থমজল্লমও! অদুগা পয়প পয়প চৎসি" তোম্বানা হায়রমই।

"হুম্‌! সুম পুসি! হোরেল হাফতা স্কুলগী লম্পাক্তা শান্নসি!" বিধুনা হায়রমই।

"অঙ্‌ ফরে!" হায়রদুনা তোম্বগা বিধুগা স্কুল মাইগৈ পাংথরে। চানা লৈরগা চার চারদুনা স্কুল য়ৌথরে।

পুঙ্‌ য়ৈরকলে। অঙাং পুম্বা স্কুল মথুঁদা চঙ্‌শিনখ্রে। ওব্বা

চঙ্লে। মিং কৌরবা মতুংদা ওঝানা পান্না হংবা হৌগদবগী থৌরাং তৌরমই। কোয়য়েং য়েংবদা ফাল মথাদা চৈতেক কোৎপিগী চৈ অনি উরবদা ওঝা অতু ফ্রঙ্ শাওগৎখ্রে। লাইরিক থোক খুমজিন্নগা শাওনা লাওরকই, "কনানা পুখৎলকইবা চৈতেক কোৎপীনো?"

অঙাং পুম্বা কিবনা থক থক নিকলমই। মখোয় পুম্বা করিমত্তা খুমদনা তুমিন লৈরবদা ওঝা অতু হান্নদগী হেন্না শাওগৎলমই অমসুং "কনানো চোংথোরবউনে!" হায়না অমুককা হেন্না হৌনা লাওরকলমই।

বিধুনা তোম্বদা য়েংই; তোম্বনা বিধুদা য়েংই। ময়াম অহুনা মবানিদা য়েংই। বিধু হুমাং মরিক মরিক কারকলে। 'বিধুনি' অমনা লাওরকই; 'তোম্বনি! তোম্বনি!' থরনা হায়রকই।

"নঙ্না ওইরিনি?" তোম্বদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।

বিধুগী মত্তৌ শত্রু উবদা তোম্বতু 'নত্তে ওঝা' হায়গা ঙমদনা তুমিন্না লৈখ্রে।

মওং অহুদগী তোম্বনি হায়না লৌরমই। তোম্বদা হোৎচিনখিহুনা থুপাকনা অনি অহুমলক থারহুনা হায়রকই, "অসিগুম্বা শান্নপোৎশিং অসি ঐনা পুরকপা য়াদে হায়জ্রা?" রা ঙাংবগা লোইন লোইননা ওঝাগী মখুৎ নামদি তোম্বগী মনাহু থাদোকলমদে। "তৌথিগদ্রা, তৌথিগদ্রা" খুৎলৈ কম্না কম্না লৈরমই।

হিক্ হিক্ কপলবা তোম্বনা "তৌ-জ-র-রোই ও-ঝ." হায়না হায়জরমই।

ওঝানা থৌজালবীরকলে। তোম্বী মনা থাদোকলে। বিধুনা ওঝাগী চৈফুদগী নাম্বোকহৌবগী ঙাইহাক হুংঙাইরবসু, তোম্বনা মাগীদমক্তা য়েংহুনা ওঝাদা মীনমখিবা অমসুং ওঝাগী চৈফু থাঙ্খিবগী থল্লুবদা মপুক্লীংদা হুংঙাইতবা ফাওখি।

(৪)

ছুটি থারকলে। লাওনা খোংনা স্কুল মহুংদগী চেনখোকনরকলে।

তোম্বা অদু ওন্নানা ইফ্‌ কুখিদাগুম্‌ নোক থেরত্না মানা গাঙ্‌ থারদুনা চেনখোরকলমই। বিধুনা ময়াম অদুগী মরক্তগী অথোং ইওই ওইরমই। মশা অদু ইশোন শোনবগা থরা চাওবা অঙাংশিংনা মাবু থৎনবা য়াম্না হৌনিংলমই অদুগা লঙ্‌সু লঙ্‌ননিংঅমই। অদুবু তোম্বনা মতম অয়াম্বদা মাগী মিচংদদা লৈবনিনা থৎলবা হৌবা ঙমলমদে। তোম্বদী অঙাং অচৌবা থরা যাওরিবদুগী মফমদা অনা ওইরমই। অদুনা অঙাং অতৈনা কিত্তু কিরমই, ঙংসু ঙংশিরনদে।

বিধুগা তোম্বাগা স্কুলদগী হনমিন্নরকওমই। লৈরকলোইদা চংলকলমই। "ঐদি চরা রাম্লক্তি, ঐখোয়দা চঙ্‌দুনা য়ানমিন্নরুখিসি। অদুগা শান্নবুঙদা চৈতেক কোংপি শাম্নসি" বিধুনা হায়রকই।

"অঙ্‌! রানমিন্নরুসি" হায়না তোম্বনা থুমলমই। মবিঙানিমক পরপ পরপ লাকমিন্নরে। চরা রানমিন্নরমই। যুমলোন্নবা অঙাং অমা বিধুখোইগী শুমাংদা ফাওদুনা লাকলমই অমসুং লাওনা হায়রকই, "তোম্বদি ওন্নানা ঙসি—চৈতেক কোংপী স্কুলদা পুরকপগী থিনখত্রবনি।"

বংই অসি তাবদা বিধুগী মনাল হান্নগী তোম্ববু শাওবদু নিংশিংলক্তনা শাওগৎলকঅমই। "অসিগুম্বা মচাসি ঐনা তিন্নগনু হায়না চানক হায়নবমক্তদা" হায়দুনা লাংনা হৌরকলে।

তোম্বানা বিরপ বিরপ তৌনা লাইরিক য়েপশিল্লকলে। অদুবু চৎপা নংদিদুদা বিধুগী মমানা তোম্বগী মশা লাক্তুনা চিংলমই। থুবাক নতু অমুক অনিরক থংদোকলে।

"ফুনাগনু! ফুনাগনু!" হায়দুনা বিধুনা চংশিল্লমই। "মসিগী অঙাংসিনু!" হায়রদুনা মচানু ইনথোকখিরমই। বিধু কপলমই; অদুন্‌ শাওরিব মমাদা করি, মমক তৌরুবা ঙমগনি?

"নঙ্‌ নমাগী মনাক্তা পুদুনা চৎকনি। অদু নত্রিবগথৈ নঙ্‌ সিদা চংলক্তনু হায়রবা য়ারোইদৌরি। সিদদি ফুনিংদে, নমাগী মাংদা ফুগে" হায়রদুনা তোম্ববু চিংদুনা চৎপা হৌরকলে।

তোম্বা মথরাই ঙুম্বাইত্তবা পোকলকলে; মন্নিল থাবা অঙাং ওইবগী হৌনমক কপত্রবসু মনাংতা পিগী ইন্না চেনলকলে। মথোল

নিক্না নিক্না হায়রকই, "বিধুখোই ইমা! ঐবু ইমাগী নাক্তা অহুম হায়না পুবীগনু! ঐবু ইমানা অমুক য়াম্না ফুবা তারে।"

ফুবা কিরবদি করিগী ফুনবা তৌরি? হায়র হায়রহুনা চিংহুনা পুরি।

তোম্বনা লৈজবি থাহুনা থাঙবা উরবদা "অহুদি নমাগী নাক্তা পুবীররোই, ঐনা হায়বা ইনগদ্রা?"—বিধুগী মমানা হায়রকই।

"ইল্লগে!"—তোম্বনা হায়রকই।

"নঙ্ ঙসিদগী ঐগী ইচা অসিগা তিন্নরোই হায়য়ু!"—বিধুগী মমানা অমুক হায়রকই।

হায়রিবা রাফম অসিদি তোম্বনা ইন্নিংবা রাফম নত্তে; অহুনা তুমিন্না লৈরমই।

"তুমিন্নবু লৈবশাই! থুমউনে, থুমউনে" হায়বা রাইহেগা লোয়ননা অসুম কন্না কন্না চিংলমই। চিংবা থাঙ্বা ঙমলক্ত্রবদা মমাগী মনাক য়ৌগ্রগনি থনবদগী কিখিবনা কপ্না কপ্না "তিন্নজররোই" হায়রকই।

তোম্বগী মখুৎ থাদোকলে। "নঙ্ মতুংদা হেক চংলকউ থঙ্নি!" হায়না চৈনা চৈনা ইমুংলোমদা চংখ্রে। বিধুনা ঙকচাননা য়েংহুনা লৈহোই।

(৫)

তোম্বনা কিনা কিনা মযুমলোমদা হল্লকলমই। রাফম অসি নোংমা নত্রবসু নোংমা মমাদা তমলকলবদি মাবু শোইদনা ফুবীগনি। করিগুম্বা তমলকপা থোকলবসু ফুদনবা হায়হুনা মমানা হায়ন্নিবমখৈ ইনগে থল্লমই। মাঙোল হেক কাথৎলকপগা মমানা হায়রকই, "স্কুল হেক থাবগা য়ুমদা হল্লক্লেদি হায়ত্রহুনা কদাইদা অমুক কোইরুরিবনো?"

তোম্বনা পাওথুম কন্নিমতা পীরমদে। লাইরিক পরপ পরপ থমজিল্লে। ফুরীৎ-খোংগ্রাও লৌথোকলে। থুনা চংখিহুনা অমুক মমানা শুল্লুবা মন্থি অত্ত শাদোকলে। শন্থি শান্নিন্নৈদা মমানা চঙশিন্দুনা

হায়রমই, "ঐ ফৌ অসি লোইনা শুদবা য়াদে ; নংনা চাক থোংগদবনি, যম্থি শাবাহ্ন লোইরবা ; পরৎ পরৎ লোইথোকউ।"

মহৌশাদি, থোংলবসু ঙাইহাক লাওনরগা চৈনরগা থোংবনি। অদুবু ঙসিদি হরাও হরাও "লোই" হায়দুনা খুমলমই।

শম্থি শাবা লোইখ্রে ; খুনা ইরুজরদুনা চাক থোংবসু লোইখ্রে। চাক লোইরবদা লোইবগী পাও মমাদা তাকলমই। ফৌ শুবসু লোইশ-ল্লকলদুনা ইরুজখ্রে। "ইচানা থোংবসিদি হাওখ্রে। সুম হায়না হেক হেক থোংদোক্কদবনি ! য়েনাক খুনবা মচাশিংগী মতৌ তস্না য়াবা নত্তেনে ! লাইরিকসু তমগনি, থবক-ইনখাংসু তৌগনি ! মুপা মচা হায়বদুদি সিনিদনা !" হায়রদুনা মমা মচা হরাও হরাও চাক চামিন্নরমই।

চাক চাবা তোকপগী ঙাইহাক পোথানিঙাই মতম লৈবা নত্তে : কথেল কাননবা থৌরাং তৌখ্রে। চেং থুম্মুক অদু থৌরাং তৌদুনা দারি মপান্দা থমলমই। তোম্ববু পোৎ থোঙ্গৎনবা কৌরমই। তোম্বনা পোৎ থোঙ্গৎ থোঙ্গৎনা হায়রমই, "ইমা কৈথেল কুমলকপদা কবোক খরা য়াম্না লৈদুনা পুরকউকো !"

মমানা "লৈরক্কনি, চৎথোক্কহ্ন ! মোরোক পাম্বী খরা হৌরিবসি ঈশিং চাইরমউ ! অদুগা মতম চানা ধুপ থাংমৈ থাদুনা লৈরনউ" হায়রকই। মসি হায়রমলগা কৈথেল মায়গৈ পাংথরে।

সুমীৎ লৈথরকলে। মমানা হায়রম্বা পুম্নমক তৌগে হায়না মপুন্নীংদা খনলমই। শান্নবুংদা ময়াম শান্নবগী রা রা লাওবা তারমই। চৎনিংবনা মথোং অদু মরেং মরেং চৎলমই। মপুন্নীংদি ময়ামগী লাংবদুদা চৎখ্রে; অদুবু মথুৎতি লেপ্তুনা মোরোক ঈশিং চাইরি।

সুমীৎ তারকলে। শান্নবগী অরাঙবা নেমখ্রে। অদুগা লোয়ননা মপুন্নীংগী অরাঙবসু নেমখ্রে। লাইররবী, রাজরবী মমাদি কৈথেলদা লৈবা মতমনি। মচে অমা, মনাও অমা শিনবীনবা লৈবা নত্তে। অদুগা মুঙাই য়াইক্কবা ইমুং অমা ওইদুনা কৈরোয়মা লৈকায়না "অঙাং অসিনা খঙবা হৌনদে" হায়দুনা ঙাইহাক মহুৎ শিন্দুনা তৌথোকপিগনি হায়বগী মগুং অমা লৈবসু নত্তে। তোম্বগীদি মহৌশাগী মথৌনি। মহৌশাগুমনা

সঙ্ক্যাগী ধুপ থাংমৈ থাদোকলে। ঙবোং অমা ইল্লহনা উখোক্কেন্দা ঙান্নহনা ঙাইহাক ফমলমই ; অদুগা মুৎশিবা পোদোন অমগী মনাক্তা লাইন্নিক ঔরাইগ্রে।

ঙাইহাক ঔরাইরমলগা লাইরিক্তা মমাই য়েংশিন্দুনা তুমথরে।

করিগীসু তুমদনি ! মাগী চহি মতাং অসিনবু, হুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা লৈবা অঙাং ওইরমলবদবু মানা তৌরিবা থবকশিং অসিবু তৌরম-গদ্রনে? চিংনিংঙাইনি। য়ুম অমগী মচুংদা মথক্তা লৈবা ঙম্বা হৌনবা হায়দুনসু নিংঙাই পংতৌ তৌবা য়ারিবনি। নিতিগী ছিনসাং ওইথিবনা অকিবা লাইনা মাইথিখিবা ওইবা তাই।

চহি অসুক নৌরিবা মাহাকনা, মরম কয়াদা নংলবা মমাগী মতেং মতেং পাংবা ঙমলবা ! মমা মপাগী মতেংবু মতম কুইনা পাংবা ঙম্বনা মচা ওইবগী অশেংবা ধর্ম্ম ওইরবদি, লাইরনা পোকপা, লুখ্রাবীনা নংনা য়োকচবা মচা ওইবগী মপোকপু রাখল লৈবা মীওইবনা কল্লকপা য়াই।

মমা কৈথেল কুমলকলে। ইমুং চংদ্রিঙৈদা থাবলগী মঙান্দা উরমই। মোরোক নিংথিনা ইশিং চাইরে, ধুপ থাউমৈ মতম চানা থারে।

রাররিনি খনবদা লাইরিক মথক্তা তুমশিল্লবা মচাবু হৌদোকখিগ্রে। চাক-ইশিং থোংবা লোইরবা তুংদা মচাবু হৌদোকখি।

চাক চাবা লোইরগা তোম্বা ফমুংদা চংগ্রে। মমানা করিমতা ঙাঙত্রবদা পাউদি পাউহোম্মকত্রমাল্লে হায়না মপুক্কীংদা খনখি। মথক্তা কাংখল মচুংদা হরাও মোমোন নোকখি। অঙাং ওইবগী মপুং ফাদবা মওংদা ঈশ্বরব থাগৎখি।

## (৬)

মহৌশাগুম্ অয়ুক অঙনবদা স্কুল কাবা মতম য়োরক্কই। অদুবু তোম্বনা বিধুগী য়ুমদা চৎতুনা হৌরুবা ঙমদ্রে ; বিধুসু তোম্ববু হৌবা চঙবা ঙমদ্রে। অহল লমন কিবদগী অদুমক তৌরুদ্রবসু অঙাংশিংগী চান্নববু কনানসু য়েংখায়বা পীব ঙমদে।

শান্নবুঙদা অমসুং অতৈ রারি মচা

নোংমগী সাহিত্য থোকপা ক্লাসনি। ওঝানা রাহং অমা অঙাং মথং মথং হংথরকলমই। অমনা খঙ্ত্রবদা মথং মথং অসুম হংলমই। অঙাং তরুক তরেৎনা হায়বা ঙমদ্রবা মতুংদা হন্দক্কি তোম্বাদা তারে। তোম্বা রাহংগী চপ চাবা পাওখুম পীবা ঙমগ্রে।

অহুদগী ওঝানা ঙাঙ্থরকলমই, "নখোয় পান্না ফাদবগী কন্নি দগি পামই?"

পারা থরা তোয়না ফাগনবা অঙাং অমনা লাওরকই, "ওঝা চৈ তরা তরা ফুবীয়ু।"

পারা হংবু হংলবদি হায়বা ঙম্বা লৈত্রবা থংনবা অঙাং অমনা "হেই, তুমিন লৈয়ু! হায়রুস্থ, নংগী নথো করিগু লৈতে হায়না খুনীঙ্না হেক থিল্লি।

অ'রম্বা অঙাং অমনা "নঃ হোরেন খঙ্গনি" হায়বগী মওংগুম্ খুদোম্বীনা শিংলকই।

অমনা অমা হায়, অমনা অমা হায়. ময়ান্না লাংশল্লকলবদা ওঝানা লাওহৎতুনা তুমিন লৈহল্লে। অহুদগী হায়রকই, "নখোয় পারা ফাদবমখৈ অফাবনা ননাহু লৈংনবা তারে।" অহুদগী তোম্বদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "তোম্বা! মথং মথং মখোয়শিংসি মনা লৈয়ু! কন্না লৈগদবনি; তপ্পগকা লৈরবদি নঙোন্দা চৈ মঙা ফুগদবনি খঙ্উ!"

মসিগুম্বসি হৈনবা তোম্বা নত্তে। অসুম্না থনজানরিঙৈদা ওঝানা "হেই, হুজিক ফাওবা কৈদোরি? মঙোন্দগী লৈবা হৌ" হায়না বিধুদা খুদোম্বী থিল্লহুনা হায়রকই।

ওঝাগী য়াথং ইন্দবা য়াদবনিনা বিধুগী মনাক্তা চংখ্রে। ইহান হেক হানবদা মানা থাইদগী হেন্না লৈনিঙদবা পরুরা অমদা থোকখ্রে। তোম্বানা কন্না লৈবা মালহল্লগা য়ান্না তপনা লৈরমই।

মাগুম্বা অঙাংনা ওঝাদা মিনম্বা ঙম্দ্রি ওইথোক্তবনি। তপনা লৈরে খঙ্লবদা শাওনা "লাও!" হায়হুনা তোম্ববু নাক্তা কোশিনখ্রে অমসুং হায়রকই, "করিগীনো নংনা অহুক তপ্পা লৈরিবা?"

তোম্বানা যাম্না কিনা ওঝাগী নাক্তা চংশিনখ্রে। অমনা লাওরকই, “মাদি পিধুগী মরুপনি, অত্থনি।”

অঙাং অমনা অমুক লাওরকই, “হয়েং মানা ফাদবা কান্দা মঙোন্দা তপ্পা লৈবীনবা তৌরিবনি।”

ওঝানা লাঙ্‌লিবা অহু তুমিন লৈতল্লে। হাযদোকথ্রবা রা ঙাক্তনা য়াদে হায়বগী মওংগুম ওঝানা চৈ অম্না-অনি-অহুম-মরি-মঙা মশিং থীহুনা ফুথী। মনাল লৈত্তে হাযনা খনজরবদা তোম্বানা থাঙবা ঙম্বগী থৌনা ফংখি। মমাং মমাংগী ঙাংশং ঙাংনা মমীংতা পি তারক্কদবা থিংহুনা ওঝাগী অকনবা চৈকু খাংখি।

(৭)

থুমৌংসিগী দ্রুথিলনি। মহৌশাগুম্‌ শান্নবুঙ্‌দা অঙাং পুম্নমক তিল্লে। তোম্বা নিধু অমনমক শান্নবুঙদা লাকখি। অহুবু শান্নবদা পুক্নীং চংশমদে। হাহাচ্‌না মচা অমদা মবানিতা ফর্ম্মিন্নহুনা রারি শারি। বিধুনা হাযরকই, “অহুবু নঙ্‌দি কন্না লৈবা যাগ্রা?”

“নখোয নমানা ঐবু অমুক ফুন্দনে!”

“য়ি—খংনহনীগু নওনা! পারা ফাদবগীনো!”

“ঐনি, ভসাই ঐহোন্দা খংনবা হৌরকপশিংহু ফুনহৌদবা যাম্না হুডাইতে।”

“ভসাই হয়েং নংনা ফাফ্রগা তপনা লৈবীনবনিগকা হায়বত্তরা?”

“উম্‌। মহুনি ঐনা য়াম্না শাওনিংলিবা!”

“কৈ—কান্ননোদা হয়েংমুক হৌবকপা ঙাইথিসি!”

“ভসাই ওঝানা হাযদো নিংশিংঙিরা?”

“করিবুনো?”

“চহি পরিক্ষা খিস্তা ঙায়রে, পরিক্ষাগী লাইরিক পাবা হৌরো হাইদো।”

“উম নিংশিংঙে, হোরেল মুগী ওঝাদা হায়বা তারে, কন্না তাকপীনবা!”

"ঐস্থ নখোয় য়ুমগী ওঝাদা তম্বা থরা য়াওগেনা ?"

"ঐ, য়াও ! ইমাদা হংলকখিগে !"

য়ারকওইদা হংলুহুদা ! য়ুমগী ওঝাদি পৈশা য়ান্না পী হায় ।"

"অহু ফরে ! হয়েংদি নোংমাইজিংনি । অয়ুক মখা লৈকাইগা বোল শিংনসিদো !"

"তল্লিদা ! ইমাগী চেং তাইনবা শুবদো য়াও হায়রক্কনিনে ! চৎথোক্কে হায়বা য়ারোইনে !

"ঐখোয়-দি করিমতা ফাওবা তৌহন্দে, লাইরিক ঊরাইয়ুদা হায় ! লাইরিকপু পুথোকলবদি লাই য়েক্কনা শান্নরফাও করিমতা ঙাংদে !"

"নখোয়দি ইনাক খুনবা ! ঐখোয়গীদি থবক হেক হায়রকপদা লাইরিক তৌরি হায়রুরস্থ 'নঙগী লাইরিকনা লুবরা । নথিবোঙ্ চাদবনা লুবরা' হায়হুনা পংচৈদা চৈ ।"

"থবক হায়রগা 'হোয়' হায়না খুমলমলগা হেক চেনখোকললকলগা লোইরেদনা !"

"অহু ওইরবস্থ ! হনজল্লকপদা থিনগদবা হুদি নঙ্না খঙ্ব্রদনা !"

"বোল শান্নরিসে ঙাইহাক্কং য়াওরাসনা !"

"হুম্ ধুপ থাউমৈ থাবা মতম ওইরকদোরে, য়ুনদা হমজিল্লসি !"

"হোয় ঐস্থ চারা রানিনংঙকএ" হায়রহুনা বিধু য়ুমলোমদা চেনখ্রে । তোম্বস্থ ময়ুম য়োথ্রে । সন্ধ্যাগী হৌনবী থবক লোইখরে । থবক লোইরবা তুংদা বিধুনা চৎলমদাইদা পনলমবা 'চরা রানবা' হায়বহু নিং-শিংলকখি । নিংশিংলকলবদা চফুদা চঙ্হুনা য়েংখি । করিস্থ লৈরমম্রবদা মফি-মরোল অমুক শেৎচিল্লহুনা মহৌশাগুমনা উথোকতেন্দা ঙাহনা মমা কৈথেল কুমলকপা ঙাইহুনা লৈখি ।

( ৮ )

পরিক্ষা তৌখ্রে । পরিক্ষা হুমিত্তা অঙাং পুন্নমক চন্দন চরা

ভৌনা থিল্লহনা সড়কতা পরেং পরেং চৎনখি। মপা নত্রগা মথুরা নত্রগা ময়াম্বাশিং অমমম্ মতুং ইল্লহনা চৎনখি। অহবু ইনবিনিঙাই কনাসু য়াঙ-দনা চৎপসু কয়ানি। মতুগী মহুংদা তোম্বাসু অমনি। মাগী কনামতা নৈজত্রবরনে? অপোকপী মমা নৈ। অহবু নোংমগী থবক লেপ্পদা নোংমগী চরা লেপকনি! হুপীগা ওইশিল্লে: করম তৌনা মচাগী মতুং ইন্দুনা চৎকদগেনে?

অসুম হৌখিত্নুা পরিক্ষা হায়দোকপগী মতম য়ৌশিল্লকলে।

পরিক্ষা হায়দোকপা হুমীৎনি। অঙাং ময়াম সঙ্গু সঙ্গু পরিক্ষাগী ফল য়েংবা হায়গৎনরি। বিধুগা তোম্বাগসু চৎলমই। মবিঙানিমক্কী মিং য়াওরে।

পরিক্ষা ঙমলবা কাংবুনা হয়াওনা নোকলি। ঙমদবা কাংবুনা মমাই ইসুক সুকথরি। পরিক্ষা ঙমবনা হয়াওগনি, ঙমদবনা সুক্কনি হায়-বসি নিয়মমক ওইনদি নৈতবা তাই। মরমদি পরিক্ষা অঙম্বা কাংবুগী মরক্তসু ইসুক সুকথবা য়াওরি। মহাক অদো কনাসু নত্তে, তোম্বানি।

তোম্বানা হুঙাইতবগী মরম নৈ। মমানা তত্তনা হায়বা না অমা মপুক্কীংদা থন্দুনতা সুম নৈরে। হনমিন্নরকপদা মানা তুমিন্না সুম নৈরবদা বিধুনা হায়রকই, "করিগীনো নঙ্না তুমিন্না নৈরিব? সিদেদি তরুকঙবা কারবনিনা হুংথিল তমলনিদো! অওইমি! য়াম্না হুঙাইথরে।"

তোম্বানা শোম্বাংননা হায়রকই, "উম্! হুংথিল কারনি।"

"ঐসু ঐথোয় ইমাদা হায়রগে, নঙসু নথোয় ইমাদা হায়রো। স্কুল কারমদাইদা য়ুম য়ুমদা হৌনরসি!"

"বিধু! ঐদি লাইরিক তমলরোইনহে," হায়না তোম্বানা য়াম্না হায়নিঙ্দনা হায়রকই।

"করি তৌরবগে?"

"হন্দক্কী পরিক্ষা অসি ঙমলগা তমগদবাহুদি লাইরিকনচিংবা নৈবদা শেল য়াম্না তিংবা হৌরগনি, তমহল্লরোই হায়না হেক হেক হায়নে ইমানা।"

"অহবু কৈদোয়েগে? ঐগী লাইরিক অরৈবা অহুনা পুন্না হেক্কো

ভান্মিন্নরগা লোইরে, ফানস্তু পুন্না ফমজবদি ওঝানা লাইরিক ভাকপদা অহুম য়েংমিন্নবা য়ানি” বিধুনা হায়রমই ।

“হুম্ ফত্তেদা ! ইকাইদা !”

“নখোয় নমাসি ফৎখিদ্রে ! ঐখোয়গীদি পরিক্ষা ডমত্তবু ডমজ-বদি মমৈদা লাকলবসু খোংউপ অহনবগকা নৈনিনি হায় ! নঙ্দি ঐঙোন্দগী মথক য়াম্না কানা ডমলিবনি !” বিধুনা থরা হুঙাইতনা হায়রমই ।

মাগুম্বা অঙাংনদি লাইরবা অনংবগী মরমদা করি খঙ্গনি ? মখোয়গী মনিং থুংহন্দ্রবদা ফত্তে হায়না মত হেক্তা পীবনি । “উম্ ! অওইবনি ! কৈগীনো ঐখোয়গী ইমানা সুক ফত্রিবসে” হায়না তোম্বানা হায়রকই ।

“লাইনা ফৎহন্দ্রিবা ওইরমগনি” বিধুনা অমুক খুমলকই ।

তোম্বানা মচিন্দদি “কৈদোএমনো ! মানা তোকউ হায়রগা হেক তোকথোকপিরগা লোইরেদনা ।” হায়বসাই ! মপুক্নীংদদি তশেংনা হুঙাইতবা ফাওরবনি ।

সুম লাকপনা ময়ুম য়োরক্লদোরে । বিধুনা হায়রকই, “হেক্তা কাশিল্লগা লোইরেদা !” অতুদগী মথা তারকই, “হোরেলদি শান্নবুঙদা থোরকউকো ! কাংজে শান্নমিন্নসি ঐখোয় ।”

“তল্লিদা ! ঐবুদি লম হেল্লি হায়তুনা নখোয় নমানা নংগা তিন্ন-হন্নিংদে । হুজিক্তি লাইরিক তমদবা মচাগা তিন্নৈ হায়তুনা অমুক্তা হেন্না শাওরনি” হায়না তোম্বানা হায়রমই ।

রারোবগী ভাব থরা য়াওনা ঙাঙ্বা রাঙাং অহু অঙাংমক ওই-রবসু বিধুগী মপুক্নীংদা থজিক্তং ফাওখি । অতুনা মথা অমুক তারমদনা ‘চংহোরোকো’ হায়রমলগা ময়ুমলোমদা চৎখ্রে ।

তোম্বাসু ময়ুমলোমদা চংলকলে । পরিক্ষা ডম্বগী পাও মমাগী মরুমদা তমখি । পাও অসি তাবদা মমাদো, গুরম্বা থবক থংলেপ লেপখি । মপুক্নীংগী রাদি ঐনা হায়রুবা ডমদ্রে । অতুগা মপানগী মাইথোংদদি. মচানা পরিক্ষা ডম্বগী হুঙাইবগী মওং অমত উবা ফংদে ।

( ৯ )

অমতা ঙায়রুবা মচাবু মহৈ তমহনদবগীদমক তোম্বাগী মমাবু দোষ পীবীগন্নু! দোষ তৌবীবগী মহুত্তা পুক্কীংদা সুংশিবীবা রাখল পোকপিয়ু। তশেংনমক মাগী শক্তি রাৎলবনি।

মচাবু নিংথিরুনা মহৈ তমহনবা ঙম্বা মমা মপানা "ইচানা হয়েং বি, এ, এম, এ, ওইরগা তলব চাগনি, অত্তুগা ঐখোয় সুঙাইগনি" হায়না আশা তৌই। লাইরিক তমহনবা ঙম্দ্রবা মমা মপাগীসু আশা অদুমক তৌফম লৈ। তৌগতবু মওং অমদনি। "ইচানা চাওরগা, মপাঙ্গল ফরগা থবক কন্না শুত্নুনা ঐখোয়বু থারুনি" হায়বা অসিনি। মসিসু চুমদবা মওংগী আশা নত্তে। মরমদি লাইরিক-লাইশু হৈহৌদ্রবা মচা-মশুসু নোম্বগী মহৈনা মিথোয় মিংহেনবা ওইদুনা মমা-মপাবু সুঙাইহনবা ঙমই। সমাজগী থৌদাং শরুক খরা য়াবা ঙমই।

তোম্ববু থবক অমা পানবিরগে হায়না মমানা খনবা হৌরকলে। করিনা ফগদগে হায়না মওল মওল খল্লি।

অনৌবা চহিগী লাইরিক তম্বা কাবা হৌনখ্রে। তোম্বগা তম্মি-মরম্বা মমান্নবা অয়াম্বা স্কুল কাবা হৌখ্রে। স্কুল কানবা মতমদা তোম্বাসু লমঙ্গাওদা হেক হেক থোরকই। মমান্নবশিংনা লাইরিক য়েপ য়েগত্তুনা চৎপদা মমীৎ কুপতনা য়েংই। মপুক্কীংদা কল্লকপা পোকই। অদুবু করি উপায় লৈ? স্কুল কানবা মতমদা থোরক্তুনা মখোয়বু য়েংলগা মপুক্কীংদা খরা সুঙাইবা পোকই। নোংমা কাংদনা স্কুল কাবা কুম্বা মতমদা থোরক্তুনা, লোম্না, লাইরিক তম্বা কারিবা মমান্নবশিংবু য়েংজরি।

লৌ উহনবা তাই! অদুবু চহি খিত্তুংদি নৌমল্লি! যম্বোৎ পায়বা ঙমখিরোই! ফুরীৎ তুবা য়াওহন্নসিরা? একাগাড়ী শেম্বা য়াওহনবসু য়াইনকো! অসিনচিংবা কয়াসি মমাগী পুক্কীংদা মওন মওন খনদা রাখল্লি।

মমৈথংদদি লৌ উহনবনা থাইদগী হেন্না কৈ হায়না খল্লে। তশেংন অচুম্বা রাখলনি। অদুবু যম্বোৎ পায়বা ঙমদ্রিবা চহি অনিরোমসিদি থবক অমা হেক্তা তৌহল্লগে খল্লে। সুমিদাং অদু তোম্ববু কৌশিল্লদুনা

হায়রকই, "নিপামচা ! নং ইমাগী মতেং ওইনবা থবক অমা পায়রো !"

"করি থবকনো ইমা !"

"ফুরীৎ তুবা য়াওগেরা ? গাড়ী শেমগেরা ? ছাতিন শেম্বা য়াওগেরা ? ষম্বোৎ পানবা ঙমদ্রিবা ফাওবদি নংনা হৈনগদোবা অমা তৌ" হায়না মমানা হায়রকই ।

তোম্বানা মপুক্সীংদা মওন মওন থল্লকই। থবক তৌবদগী নাক্ষোকপদি ঙমলরোই খঙলবনি। গাড়ী শেম্ফমগা. ফুরীৎ তুফমগা মমানা হায়রিবা মফমশিংদুদি কাচিন ওইনা তৌবা ঙাকনি। অদুগা ছাতিন শেম্ফম অদুদি কৈথেলগী লম্বী ময়াদনি। অদুন মাগী মরূপশিংনা স্কুল কাথোক কাশিল তৌবা উবা ফংগনি। মরম অসিদগী ছাতিন শেম্বা হায়না মপুক্সীংদা লেপখ্রে।

( ১০ )

তোম্বা ছাতিন শেম্বগী থবক চাং নাইনা তৌখ্রে। মাগী ওঝা অদুনা নোংমগী অনা অমা শিকি অমা পীবা অদু মমাদা, করিমত. চাথো-ক্তনা পিশিল্লি। মচান্নুপা পোকপগী মতৈ চারে হায়না মপুক্সীংদা ঙাই-হাক থল্লবস্তু মমান্নবগুমনা মহৈ ( লাইরিক ) তমহনবা ঙমদ্রেকো হায়বগী স্থংনাংবদি অদুমক মরৈ। চহি অসিমত' থবক অসুম তৌহল্লগা মথংগী চহিদদি রানা হোংনরবস্তু স্কুল ঙমহলগে হায়না মপুক্সীংদা রাশকখ্রে। অসিগুম্বা আশাগা মৈরা অসি লায়ররবী মমা ওইবীশিংগী থম্মোয়স্থংদা মতম কুইনা মুৎতনা লৈসন্থ।

অচৎ অথোক অহন-লমলশিংনা নৌরিবা অঙাংনা অসিগুম্বা থবক তৌবসি উরগা মপুক্সীংদা স্থংশিবীখী। অসুম্নস্থ খনখি, "লাইরিক তম্লিবনি হায়দুনা মথোং চাদনা তমগদবগী শরুকপুদি অসুম্না থবক অমা তমদুনা হিংননবা হোৎনবমা হেম্না কৈ ; মসিনা মমা মপাবু কয়াদা নৌনা মতেং পাংলবা !" খরনস্থ অসুম্না খনবীখী, "অসুম্বা চহি লেঙ্গাবু থবক শুহনবা, হোত্তেলদা প্লাস চামহনবা, অসিগুম্বা অসি অঙম্বা অমনা থিংদুনা

অককনবা চহি খরা ফাওবা নমত্থনা লাইরিক তমহনবা কৈ।" থরনা অমুক, "করম্বা মমা-মপানো! ভম্বু ভমইনে! অস্থুক নৌরিবা অঙাং অসিনা পুশন্নকলগা চানি হায়রুনা চারিবত্থবু!" অস্নুম্না মানা মানা খনবা রাখলবু কনানা থিংলুবা ভমগনি! অত্থবু থোকলিবা থোদোক অসিদি ফিভমগী মখা পোনখিবনি।

মহৌশাগী মমান্নবশিংত্থনা লাইরিক তম্বা কাথোক কাশিন তৌবা অসিতবু উজনিংবদগী থবক অসিবু মানা খনজরুবনি। অত্থবু ওন্থোকপনি, হুজিক্কি মানা খল্লম্বা অত্থগী ওন্নতৈনবা ওইরে।

মমান্নবা লাইরিক তম্বা কাবশিং অত্থনা মাগী মপা যৌবা মতমদা নোংমা কাংদনা লঙ্নরি, করেন্নরি। "ওই, ছাত্তিন শেম্বা তোম্বা! ছাত্তিন তোম্বা—তোম্বা ছাত্তিন' অসিনচিংবা রাহৈ কয়া নোংমা নোংমগী হোং হো'ত্থনা লঙ্নবিরি। তোম্বানা মমান্নবশি'ত্থবু কয়া লুনা খল্লুবা! অত্থগা মমান্নবশিংনা মাবু করি? উশিত্তুবা!

মীনা লঙ্নবগী, লঙ্নবা অত্থদা তোম্বানা শাওনিংবগী রা তমলু-রবস্থু মানা মতম লৈবা খিবিক্তা "লঙ্নজসত্থ। মথোয়না লঙ্নরগা পাৎপা পোৎ নত্তে; মীদা খৎনবিরুম্মুকো" হায়দনত্তা লৈজরিববনি। তোম্বাস্থু মমানা হায়বা, তাকপা মতুং ইন্ন, মচিন্না থম্না থুমলুরবস্থু নোংমত্তা মথুৎ থোকনা খৎনখিত্রে।

ফুন্ননিংবদি মথুৎ মরেং মরেং চৎলবনি। অত্থবু লাইরিককী পারাদা মমান্নবনা খরা হেনগ্রবস্থু অহনলম্মুনা হায়বা ইনবগী পারাদদি অত্থক য়াম্না শোৎথত্রে। মমানা য়াদেকো খনত্থনা খাঙ্না ভমলে।

নোংমদি মথরাই য়াম্না হুংঙাইতনা "ইমা! ঐবু মথোয়না লংন-রিবসি লাইরিক তমদে হায়ত্থনা লঙ্নরিবনি, লাইরিক অমুক তমলগেবা!" হায়না মমাগী মফমদা হায়জরমই।

তোম্বাগী মমাগী মপুক্লীংদদি হুঙাইতবা ফাওথ্রবনি। লাইরবা হায়রসিদি হুজিক্কি মতমদদি ময়ামগী উশিত্তফম ওই হায়বসি মমাদি খঙলবনি। থা-লৈ চিকত্থনা, লাইরবা কোম্রুম্বা হোৎনবনা মথৌনি খন্দুনা মীনা থিনা হায়রবস্থু শাওদবা তমত্থনা মতম লেনজবতনি। মচাগী

মফমদা পাওথুম পীরকই, "চতি অসিমতং থবকসি তৌরুরবনিনা তৌদনা য়েংথো ! নোংমৈদি শোইদনা ইচাবু তমহনগনি।"

"মখে য়গী কালেন ছুটি থাগদবা সুমীৎ খরতমক মঙাইরে, থারগা কাখৎলকপদদি শোইদনা তমহল্লগে" হায়না মপুক্লীংদদি য়ুংনা লেপত্রে। অদুগা তোম্বদদি হায়দোকখিদে।

( ১১ )

নোংমগী সুমীৎনি। তোম্বাস্থ মহৌশাগী মতৌগুম্ মাগী থবক্তা পুক্লীং চঙনা শুহনা লৈ। হয়েংদগীদি কালেন ছুটি থারগনি হায়তুনা ছুটি ডন্না খাদোকলতুনা মযাম মপৈ ওইনা হায়দোকনরকই।

তোম্বাগী মনাপ্নবা অমনা মতুংদা অঙাং খরা লোয়নতুনা, তোম্বানা থবক শুরিবা মফম অদুগী মমাংদা চপ লেপলমই। অঙাং অতুনা হায়রকই, 'হেই, ছাতিন। নংনা নোংমা ঐহোল্পা পাম্না ফাদবগী নং লৈবদা করিগী অদুক কন্না পৈথ্রিবনো? হা নহেই।"

ছাতিন শেম্বা অহল অতনা "হেই খংনরক্লনি, ননা লৈউবা!" হায়না চৈনদা অঙ' অতু চৎখোন খবে। তোম্বানা শাওগদনা বা কয়া হাযব হাযবতুনা চৈ চৈদুনা কন্থনা চৎখিবদা তোম্বগী পুক্লীং ফাবা ভম-লক্তে 'হাই ভাইংখো' হায়না শাওনা লাওরতুনা অঙাং তম্না চেনশিনখরে। মাহাকপু স্নপকোন কোনখরে।

অমানা অমুক ফু, অমনা অমুক ফু, যৈনরমই। অঙাং অমতনস্থ শাম্বা ভমদে। অহাংশিনা তোযনা কংনবসি তোম্বগী ওঝা (ছাতিন শেম্বা) অদুমু থংলক্লিবনি। অতুনা তোম্বগী মরাল লৈতে হায়বা মাদি খংই। তোম্বনা খরা লাকচনপস্থ তে বা অদুদা থামলোই হায়বা রাখল অমগা লোয়ননা থংমদ্রে।

ভাইগাক ফুনরবা তুংদা মথোয় অনিত্তু খাইদোক্লরে। তোম্বাগী মকুক্লীং অদু ইশে শেগাইরে। বা অমতা ভাঙদনা মাগী থবক শুফমদা চঙতুনা ফমথিরমই।

ওঝানা হায়রকই, "চৎলো গুসিদি নয়ুমদা ! নমীৎ নমাই তাথোক-তুনা নফি নরোল অমমুক হোংদোক্লগা লাকউ ! চৎলো !"

তোম্বা হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে, হৌগৎতুনা ময়ুমলোমদা লাকলে। ময়ুমদা চঙ্বা ঙমদ্রবনি। থিনা শেগায়রবা ফুরীৎ উবদা মমানা করি হায়গনি ? মাগী ওঝানা অনৌবা ফুরীৎ অমা লিৎলগা লাকউ হায়রকপত্রনা কদায়দগী লৌত্রনা লিৎকদৌরিবা ?

থোঙান্দা লোৎতুনা লৈবত্ন মমানা উরমই। "করিগীনো মানা অসুক ঙন্না লাকলিবসি" হায়রত্রনা কোম্থোংলোমদা থোরকলমই। মমীৎ মমাই ইপোম পোম্বা উবদা ফুনরুরে হায়বা খঙ্লমই। শেগা পায়রত্রনা চিংশিনলমই। ফুরীৎ ইশে শেগায়বা অত্র উরকপদা অমুক হেন্না শাওখ্রে। "মী থৎনবীগু হায়রমক্তদা" হায়রত্রনা চৈ অমনা তোম্ববু ফুখ্রে।

তোম্বানা হৌনা কপলকলে। মাবু কনানা খাম্বীগনি ? খরা ফুরবা মতুংদা ইরু মাইথঙ্গরত্রনা কৈথেল কানবা থৌরাং লোইখি। "মপান থোকপা য়াদে থবকক অমতা চৎপা য়াদে" হায়রকখি।

মচিন্দদি পংঙাং ঙাংজরবসু মপুক্নীংদদি "ইচাদি মনি মতুমনি। চাওথোকচরিবনি। অত্রবু "লাইরবনা খুৎকন-পাঙ্গন্দবনা ইচাবু লাক-চবিরেদকো" হায়না থম্মোয়হুংদা কপচখি।

( ১২ )

কালেন ছুটি থাখ্রে ; মরুপ মপিজাশিং অমতসু স্কুল কাথোক কাশিন তৌখিদ্রে। অঙাং অমতনসু মঙোন্দা নোক্নবগী মীৎয়েংনা য়েংলদ্রে ; করেম্নবগী য়াঙাং অমতা ঙাংলদ্রে। পুম্নমক অসিদগী নাম্থোকলবসু মমাম্নবশিং অমতা উখিদবদা মপুক্নীংদা নুংঙাইতবা পোকখি।

শান্নবুঙদা চৎপসু ইসং সংদ্রে। করিগুম্বা চৎলবসু মাদি লাইরিক তমদবা মচা হায়বত্র ওইরবনি খল্লবদা চঙ্ত্রনা শান্নবা য়াওগদবসু ইকাইবা পোক্লে।

শাম্নবুঙদা অমসুং অতৈ ৱারী মচা

থবক শুবদা হাম্নদগী হেন্না পুক্নীং চংলমই। মখরাই ইশুং শুংঙাই-তবা মওং অদু উবদা মাগী ওঝা অদুনসু মহাকপু শুংশিবা পোকলমই।

নোংমদী ওঝা অদুনা হায়রকই, "তোম্বা! নংনা লাইরিক তমগে হায়বদো তমলো! থবক তৌবসি তোকলো! ঐসু ঐনা ওথ মতেং পাংগনি।"

ৱাহৈ অসি তাবদা মপুক্নীংদা শুঙাইবদি ফাওই। অদুবু মাগ করিসু থোক্লবদি নত্তবনিনা "হোয়, তমলগেনে," হায়না খুম্বা ওমখিদে তুমিন্না করিমতা খুমদনা সুম্ তাদুনা লৈরমই।

ওসিদি তোম্বাদু মমীৎ মমাই ইঙাং ঙাংই। মশা অদুসু য়াম্না চোকথনা উই। শুংথিল পুং অহুমলোম তারে। ওঝানা হায়রকই, "নশা অদু ওমদনা উই! ওসিদি চৎলো, নয়ুমদা পোথারুবো।" অদুগা শেল অনা অমসু পিরমই। শেল অদু লৌরগা ময়ুমঙোমদা লাকলে।

মান ময়ুমদা হল্লকপদা বিধু থেংনরমই।। তোম্বানা কৌরদুনা হায়রকই, "বিধূ! মহৌশা ইবানি লাইরিক তম্বা কামিন্নরিভৈদা, মঙ্গল চারবসু, চানা চারবসু নংগী পৈশানা ঙাক্না লৈদুনা চাই। ঐগীদি ইমানা পৈশা অমুক্তা পীদবনিনা ঐনা অমুক ফাওবা লৈদে। ওসিদি ঐঙোন্দা পৈশা য়াওরে, করি করি চামিন্নরুসি।"

বিধুনা হায়রকই, "ঐগী পৈশানা চারবসু কৈদৌএগে? নংনা চাসি হায়রবুদি চারুসি।" মবিঙানি খুৎ শননরদুনা চৎমিন্নখরে। তোম্বানা মপুক্নাদা ওন্থোকপা ৱাখল অমা থনলকখি। মানা য়াম্না শুংশিনা তৌজবা মরুপনি। মানা লাইরিক তমদবা হায়বদু ওইরবদা অমুক হন্না উনররোইদবগুম্ থনখি। বিধুসু মপুক থন্না চারবদা য়াম্না হরাওরমই। মুম য়ৌরকদোরে। বিধুনা হায়রকই, "তোম্বা! ঐখোয়দা চঙলুসি! ইমা পাবুখোয় লোইনা কনাগী লুহোংবনোমা চৎখি।"

তোম্বানা ওপ্পা হায়রকই, "নখোয় ইমাখোয় লাক্লগা পাও তার-বদি নুংবু ফুবীগনী।"

বিধুনা "ফুনিংঙগা ফুঙ্গসন্থু! নখৌ করিসু লৈতে" হায়রদুনা তোম্বাগী মখুৎ লাকতুনা চিংলমই।

"হয়েং নোংমা চংলগে বিধু। ভসিদি ঐ হকচাং য়াম্না ভমত্রে, পরপ পরপ চঙ্‌তুনা হিপলুরগে" হায়রমলগা মমুমলোমদা চংগ্রে।

মমা কৈথেল কুমলকলে। মমা লাকলবদা তোম্বানা "ইমা, ভসিদি ঐ চাক চানিংত্রে, ঐগী চাক হাপ্পীরম্নু!" হায়রকই।

"করি চাশিল্লুরে?" মমানা হায়রম্মী। অদুদগী "ঐদি পূক অসি থক্কৎতুনা লাক্লবনি, নং চাররোই হায়রবদি খোংদবা য়ারে," হায়রম্নুনা মখোং মথুৎ হামদোকলে। "নংবু করি তৌরবগেনে?" হায়রম্নুনা মচাগী মনাক্তা চংলকলমই। তোম্বাগী মশা অদু মৈমুক শারমই। মমানা মদু খেংনখি; মপূক্লীংদা মিপাইবা রাখল পোকখি।

( ১৩ )

রারবী মমাদা হেন্না অৱাবা হাপকে হায়না ঈশ্বরনা শিনগ্রমাল্লে। তোম্বা কমুংদগী হৌগৎখিদরে। ডাক্তরনা য়েংবা ভমবা লায়না নত্তে হায়রম্নুনা মাইবনা কন্না হোৎনবিরি।

তত্তনা চোইরোল লোল্লি। মাইবনা কমশেম্নরবা অনাবা ওইরে। বুদ্ধি মাঙলবী মমানা মখোং ময়াদা কমদুনা মচাগী সেবা তৌরি।

মীনা কিনবা অনাবা অমা ওইবনা কৈরোয় লৈকায়নম্ন চংখোক চংশিন তৌবীদে। অদুবু বিধুদি নোংমা কাংদনা কোম্মোং ময়াদা লিপৎ লিপৎ চৎলৈ। করি হায়রকদগে কিবনা চঙ্‌বদি ভমদে।

তোম্বগী মমানা বিধুনা কোম্মোং মনাক্তা লেপতুনা লৈবদু উরমই। তুলসিবোঙ মনাক্তগী মল্লোম-হুংশি য়াম্ননা "সিদা চঙ্‌লগা নমানা ফুবী রোইত্রা?" হায়না লাওরমই।

বিধু চেনগ্রে। কপলদুনা মমাদা হায়রকই, "ইমা তোম্বাদু লাই থোক্তুনা য়াম্না কন্না নারে, ঐ অমুক্তা চৎলুগেইমি!"

"হেই, চংবা য়াদে; করিগীনো নংনা মখোয়দা চংনিংলিববো?" মমানা হায়রকই।

"ইমা! মাদি ঐবু য়াম্না লুনা তৌবা ইমান্নবনি!" বিধুনা হায়জরকই।

"নংবু ফুহনতা লৈরিবহ নংবু লুনা তৌরিবা?"

"ঐঙোন্দা মরক মরক্তা ফুরকলবসু, ঐঙোন্দা খৎনবা হৌরকপা অচৌবা মথৈ মানা ফুনবিরিবনি।"

"নোংমসু, স্কুলদা নংগী ননা লৈবগী ওঝানা ফুই হায়বত্তদি?"

"মখোয়না পংতমদা তমশিল্লিবনি! পারা অফাবনা ফাদবদা না লৈহল্লি ওঝানা! য়াম্না কন্না লৈননবা মঙোন্দা ওঝানা হায়। অত্তুদা ঐ নাদনবা হায়হনা মানা তপ্পা লৈ। অত্তুদা ওঝানা শাওহনা মঙোন্দা ফুবনিনে!'

হায়রিবশিংসি বিধুনা য়াম্না নোল্লকনা, কিনা হায়জবা ঙাক্তুনি। মপুক্নীংদা অঙনবা রাখল অমা লাক্তুনা মমাঙ্ তুমিন লৈরমই। বিধুনা অমুক হায়রকই, "সে ইমা ঐবু অমুক্তা চঙ্গেইমি! য়াম্না কন্না নারহনা তৌবনেমি!"

মমা ওইবগী রাখল মঙোন্দা লাকলমই, মচাবু লুনা তৌবীবা মচাগুম্বা অঙাং অমবু ওন্থোক্না থিনা তৌরুরেদকো খল্লবদা য়ামনা হুংঙাইরমদে।

বিধুগী মমানা মানা তৌকরুবা খবরী, লান্না খল্লবা রাখলগী অনুতাপ তৌরকপা মিকুপ অসিদা নাপী মরাল পুম্বা ঈশ্বরনা ঙাকপিরবনি।

তশেংবনি! মমা ওইবা অমনা মানা হেক পোকচবা মচাগীদমক্তা খনবগুম্না অতোপ্পবুসু মচানক্থ খনবা ওম্বগী মওংনা তাইবংপান অসি শিনবা থুংলবতদা সংসার অসি ইতোপ তোপ্পা, হুংঙাইবনা খল্লবা সংসার অমা ওইগদবনি।

মমানা হায়রকই, "ইবুংঙো! নঙ্ নথন্তা চঙ্লুরগনু! ঙসিদি হুমীৎ তাথ্রে। হয়েং হুংথিল অদো—ইমাগা লোয়ননা চৎসি!"

রাহৈ অসি তারবদা বিধুগী হুঙাইবগী ঙনথৈ লৈখিদ্রে।" "ও ইমা!" হায়রহনা হরাওনা মমাগী মখাংদা কোনশিনখি।

( ১৪ )

অনাবগী মওং অমা ওইখ্রে। মাইবা মাইবীনা হায়নিঙদনা হায়দোকখ্রে—"থোবাং লোইরো!"

তে'ম্বানা নমুদা হাইরি। হান্নদগী চোইরোল লোনবা হেল্লে—"ইমা! ঐবু লাইরিক তম্বা কারগেইমি!"

মমানা কপনা হাযবকই, "ইবুংঙো! কারগদবনিনে, কালেন ছুটি লোইরকদোরে হায়। নংনা হেক ফবগা কারগদবনিনে! ইমানা নংবু স্কুল তাম্না থিনগনিয়ে!"

"হয় করগেদা! ঙসিদগী হেক্তা কারগেদা!"

মমানা "ইবুঙো! ইমা লৈবিবমথৈ হচাগী কবি রাংকনি। কাগ-নিগে গাযবমলগা চিক্না চিরা কপথিরমই।

"অঙা'নি ইমা। ঐগী পুরীৎ অতুদি নহান খংনবদা শেগায়বাত্নদগী হংগোৎ ফাংদে, মদু নিংতুনা কাবদি তম্লি।"

"হচাগীবু করি রাংকনগে?" ইমানা অহনবা, অফবা থন্দুনা লৈগনি, অহনবা শেংতুনা কাগদবনে!" মমানা হায়রকই।

"ইমা, ইশিং খিঙা থক্কেনা!"

"ঙ ইগো ইবুঙো! ইশিং থক্লগা নঙোন্দা য়াম্না রাবা হেল্লগনি হায়তুনা ইম নাং ঙ দানিনে।"

চিঙনা মমু লোমদা কপ্না চেনশিল্লকলমই। থোংজিন কানশিল লকলে। 'ঙোম্বা!' হাযনা কৌরতুনা ফমুং ময়াদা চংশিনখ্রে।

"অনাবা লৈবা মফমদা চংঙি হায়তুনা নমানা ফুরাঁনি, থোরকউ! থোরকউ।" হায়বতুনা মুপা অমনা চিংথোকলমই।

"নরাইয়ে, ইমাসু লাবএ, ঐনা মাং থারতুনা চেল্লকপনে!" বিধুনা হাঙতুনা শাংদা হায়রকই।

"বিধু। ঐগী মাংসি হফা জাজিনখ্রে, নঙবু উদ্রে।"

"হযেং নাবা ফরগা মরাইনা উক্তরকনি।"

"এদি, স্কুল ইমানা কাহল্লনেইদো!"

"অঙ্ ফরে! হন্দক কালেন ছুটি কাখৎলকপদদি পুন্না কামিন্ন-রসিকো!"

"হুম্! ঐদি মতুগকা ঙাইররোই, ঙসিদগী হেক্তা কারনি।"—মখোল ফাইনা হায়রমই।

"ভু! ঐখোয় ইমাম্ন লাকয়ে" হায়না চংলকলিবা মমাবু খুদোম বীনা খিল্লহুনা তোম্বাদা তাকলমই।

"বিধুখোই ইমা ইশিং খিতা থক্কেবা! ঐখোয় ইমাসিদি ফৎখিদ্রে; ঈশিং খিত্তা থককে হায়বু পিথকতে।"

অঙাংগী ফিভম উবদা বিধুগী মমাগী মিত্তগী পি শিন্থরমই---অহুবু ঈশিং অহু লৌহুনা পিথকপদি ঙমদ্রে।

"মাগী মতম শোইরগদবনি, খাকলুহুনা কৈদৌবনো মানা থক্কে, চাগে হায়বহু থিংবীরুরম্ন!" হায়না মাইবনা মত পিরক্লকমই। তোম্বগী মমাদা "ইবেম্মা! নং ইচেমবু রারৌগম্নুকো!" হায়রমলগা তোম্বাদা ঈশিং পিথকলমই।

"বিধুখোই ইমাদি কয়া থঙ্গবা!" তোম্বানা হায়রকই। "বিধুখোই ইমা!"

"করি হায়গগে ইবুঙো!"

"ঐখোয় ইমাদি শুংদাং য়ামনা কিগনবনি, ঐন স্কুল কুম্মক্তি ৈঙদা ঐখোয় ইমাগা খরা লৈমিন্নবীগুকো!" তোম্বানা হায়রকই। মরোল হান্নদগী য়াম্না হেন্না ফাইরে।

কপ্পগী মখোলদি থোক্কে, বিধুগী মমাগী মিত্তগী পি শিন্থরমই।

"হো ইমা!" তোম্বানা ইখং খংনা কৌরকই।

"ইমা সিদা লৈয়ে, ইচাবু কনানা কৈদৌরবগে?" হায়না মমানা মখোল থোক্না কপলহুনা হায়রকই।

"ইমাম্নবা ময়াম স্কুল কাবা হৌবা লাকএইমি! নংগী ফুরিৎ শেগায়বা অহু লিংহুনা চৎপদি তল্লিকো!—" হায়না হায়রম্নগা তুমিন লৈগ্রে। অমুক হন্না ঙাংদরোই। মতম কুইনগীদমক তুমিন লৈগ্রগদবনি।

মমানা নোং খোংবগুম্ কপখি। বিধুগী মমানা ময়ুমদা চৎখিতুনা, বিধুগীদমক লৈরুবা শেৎনত্রিবা ফুরিৎ অমা কৈজোম অমা থুনা লোরুরগা তোম্বগী মমাদা "ইবেম্মা। ঐনা ইচামক্সি খন্দুনা পীরীবনি; মাগী ইরু-মাইথজবা লোইরগা মসি শেৎপিয়ুকো।" হায়না হিক্লা হিক্লা কপতুনা পিরমই।

হুমিদাংরাই ওইরে। মমা মপা ওইবনা হুমীৎ তারক্লে হায়না শান্নবুঙ্দা লাক্কুনা মচা মগুশিংবু কৌশিন্নবা মতমনি। অহুবু অমোৎপা ফিজোল শেৎলবী, কপমনথিবনা মমিৎ মমাই পোমলবী হুপী অমদি শান্ন-বুঙলোমদা মচাবু, অমতা ঙাইজবা মচাবু মতম কুইনগীদমক্তা থিন্নদোকলি।

---

# শোয়হৌরবী নুপী

'ঐগী মিংদি সুদর্শিনী হায়না খ্বাই পুমনমকনা কৌনরিবনি। আই, এ-গী সার্টিফিকেট-তসু রাজকুমারী সুদর্শিনী হায়না য়াম্না ফজনা ইতুনা লৈ। অদুবু ইমাগা পাবুংগতা নত্তনা অতৈ কনানসু কৌবিদ্রবা অসিতা শিজিন্নহনা ইরকপা চিঠি খুদিংমক্তা 'ঐগী নুংশিতোম্বী' হায়দনত্তা লৈরিবা অসিবু করিগীনো? খ্বাই পুন্না কৌবিবা মিং অসিবু করিগী অসুক তাখিবিরিবনো? মশাকনা পামদবা পোৎ মথৈ ঐবুসু পামগনু করিগী হায়রিবা?' —মপুক্লিংদা থন্না শন্না মনম নুংশিরবা, মমল য়াম্লবা থাওনা থোংগল্লবা শন্'নজু শমজেং হাৎতুনা লৈরমই। শমজেং হাংপা লোইরদুনা চোকদা ক্ষমথগরে। পাওদর থানা থানা 'মতুংদদি নুংশিতোম্বী হায়নদু কৌরবদি সুকখুম খুপ্লরোহি' হায়নসু থল্লমই। মঙ্গী মেংলুনদদি পুং তরেৎ তাগদবা মিনিট তরামঙা রাংলমলি। অদুদি মিনিট তরামঙা অসিদি করি তৌদুনা লেনগনি?

কাগী অকোংবদা অসুম চংশি। ঙসাই অয়ুক মাবু হায়বনি হায়দুনা লাকলমবী নুপী থরা অদুনা হায়রম্বা নুপা অদুগী মগুণ মরাম শাদু নিংশিংবদা নুঙাইবা পোকশি। 'মশক অদু মযাংঙৈদা উথ্রে, য়ামনা ফজে। মরম য়ামনা লৈ, মযাংঙৈদনা তাথ্রে। অমম্লা এম,এ পাশ তৌরে। মী পুম্নমক্কী অরাংপা অমমম ইরে মরেনৈ। অদুবু মাগীদি ঈশ্বরনা অরাংপা অমত্তা শেমবিরমদ্রে। অদুদ মীবু নত্রে। লাই হায়বদু থাকলে। অদুগা মিংনা প্রতাপসিংহ। লাকল-অথোম্বী মখিংনি। অদুবু ইশানদি নরেনগা ঐগা লৈনরীবা মরি শাসি খংবনিনা, প্রতাপতা পোক শিথোকলুরগা হয়েং ইকাইবা নংগদ্রা চিংনদুনা পিখিদবা থোক্লবদি? হয়, শিখিনবা হোৎনদবা য়াদে। অদুগা নরেন্দ্র ঐগী শকখিবা রাশক কয়া অদুনি? মানা ঐবু থাজখিদবদগী নুপী হায়বা জাৎ অসিবু থাজররোইদবা? মহাদি ঐগী করি

মাঙবা লৈ। মসি য়ৌনা থন্থরুরবদি কদাইদগী থবক পাংথোকপা য়ারদগে' থন্না থন্না পাক্লবা মিংসেল অতুগী মমাঙদা চপ লেপলি। মুন্না য়েংলি।

লুংথিল চপ্পা ফিদোল চিংখৎতুনা লৈরুবদগী লুমিদাং ওইরহুনা খোইখা শেৎথবা ফংলবদা মতম কুইনা নোরোক্তা লৈরুবদগী স্বর্গদা কাবা ফংবগুম খঞ্জরি। কালেনগী লুংশাদা রানা চৎলুরবা কয়ানা উরুম অমদা ঙহাক পোথাবা ফংবগুম সুদর্শিণীগী মপুক্লিংদা লুঙাইবা অমসু ফাওরি। 'ঐ অসিবু কনাগুম্বা লুপা অমগী লুপি ওইহুনা অরেম্বদা মাংথ্রগদবা? চৎনবিনি হায়জিনবিহুনা ঐ অসি মাগী মথা পোনবা তাথ্রবা। লুপি ওইনা পোকলুবনা ঐ মাংজরেদ্রকো। ঐগী ফজরবা শক অসিসু মাগী ওহথিবা, ইমা ইপাগী পৈশানা রানা তমলুবনা ইহৈ অসিসু ইমা ইপাগীদমক্তা শিজিন্নবা ক লবোইদবা হায়না মওল মওল খল্লই। প্লুন্নমক অসিদগী বন্নবগী য়ুন পান্দনা নৈ নিন্না খাইদগী হেন্না ফরে হায়না মপুক্লিংদ্রা লেপথ্রে।

ঘড়িসু পুং তরেং থৈরক্লে। 'থোক্লরোই, শাওগে হায়বমখৈ শওরসু' খল্লহুনা সুদর্শিণী মিংশেল অতুদা হান্নদগী হেন্না মুন্না য়েংহুনা অন্নুমক লেপ্লি। মমৈথংদদি মিংশেলদা য়েংবা অতুওনা ফেল্লকত্রহুনা, মিংশেল য়েংবা তোক্তুনা লুকথহুনা মমিৎনা উবা ফংবা মতম মথে মুন্না য়েংলমই। খাইদগী ইকোন কোনবদা সুদর্শিণীনা মাগী থবাক অতুদা মুন্না য়েংলি। 'ঐ অসিবু য়েংলগা নোংমগী মী বয়া কয়ানা কল্লক্লুনা ঐবু পায়হুনা মথন্তা হেক রাজবা ঙম্বা য়াওরিবনিকৌ হায়না থন্দুনা য়াম্না লুংঙাইরমই। য়াম্না কুইনা য়েংমনথিবনা মঙকশমদা নাবা ফাওরক্লহুনা থংহাই হায়গৎলমই। মঙকশম হাইবদা নাদা য়াল্লিবা পাক্লবা শনাগী লৈ অতুসু অদুমক হাইবা য়াওরে। কুহাইবা সনাগী হাইরিবা মমিনা মাগী নিংথিরবা খঙাই অতুদা তারি। অমুবা খোইমুশিংনা অশাংপা লৈরাংশিংগী মথক্তা কোইপাই পাইহুনা লৈবগুম নিংশিংলুবদা সুদর্শিণী অদো খাঙবা ঙমলকত্রহুনা নপাম থোকথরে

মতম চানা থোরক্তে হায়তুনা নরেননা অসোমদা রারৌরি। সুদর্শিণীসু হৈনৌ মখোংদা লেপলিবা নরেনগী মনাক্তা চংশিনথরে।

নরেননা শাওরপনা হায়রকই "পুং তরেংতগী মিনিট তরামঙা হেল্লবা ফাওবদা করিগীদমক্তা খোরক্ত্রিবনো ?"

'নংগীদি থবক অম লৈবা পোৎ নত্তে ; ঐবু শাওগদবগী থৌরাং তৌহনা লৈবিবতনা থৌ ওইবিরিবনি। ঐনা তৌবা থবক খুদিংমক নংগী শাওনিঙাইত্তা ওইবনি। হুজিক্কি লাকদেদনা তুমিন হেক লৈবিরগা লোইরেদনা।'

'তুমিন লৈবা হায়দবু করিনো ? তুমিন লৈবা তারবদি মিকুপ অমতং নত্রগা অনিতংতা লৈগদবা নত্তে ; পুন্সিসিমা তুমিন লৈনবা হোৎ-নগদবনি, অদুগা তৌবদি ঐনা নঙোন্দা শাওগে হায়না থৌরাং তৌহনা লৈবা নত্তে। নংনা ঐবু শাওহন্নবা থৌরাংতা তৌহনা লৈবনি !'

'ঐবু হুঙাইহন্দনবতা হোৎনরিবদি নংনি। করিগীদমক্তা ঐগী তশেংবা মিং সুদর্শিণী হায়নদি কৌবীদনা, মীনা কৌনবিব্রবা হুংশিতোম্বী হায়না কৌবিরিবনো ?'

'ঐনা অহানবা নংবু উরুবা হুমিত্তা নঙগা লোয়ননা চৎলম্বী নমান্নবী অমদা নংগী মিং হংলুবদা 'হুংশিতোম্বী' হায়না খংলকপা খুদক অদুদগী মিং অতৈ অমগী অর্থ ঐঙোন্দা থোইদোকপা লৈখিদে। নংগী মিংনা হুংশিতোম্বীনি ; হুংশিতোম্বী হায়বা অসিনা নংনি। মীনা কৌবু কৌনবিরবসু, কৌবু কৌনবিব্রবসু নংসে ঐগীদি হুংশিতোম্বীনি।'

সুদর্শিণী অদু লৈকম খংখিদরে। মানা পাম্লিবা ৱাহৈ অদুবু হেক হায়দোক্কনা মতুং মনাও তুমিন্ন লৈগ্রনবা তৌসিরা ? হুম অদুসু প্রতাপতা পীরে হায়বসিমা তশেংনা খংদ্রিফাওবদি হায়দোকপা চুমদ্রে। করিগুম্বা প্রতাপকি ৱা অদুনা ওইদবা তারবদি নরেন অসিসু ইচম চম্বা মী অমদি নত্তে। অদুগা হুজিকমক মাবু খংহল্লবদি ঐবু হুংশিবা খংদবী হুপী অমনি হায়না শোয়দনা হায়খিবা তারে' সুদর্শিণীনা মওল মওল খল্লমই। চৎলগে হায়রল্লগা য়াম্না থুনা ময়ুমলোমদা চেনশিনখরে।

সুদর্শিণী য়াম্না থুনা ফমুংদা লোংখাক লোংনা হিপথরমই। য়াম্না মুম্না ৱাখল তৌরমই। 'ইমানা বি, এ অমবু য়াম্না পামখি। অদুনা নরেনসু বি, এ অমনি হায়দুনা ইমানগা পাম্বগা করিসু অকায়বা লৈতে খন্দুনা

মখেক থরদং মরি অসিমা থমলুবা হায়বত্নি। ঐনা মাবু য়াম্না মুংশিরুবগী ৱাদি করিস্ন লৈতে। ঐবু হায়ররিবসিদি এম এনি। বি, এদগী য়াম্না হেন্না হৈরবনি। মসকস্থ নরেন্দগী য়াম্না হেন্না কক্তে। শেল লৈবস্থ হেল্লি। অহেনববু পাম্বা হায়বসি মীওইবগী ধর্ম্মনি। ঐস্থু মীওইবা হায়বত্থ ওই-ৱিবনিনা মরম থুদিংমক্তা নরেন্দগী হেল্লবা কনাগুম্বা অমদা ঐগী লৈজবা পুম্বসি কৎথোকখিবদা ঐগী অক্কবা ভাক্তনি। অত্থবু নরেন্দদি মসি পুম্বসি করম তৌনা হায়দোকলুগনি। মসিতবু ঐনা অরানবনি। নরেননা চিঠি কয়া পীরকপা, ৱা কয়া হায়রকপা অত্থদা ঐনা তুমিন অত্থম লৈথোকচরম-লবদি হেক্তা ফরগদবনি। কদায়দগীনো থঙদে ঐহাকস্থ মুংশিরুরবনি হায়ত্থনা চিঠি হন্থোকউরে। চিঠি ইবদদি ফজনবা হোৎনবদা, হায়বদদি ফজবা, পুক্লিংদদি থনবা ভমদবা, ভৌবস্থ ভমলরোইদবা ৱা ভাক্তা হায়-জিনথোকখরে। চিঠি হায়নসিদি পুক্লিংগী ৱা ফোংদোক্লিবনি হায়ত্থনা ঐবু থাজবা, নীংবা মানা নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। মসিনা হুজিক্তি ঐভান্দা কয়া অকায়বা ওইররবা? 'ঐনা নংবু মুংশিদে' থোক হায়রুরবস্থ ফাগি ওইনা থনখিত্থনা থাজখিত্ৰবদি? অত্থগা তশেংনা থগ্ৰবদনা 'নংনা নহাক্লমথৈ ঐবু মুংশিবা শাত্থনা নমথাক ভৌরিবসিনা নংগী করম্বা তোংজবা অমগী?' হায়রক্লবদা ঐগী থুমকম লৈতে। মত্থনদি মসি স্থকহায় হায়-ৱরোই। হায়দ্রবদনা ঐনা মাবু মুংশিদে হায়বসিদি করম্না থংখিগনি? ফরে, থাইদগী ফবা উপায় অমা লৈরে। মহাক্লা অপাম্বনি, করবনি হায়না হায়রবদ ঐনা হরাওনা ইল্লম্বা, য়াখিবা পুম্বগী ওন্নবা ভাক্তা তৌত্থনা মভোন্দা উহনবা মসিতনা মফরে।' সুদর্শিণীনা চপ য়ুংনা থনখরে।

কাক খোংলকলে; মথোল অত্থ ভাবদা সুদর্শিণীস্থ মীকপ থোক্লে। হোরেল মুংথিল পুং ৫ তাবদা প্রতাপনা মাগা উনবা লাক্তনি হায়রকপা পাও অত্থ নিংশিংত্থনা ভমথৈ লৈতনা মুভাইরমই। অমুকস্থ হেক য়াহোবদগীদি ফিদোল চিংথৎতবা য়ারোইকো থননদা নোং অত্থ ভালহন্নিংদ্রে। মৈতৈ মুপী ওইনা পোকপা হায়বসি ওম্বোক্লা তোনগ্রেদকো হায়না থল্লমই। মৈতৈ মুপীগী মরক্তা মৈতৈ মুপী ওইনা হিংনিংদবগী মশিংস্থ য়াম্না লৈ। নোং ভাদ্রবদি মুংথিল ওইরক্লোই মুংথিল ওইদ্রবদি

প্রতাপসু লাক্লরোই থনবদা নোংঙাল্লকপগীদমক হরাওরমই। ফুংথিলগী পুং মঙা তারক্লে। মপাললোমদগী সুদর্শিণীগী মমানা 'সুংশিতোম্বী' হায়না কৌরকপদা ফুক হৌগৎলমই। প্রতাপনা শুমাংদা লেপতুনা লৈবা অদু উবদা সুদর্শিণীনা য়াম্না ব্যবহার তৌবগা লোইননা চংঙক্লবা হায়জরমই।

'ঐদি নহাল মখৈ সুদর্শিণী কৌই হায়না তাক্লে। অদুবু ঙসিদি ওস্তোকপা পামজখিদ্রবা মিং অমা কৌরমলেদা' প্রতাপনা সুদর্শিণীগী লাই-ব্রিক তৌফম কাদা চৌকিদা ফমথরতুনা হায়রকই।

'হুজিক্কি মিং অদুদি ইমাগা পাবুংগতনা কৌবিবা মিংনি। ঐগী তশেংবা মিংদি অদোম্না হান্না থংবিরম্লিবা 'সুদর্শিণী অদুমকনি'—সুদর্শিণীনা মরৈ কোল্লপ তৌনা হায়রকই।

'ঐদি য়াম্না পঙলুরে, ইকাইখজরেদা, রারৌবিবা য়াদে'। প্রতাপনা নোকতুনা হায়রমই। মথা অমুক তাথরকলমই 'ঐনা ঙসি লাকচরিবা অসিগী মরম হান্নসু থংবিরম্বা য়াই। অহল লম্মন মশেল করিগুম্বা য়ান-রবসু ঐগী মোত্তদি, লুহোংত্রিঙৈগী মমাংদা শক থংদোক্লবা হায়নদি পামজতুনা লাকচবনি। অদুবু য়াম্না শাওনিংবিরগদ্রা!' প্রতাপনা হায়রকই।

'ঐগী মোত্তদি ইমা ইপানা হায়বা ইনবনি। ফননবা মরমগীদি অহল লমনগা লোইননা শিনবীয়ু। অদুগা পুকচেল থংদোক্লবা হায়বা অদুগীনা করিগুম্বা ঐবু থাজদবা লৈরম্লবসু তৌবিনিংবা মওংগী পরীক্ষা তৌবিবা য়াগনি।' সুদর্শিণীনা মথোংবী অদু লৈবাক্তা তক্ল তক্লহুনা হায়রমই।

"পরীক্ষাগী মোত্তা থোইনা থনবীরক্লগনু। পরীক্ষা তৌবা হায়বা অসিদী, মসিগী মরমদদি মাদি তশেংলবনি হায়না অরেপ্পা থংলবা কান্দা তৌগদবনি। রামনা সীতাবু অগ্নি পরীক্ষা তৌবদি সীতা হায়বা অসিদি লমচংতা অমকপা লৈত্রবীনি, তশেংবা সতিনী হায়বা থংলবদা কৈদৌঙৈদসু মৈনা চাক্লরোই থংলহনা মহামগী চিংনবা লৈরমলবসু কোক্লবা হায়হুনা পংতৌ তৌবনি। নংদি তশেংগী মচুং কনাসু লৈরকদ্রাবী ফুংগী অমনি —— ——ঙিগী হায়বা ঐদি থজবা লৈতে। নংবু করম্না পরীক্ষা তৌরগনি।

করিগুম্বা পরীক্ষা তৌররগা নংগী নরাল শোইদনা লৈরমগনিদো ! মরাল লৈরে হায়রুনা ঐনসু নংবু অমুক থাদোকপা ভমত্রবদি রাজগদবদি ঐদ-নিদো। পরীক্ষা তৌদ্রবদি মতুপুম্বা খংদ্রেদনা। অতুগা খংত্রবা হায়বা অসিদী করিস্ত দোষ লৈদ্রেদনা। মহৌশাগী নংগী পামজবা লুংশিজবা মরুপ লৈজরম্বা ঐনা করিসু হায়বা লৈতে। লুংশিনবা হায়বা অসিদি করিসু হঙ্গোইক্কম লৈবা-পোৎ নত্তে। অমনা অমবু য়াম্না লুনা ভৌনৈ হায়বতনি। নিপা অমনা নংবু লুনা তৌরগা নংনসু মাবু লুনা তৌরুবা অতুবু ঐনা শাওকম থোকপ্রা ? নংনা নহানমখে মী অমদা লুনা তৌজরমলবসু ভসিনগীদি ঐবু লুনা তৌবীবা তারে। অতৈ খন্দনা ঐবুতা লুংশিবীগা তারে। অতুগা নংনা লুংশিবা মী অসি ঐ ইথস্তা নত্তে ; ঐবু অমসুং ঐতবু লুংশিদে হায়না ঐনা হেক খংজবা থুদক অতুদগীদি নং অসি ঐগা করিসু থোকদ্রবনি। অসিমত্তংদি নং য়াম্না মুম্না খন্থবা তাই।” প্রতাপনা হায়রকই।

প্রতাপনা হায়বা রা অপুম্বা সুদর্শিণীনা নোকফেৎ তৌনা য়াম্না মুম্না তারমই। মতু উবদা প্রতাপসু হৌগত্তুনা চৎনিংদ্রে। মথা অমুক হায়খরকই—“থবক অমা তৌবা হায়বা অসি খর-খর য়েংনত্তুনা তৌবা ভাক্তনি। ঐদি নিপামচানি, নিপামচাগী অতুমলক য়েংবা হায়বা অতুমক চপচানা তৌগনি। চম্ন-মুক হায়রিবা অসিনি। অতুমলক অসি য়েংবা অসিদা নংনা ঐবু অমসুং ঐতবু লুংশিবা নত্তে হায়বা হেক খংবদা ঐনা লাঙ্খিবা অতুদগী হোংদোক্লিংভাই লৈত্রবনি। অতুনা লুমিৎ খর অসি মসিদা লাক্লে হায়না খনবা অসিদা অদোমদা য়াম্না কায়রগদ্রা ?”

রাহৈ অসিদবু সুদর্শিণীনা করিবু শাওরুগদগে। সুদর্শিণীগী মত খংলবদা প্রতাপতু হরাওনা চৎখ্রে। প্রতাপনা চৎখ্রবদা সুদর্শিণীনা চৌকিদা ভাগত্তুনা ফমথরমই। রাখল য়াম্না লুনা খন্থরমই, “প্রতাপ অদিদী শোই-দবা তারে। মানা অতুমলক য়েংবদি লাইরত্তুনা চামভারক কাওবা ঐগী ইরান পুথোকপা কদাইদগী ফজদগে ? নরেন লাকপা তোক্লনবা অসিমত্তুং তৌরগা লোইরে।” অতুবু মতৌ করম্না নরেনবু লাকপা লেপহনগনি ! উপায় অমা লৈরে। সুদর্শিণীনা নরেন্দা চিঠি অমা অসুম্না ইথ্রে ; —“ঐ

বি, এ অসি প্রাইভেত ওইনা থাদোক্লগে হায়না খল্লে। লাইব্রিক অসি থৱ পাত্রবদি মসি নিংবতা ওইহনা তোক্কদৌরি। অহুনা নংগা ঐগা উনবা অসি তোক্লসি মসিনা ঐনা লাইব্রিক পাবদা খর কায়রবা য়াই। নংদি ঐগী কনবতা খনবীরিবা শমনি। অহুনা ঐনা হায়জবা অসিদা থোইনা ৱারোৌবীরোই নিংজৈ।"

নরেন্না সুদর্শিণীগী চিঠি অহু ফংবদা ভমথৈ লৈতনা ৱারমই। উনদনবগী মরম অহু তাবদা অমুক হেন্নহুম ৱাখ্রে।

পরিক্ষা থানবা লাইব্রিক পাগদৌরিবনি হায়বা অহুদা কন্না হায়-থিবসু ভমদ্রে। চিঠিগী অরোইবদা হুংশিতোম্বী হায়না সহি তৌরি। মাহু পাবদি থোক্লনবা ককথৎলগা অমুক সুদর্শিণী হায়না ইরি। মাহু উরুবদা নরেননা য়াম্না ভকখ্রে। মতম অমদা নরেননা সুদর্শিণীদা নংগী নমিং হুংশিতোম্বী হায়বা অসি ঐগী থম্মোইদা য়েকশ্রবা মিংনি। চিঠি ইরকপা খুদিংদা নংগী মিং থাবা তারবদি হুংশিতোম্বী হায়না ইরকউ হায়থি। মাদুদা মাপু য়াম্না হরাওনা য়াখি। মতম অমুক কুইবা অসি মাহুমক তোরকই। অহুবু ভাসিদি অহোংবা মওংদা উবদা নরেনগী পুক্লিং অহু পোথাফম থংখিদ্রে। অমুক্তং চত্তুনা উনরুসিরা খল্লকপসু, তৌরক্লিবা মওং অহু শনবদা য়াম্না হঙ্গোইরমই। মতম অমদা নরেননা হায়খিবা ৱা বয়াদা হুংশিতোম্বীনা লুনা খল্লম্বা, অহুগা ভসিনা কয়া ওন্ননা তৌরকপা অসি খল্লুবদা নরেনগী পুক্লিংদা হুংশিতোম্বীবু খরদং চিংনবা পোক্লমই।

প্রতাপ লাক্কনি হায়রম্বা হুমিৎ অহুনি। সুদর্শিণীনা ফি-ৱোল শেৎপা লোইরহুনা প্রতাপ লাকপা ভাইহনা লৈরি। নহাল প্রতাপনা হায়রম্বা ৱাপুম্বা নিংশিংহনা লৈরি।

প্রতাপকী ৱাভাংগা নরেনগী ৱাভাংগা থেন্নবা অহুবু বি,এ গা এম, এ গা থেন্নবনি হায়না খল্লমই। প্রতাপসু থুংলরে। সুদর্শিণীগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমলমই। হাইকেৎ নোক্লহুনা সুদর্শিনিদা হংলমই—"নংনা হয়েং ঐখোইদা ঐগী ইমা ইপাবু লুনা তৌগদ্রা?"

"কন্নিগী ঐনা মখোইবু লুনা তৌরোইদৌরিবনো? ইবুংঙোগী ইমাদো ঐগীসু ইমানি; ইমা হায়না হরাওনা খৌগনি। ইবুংঙোগী

পাবুংদো ঐগীস্থ পাবুংনি ; পাবুং হায়না হয়াওনা কৌগনি।" অমুম্মা সুদর্শিণীনা খুমলমই।

"মাহু নত্তে, সুদর্শিণী! নংনা ঐবু য়াম্না মুংশিবিয়মাম্লে হায়না খল্লমই। নংদি ঐবু করিস্থ ওইনা খনবিরমত্রেদনা। নং ঐগী ইমা ইপাবুদি লুনা তৌবা পামই। অদুগা ঐগী ইমাদা ইমা, পাবুংদা পাবুং কৌরবদি ঐ অসে নংনা হল্লম্নগনা নৌপম্না অদুগা ঐনা হল্লম্নগনা নবুং ওইনা খনবা ঙমগ্রগনি। ঐবু নপুরোইবা অমা ওইনা খনবা ঙমগ্ররোই। নংনা ঙসি খুমদোক্লক্লিবা পাওথুম অসিদি পুমকায় কায়রবা জাৎনি। অদুবু মাসিনা নংগী অহানবা অয়ানবনি। ঐ থোইনা য়ায়োয়োই। অদুগা ঙসিদগী খংবীহৌরো। নংনা ঐবু নপুরোইবা অমা ওইনা খনবীগে হায়-য়বদি ঐগী ইমাদি নমা নত্তে; ননেম্বোক্লি। পাবুংস্থ নংগী পাবুং থক ওইবা য়ারোই; নকুবোক্লি। ইমা পাবুং হায়না তৌশিম্নগে খনবীগন্নু।" প্রতাপনা হায়রকই।

"ওকচয়ে তোকপীয়ো! ঐখোইনবু হায়জরুরবদি অয়ানবা হেক্তা ওইরমগদবনি।" সুদর্শিণীনা য়াম্না ইকাইনা হায়রকই।

প্রতাপনা অনৌবা য়াহং অমগা হংথরক্লমই —"করিগুম্বা খুদোং চাদবা অমদগী লুহোংবা অসি নখোইগী অহল লমম্না য়াদ্রবদি নং করি তৌবা ঙমগনি?'

সুদর্শিণীনা খুমলকই — "নংনবু য়াবীরবদি মতম কুইনা ঐবু য়োকপিরক্লবা ইমা ইপা অসি হুজ্জেক্লমহুনা নংগী নতুং ইনবা ঙমগনি।"

"ঐনা নংবু থাজগে ঙমলোইদবা অসি মাসিগা অনি শুরয়েদো। মতম কুইনা নংবু অসুক মুংশিনা য়োকপীরক্লবা নপা নমা অসিবু, ঐবু মুংশিবীবগীদমক্তা ইরায় লায়না হুম্দোক্লম্বা ঙমগনি হায়রিবা অসিনদি, হয়েং মতম কুইনা ঐখোইদা লৈরবা তুংদা, নংনা কনাগুম্বা অমবু মুংশি-রক্লবদি লোইদনা মতম কুইনা নংবু থাক্লক্লিবা ঐবু হুনদোক্লমহুনা চৎখিবা ঙমগনি। ঙমলোইত্রনে?" প্রতাপনা হায়রমই।

সুদর্শিণীনা খুমকম খংদনা লেপতুনা লৈরমই। "খুমত্রবদি করিদৌরি, খুম্মুদনা?" প্রতাপনা অমুকস্থ হম্না হংজিল্লমই।

"নংদি মরৈ য়াম্না কল্লি। নম'প্নবশিংমক্তসু নংগা ঙাংনবা ঙমদে হায়রগা করিসু লৈতবী মুপীমচা ঐনবু করি থুম্বা ঙমগনি ?" সুদর্শিণীনা য়াম্না তপনা খুম্মলমই।

"অনি শুরবনিদো। থর চেকশিনবা কৈ, অত্তগা হয়েংদি সিনেমা য়েংলুসি ; থর থেংনপ লাক্লগে, নংগী থোরাং তৌবা লোইহুনা লৈরম্দু।" হায়রম্লগা প্রতাপ ময়ুম হনথরে।

মতুংগী নুমিৎ অহুনি। নুমিদাংবাই ওইরহুনা সিনেমা চৎনবগী ক্লি শেৎপা হৌরে। করিগুম্বা চৎপা থোক্লবদি নরেনসু লম্বেলদা উনবা য়াই থল্লমই। মাহু থল্লবদগী সুদর্শিণীনা ফনেক শেৎলম্বদগী শারি শেৎলক্লে। অহানবদগী সুদর্শিণী অসি শারিত্তা শেৎলকপী মুপীমচা অমনি। মৈতৈ নুপীনা মাগী লৈজবা লন ওইবতা নত্তনা য়েংবদসু কজরবা পোৎ অহুবু করিগীদমক থোওইত্রিবনো হায়না নরেন্না হায়খিবা নুমীৎ অহুদগী হৌনা সুদর্শিণীনা শারি শিঙিক্লবা তোক্তুনা মৈতৈগী ফনেক অমুক শেৎপা হৌখি। মাহু নিংশিংলুবদা সুদর্শিণীনা শারি শেৎকে নিংখি। মমৈথংদা ক্রমথরহুনা থল্লমই— "নরেন্না হায়রকপা কয়াদা ঐনা থম্বদনা ইল্লমই। ঙসিদি মানা হায়খিবা কয়াহু থম্বরগা অমমম ওইনা ওন-তৈনবা ওইনা ঐনা পুথোক্লক্লি। মরাম অসি উরবা ফাওবদা ঐনা মাবু করিসু থনত্রে হায়বা অসি থংবীবা ঙমলমত্রবদি ঐঙোন্দা অকায়বা অমা ওইহুনা লৈখিগনি। নোংমা উনরগা তশেংনা হায়দোকপনা থোইনা হেন্না ফগনি"—থল্লহুনা হয়েং নুমিদাং অমুক্তা উন'সি হায়না পাও থাখ্রে।

নুমিৎতি তাথোকখ্রে প্রতাপতী হৌজিক ফাওবা লাকত্রি সুদর্শি-ণীনা মপুক্লিংদা শাওনিংবা অমদি চিংনবা পোক্লে। অহুবু—"থর থেং-দোকখ্রে রারৌবিবা য়াদে।" হায়হুনা য়াম্না থুনা মাগী মমাংদা হেক লেপ্লবা খুদক্তা চিংনরম্বা পুম্বা কোক্লমই।

মবানি হেক ক্রমথবতা ঙাইস্নিডৈদা থানাগী কিজেৎ শেৎপা অমা চংঙক্তুনা "সুদর্শিণী" হায়না কৌরক্লমই। "করি ওইরবনো ইরাই ?" সুদর্শিণীনা থুম্নমই। "ইমা লৈত্রা ?" নিপা অহুনা হংলমই। "ইমুংদা লৈবনি" হায়না সুদর্শিণীনা থুম্বদা "নখোইনা নকি-নয়োল শেৎলিবা অহুবু

কদাইদা চৎকদৌরিবনো ?" হায়না অমুক হংলমই। "সিনেমা য়েংবা চৎক-দৌরিবনি, চৎলুসিদনা।" সুদর্শিণীনা হায়রমই। "ইমা অমুক্তা ঊনরুশিগে চৎমিন্নসি ঙাইরমখো।" হায়রল্লগা নিপা অত ইমুংলোমদা চংখ্রে।

ঙসাইমখৈ প্রতাপ অতু য়াম্না ঙক্না কমতুনা লৈরমই, সুদর্শিণীদা হায়রকই—"নিপা অসি ফনসু অহল ওইরবনি। মমিং ফান্দুনা 'ইবাই' হায়না ইরাই লাইনা কৌত্রবসু তাদ-ইবাই খুরা-ইবাই হায়না কৌবা য়াত্রা ?"

সুদর্শিণীনা রাম্বা মখৈ নোক্লতুনা হায়রকই— "ইবাই হায়বদি মমিং নত্তে ঐখোইগী ইবাইনি। ইচে লৌরিবনি। হৌজিক থানাগী এস, আই ওইরি।"

"ঐঙোন্দদি য়াম্না ঙক্না থোকদৌরেদা। নখোইগী ইচেগী মরা মখৈ নবাই ঙাক্তরা ?" প্রতাপনা হংলকই।

"করিগী ওইরোইদৌরিবনো ? ব্রাডর-ইন-লো হায়বা অসিবু ইবাই হায়না আর্থ হনবা চুমদরা ?" সুদর্শিণীনা খুমলকই।

"নংনা কৌরিবা অসিদি ইংগ্রেজীগী আর্থদা কৌরিবা রা ওইরে। ঐদি থংলুদেদনা। ইংগ্রেজীগি আর্থদা পানবীবা ওইরবদি ব্রাডরগী অর্থ ঙাক্তদা লৌতুনা এনাওদা তাদা হায়রুরবদি মৈতৈ হায়বা অসিনদি মৈতৈগী অর্থদা চৎনবনিনা মৈতৈনা মওং অমা ঊখিরোইদ্রা ? অতুনা হৌজিক মৈতৈলোনগী অর্থদা ইতৈ হায়না অমুক্তা কৌবীয়ুবা।" প্রতাপনা হায়রমই।

সুদর্শিণী য়াম্না শাওরমই। —"ঐ সুগাই হায়রোই, মাতুগীদমক্তা ঐগী নংনা করিসু রাবীকম থোক্তে।" প্রতাপতা ওনশিন্দুনা হায়রমই।

"নংনা থোকপা তৌবগী রাখন্দা অতু য়োরবদি নংমা থোকপা তৌহোরে।" হায়রল্লগা য়াম্না শাওনা প্রতাপ অতু হৌগৎতুনা চৎখ্রে।

য়াম্না শাওমনখিবনা প্রতাপতো খাম্বসু রাখিত্রে। "সিনেমা য়েংগনি হায়বা অতু চৎলশিদনা।" ইমুংদগী থোরকপা নিপা অতুনা হায়রমই। প্রতাপ য়াওদবা অসিদদি চৎলরোই হায়সিরা হায়না সুদর্শিণীনা খল্লমই। নোংমা সুদর্শিণীগি মমানা হায়খি। ইচাহুপী অসিনা করিগুম্বা ময়ুম পানবদা

থুদোং চাদবা খোক্লবদি মবাই অসিদা হেক পিশল্লগা লোইরে হায়বা অহু স্থদর্শিণীনা তাথি। অহুনা স্থদর্শিণীনা মবাই অহুবু কয়া শাওহন্নিংদবগা প্রতাপস্থ লম্বেলদা উনগদ্রা হায়না থনবগা—'হোই' হাইনা থুমদোকখ্রে। সিনেমা য়েংবা লোইরগা স্থদর্শিণীবু ময়ুম ফাওবা থিজিনবীরমই। লম্বেলদা প্রতাপ উনখিদ্রে। ময়ুমদা মাগা প্রতাপকা মখোই অনি লুহোংবগী থুমিৎ লেপখ্রে হায়বা পাও অসি ইমুংদা অঙাং অমগী মচিন্দগী তারমই। স্থদর্শিণী অহু ঙমথৈ লৈতনা থুংঙাইরমই। 'প্রতাপ অহুবু থাঙ্গৈশেংনা শাওগ্রবরা?' স্থদর্শিণীনা খল্লমই। থুদক অহুদা চিঠি অমা ইরমই :—

থুংশিথোইবা,

ঙরাং ঐবু য়াম্না ন্নারৌবীপ্রমাল্লে? নিপানা পাম্বা মত্তা থুপীবু পুশিল্লকনি হায়বা ঙাক্তস্থ থনবীগনু। থুপীনা পামজবা মতলোমদস্থ থরা মন্নাকপিয়ু। অহুবু নংনা ঐগী ফনবা মওংতদা হায়বীবা মী অমনি থজহনা নংগী নফমদা লাল্লে হায়জরি। অহল লমনগী য়ানবা মতুংইনা লুহোংবা থুমিৎস্থ লেপখ্রে। অহুনা ইবুংঙোনা তোইনা লাক্লগা মীনা নোক্লখিবা য়াই। ঐবু থুংশীবীয়ু, থাদোকপিগনু। নংগী—

স্থদর্শিণী দেবী

* * *

নরেন্না স্থদর্শিণীগী মনাক্তা চৎসিরা চৎকম্বুসিরা হায়না য়াম্না চিং-নরি। নোংমতা উনদবদা ন্নারৌরম্বী মহাক্লা থুমিৎ কয়ানি উনদনবা হায়রকপা, শারি শেৎপা পামদে হায়হনা খিত্তং হায়রুবদা মাহুবু কয়া থুনা ওনখিবা, অহুগা ঙরাংদা সিনেমা য়েংবদা কুইনা তৌখিদ্রবা কয়াস্থ তৌথোক্লকপা অপুম্বা নিংশিংলমই নরেননা হায়বা মতুংইন্না থুংশিতোম্বী হায়না ইরম্বদগী, ইরম্বা অহু ককথত্তুনা পামদে হায়খিবা মিং অহু ইন্নকপা মওংশিং অসিদগী স্থদর্শিণীগী পুক্নিংদা অওনবা অমা লৈরে হায়বা অসিদি নরেনস্থ য়াম্না কম্না খল্লমই। অহুবু শেংদোকনা খাইদগী হেম্না ফরবনি খল্লহনা উন্নবগী দমক হায়নবা মতম অহুদা হায়নবা মফম অহু তাম্না চৎখ্রে। নরেননা অরাবা পুম্বা কোকপগুম থনবা মফম অহু ঙসিনা অন্নাবা থেংনফম ওইনা থোকখ্রে।

প্রতাপনা হুমিদাংগাই ময়ুমদা হনজল্লকপা মতমদনি। মাগী টেবিল মথক্তা চিঠি অমা ভাতুনা লৈবা উরমই। চিঠি অদু হেক ফাকলমদে। পায়খৎতুনা মুন্নদি য়েংলমই। য়েংবদা সুদর্শিণীনা থাররুপা চিঠিনি হায়বা খঙলমই। অদুদগীদি য়াম্না থুনা ফাকতোক্তুনা পারমই

চিঠিগী অহোৌবা অদু 'হুংশিথোইবা' হায়বা রাহৈ অসিনী। রাহৈ অসি হেক পাবদগী মথা অমুক পাখ্রে। চিঠি অদু মথুৎনা নোইশল্লমই। শাওবনা মৈ হোৌরমই। সুদর্শিণীগী ময়ুম মাইগৈরোমদা থুনা চৎখ্রে। 'ঙসিগা থানা অহমলক শুরেদো' প্রতাপনা থন্না থন্না সুম চৎখিরমই।

সুদর্শিণীনা লেপখিবা মতুং ইন্না মপানলোমদা থোরকমলই। হায়নখিবা মফম অদুদা নরেননা লেপ্তুনা লৈবা অদু উরমই। নরেনগী মনাক্তা ভপ্না ভপ্না চঙশিনলকলমই। মমাংঙৈগী রা কয়া, খোদোক কয়া নির্দশিংলমই। সংসার অপুম্বা কাওখিবগুম তোৌরমই। করিগুম্বা খরা হায়গে খন্দুনা নরেনবু মফম অদুদা কৌখিবনি। অদুবু মচিননা করিমতা হায়দোকপা ঙমখিদ্রে। তুমিন্না চপ লেপতুনা লৈখিরমই।

"করিগীনো তুমিন লৈরিবদি? নঙগী নওং, শাজৎ অমসুং লমচৎনা ভাকপা রা অপুম্বদি লে'ইনা খঙলে। নচানমক্তা হায়তুনা খঙহন্নিংবা রা অতৈ লৈরবদি হায়রোদনা! খঙলগা থুনা হনজপ্রগে" নরেননা হায়রকই।

সুদর্শিণীনা করীমতা ভাওবা লৈখিদ্রে। মমায় অদু সুম লুকথখিরমই; মখোংবীনা লৈবাক্তা ভকলমই। 'হুংশিবা হুপা পামজবা হুপা লৈনিংবা হুপা হায়না অহুমথোকনা লৈ হায়বসিবু হুপাশিংনা খঙবা ঙমদবা জাৎলনে হায়ন। সুদর্শিণীনা মপুক্লাংদা খনজরমই। "ঐবু অনৌবা ইকাইবা অমা পীগে হায়বগীদমক কৌবা ওইরমগনি; নং তুমিন্না অহুম লৈহোৌরো" হায়রমলগা নরেন অদু য়াম্না থুনা নোংচুপ মায়গৈ পাংনা চৎখ্রে।

প্রতাপ নোংপোক মাইকৈদগী লাকলমই। হুমিদাং অদুদা সুদর্শিণীনবু কোম্মোং ময়াদা উন্নবা অদুদা য়ামনা ঙকলমই। ফিংনা হায়রকই, 'ঙসি অসিনা অহমলক শুরবনিদো। মতম অমদা নঙনা হায়খি। নংনা কনাবুসু খনলোই, ঐতবু হুংশিবা ঙমগনি। নঙনা হায়খিবা মতুং

ইন্না ঐঙোন্দা উৎপা ঙমদ্রে।' হুজিক্না চৎখ্রিবা নরেনবু উবদা চিংনবা ওইরমগনি খল্লুবদা সুদর্শিণী কোকচাওবী কাখিরমই। লানজরে হায়বা মতাগুম প্রতাপকি মমাংদা তুমিন্না চপ লেপতুনা লৈরমই। 'লাক্লম্বা মুপা অতুগী ওইরবদি ঐনা মাবু নুংশিদে হায়গে হায়তুনা কৌবনি' হায়রশিরা সুদর্শিণীনা খল্লমই। মুপা অমবু নুংশিদে হায়নবগীদমক্তা অথেঙবদা অচিকপা মকমদা কৌবোইরে হায়রক্লবদি করি অমুক খুমগনি। করিমতা খনকম খোকখিদ্রে। তুমিন্না অতুম লেপতুনা লৈখরে।

করিগী মতম চাদনা লাকলিবঁনো হায়না সুদর্শিণীনা খললি। প্রতাপকী রাঙাং অতুগী মতুংইন্না নরেনবু উবদগী শাওবা ওইরমগনি হায়না সুদর্শিণীনা খল্লুবনি। তশেংবদি প্রতাপনা নরেনবু করিস্থ উখিদে।

প্রতাপনা হায়রকই, "নংনা চিঠি ইরকপদা নুংশিথোইবা হায়রকই। নুংশিথোইবা হায়বদি নুংশিবা ময়াম লৈবা, ময়াম মরক অতুদগী অথোইবা হায়বনি। মসিনা তাকপদি নংনা নুংশিবা মী য়াম্না লৈরি হায়বনি। ঐনা মতম অমদা নঙোন্দা করি হায়খি? ঐনা পাম্বদি ঐতবু নুংশিবীবা অসিনি। নংগী ময়াম অমা লৈবগী মরক্তা ঐবুনা খরা থোইগৎনা নুংশিবা অতুদি ঐদি তুক্কচৈ।"

সুদর্শিণী অতু কিরম্বদগী ঙকলকলে। করি মুপানোনে খল্লতুনা প্রতাপতা য়েংখৎলমই। করিমতা খুমকম খঙদনা লৈরমই। 'ঐবু করি হায়না খুম্মু হায়রিবনো খঙদ্রেনে' সুদর্শিণীনা হায়রকই।

প্রতাপনা অমুক মথা তারকই, "ঐনা হায়খিবা ৱাকম নিংশিংগে হায়তুনা লাকলিবনি। ঐনা হায়খিবা অতুনি। নংনা ঐবুতা নুংশিবা নৎতে হায়বা খঙবা মুমিৎতা নঙগা ঐগগি মরি অমুক লৈররোইদবনি হায়খিবা অতুনি। ঙসিদি ঐ মতু খঙলে।" মতুদগী সুদর্শিণীগী পাওখুম অমুক ঙাইরমদনা প্রতাপ থুনা চৎথ্রে। সুদর্শিণীনা হন্না হন্না কৌজরমই। অতুবু প্রতাপতি হন্না কাওবা য়েংলকখিদরে।

সুদর্শিণী তৌফম খঙদনা লেপতুনা লৈহৌরে। থাবলগী মঙাল মরক্তা লৈনা লৈনা উরুমদা চঙলগা খরা ইংগদোবোই খনলি। সুদর্শিণীগী পুক্নীংনা তৎতনা নরেনবু কৌরি। য়াক্লবা খোম্থোক্লা প্রতাপপু কৌরি।

পুক্নীংনা কৌরিবা থোঞ্জেল অহুনা সুদর্শিণীগী মনাকোং য়ৈশিনলি। মচিন্না কোখিবা থোঞ্জেল অহুগী মনিন্না মফম অহু পুমনিল নিল্লি। নোংমা মমানা হায়খিবা সুদর্শিণীনা লোন্না তাখি। থুদোং চাদ চাদরগা মবাই অসিদা পীহুনা মচেগা পুন্না লৈজখিবা হায়বহুনি। মহুবু তানজা অসীদা সুদর্শিণীনা নিংশিংলকই। মানা লেপলিবা মফম অসি হিংগোলগী মতোন্দনি। হুমি-দাংগা ওইবগা মফম অসিদা কুইনা লৈবা য়ারক্লোই। শোইদনা ইমুংলোমদা থুনা চঙখিগনি।

# শান্নপোক

কালেনগী য়াকনা শারবা হুংশানি। কনানা থাঙবা ঙমগনি? অচৌ অশাংগিদি অরায়বা ৱাকয়ি। য়ুম মনুংদা অইংবা হুংশিং শীংহন্দুনা থমই। থবক শুফম লোইশংদস্থ অচু মঙাই। লম্বী মতেক অমা চৎকদোরিবা অচুস্থ খোংনা চৎকদবা নত্তে। গাড়ী মনুংদা কমচুনা চৎকদবনি। ওলাংথানি হায়বা নিংশিংনিঙাইগী মওং লৈতে।

য়াকলবা হুংশা মরক্তা মী কয়ামনা হুঙ থূগাইরি। মথোযচুবু অশাবা অসি কাওদবরা? কাওই। হুংশাগী অশাবদগী কনগে হায়রবদি থবক শুবা লেপ্পা তাই। থবক হেক লেপ্পদা হেন্না শাবা অমা। চরা হেনবগী অশাবা।

কনা য়ামনা নংবা ওইচুনস্থ মীওইবনি। কনা থাঙবা কনচুনস্থ ঙাইহাক পোৎথাদবা ঙমবা নৎতে। হুমীৎ য়ুংলকলে, মথুৎনা পায়রম পায়রমবা থুৎলাই থাদোকলে। পংলাপ লাপতনা লৈবা হিংগোল অমদা অমমম চঙশীনখরে। ৱাপল-উপলনা ইকোই কোইশীনবা হিংগোলনি। ময়াই ওইরপনা, মল্লবা য়ুম অমগী মমাংদা বকুল পাম্বী অমা হোরি। মউ চাওরবা মনা পুঙলবা বকুল পাম্বীনি। থবক শুরম্বা কাংবু অচু বকুল পাম্বীগী মথাদা চঙখরে। মখোয়দা নত্তে। লমশাং চৎলকপা হুমাংনা চোৎলবা মী, য়ুমথোং থূদীং শুরুরবা চাকনিবা থরস্থ চঙলক্কনা পোৎথাররি।

মল্লবা য়ুম অচুগী য়ুম্বুরেল ওইরিবা নিংথেমগী হুঙাইবা অমথকতনি। মপা-মপু হাক্তক্তগী লৈরকলবা বকুল পাম্বীনা ৱারবা, চোকথরবা মীওই কয়াদা পোথাফম পীবা অসিবু য়েংজবা ফংবা অসিতনি।

হুঙাইরবা ৱাথল অসী থম্না থম্না নিংথেমনা তুমথখি। 'নিংথেম নিংথেম!' হায়বা য়াকলপ তৌবা মিকৌ অমনা নিংথেমবু মিকপ থোকহনখি। কমুংদগী হোগৎলমই। থোং হাংদোক্কনা মপান থোরকলমই।

দাম্নি মচিন্দা লেপতুনা লৈম্নিবা মুপা অহ্ উরকলবদা 'তাদা ওইরে' হায়-রমলগা ইমুংদা চংখরে। মোরা অমা পায়রহুনা অমুক খোরকলমই। মুপা অহুগী মনাক্তা থারমই; কমবীনবা হায়জরমই।

'করি তাকপীগদবা লৈহুনা অয়ুক অঙনবা অসিদা অমুক রানা লেংবীরকলিবনো ?' নিংথেমনা হায়রকই।

'নিংথেম!' মুপা অহুনা হায়রকই 'হায়নবা মুমীৎ কয়া অসি নংনা শোয়হুনতা লাকলে। হুজিকম্ন শেল অহ্ থুনা হেক নংনা শিংদোকপা ঙমগনি হায়বসি ঐ কয়া থাজদে। অহুগা শেন্দোয় হায়বসিনম্ন তুম্বা, পোৎথাবা লৈতবা পোৎনিনা নংগী পোৎলুমদি চাওবা অম্নম হেনগৎ-লক্কনি।'

নিংথেমনা পাওথুম করিমতা পীবা ঙমলমদে। ফুম্বংননা, মমায় লুকখনা লেপতুনা অহুম লৈরমই। 'নঙনা হায়নিংবা লৈরবম্ন হায়য়ুনে!' মুপা অহুনা হায়রকই।

'তাদনা তাকপীনিংলিবা অহ্ অহুম তাকপীয়ু!' নিংথেমনা খুমলকই।

মুপা অহুনা হায়রকই, "নংগী অরাবসি কোক্কবা উপাই অমা খল্লহুনা লাকলবনি। উপাই অহুদি অসীনি। নংগী বকুল পাম্বী অসি ঐঙোন্দা পীথোকলো! মসিবু নংনা য়ারবদি নঙোন্দা লৈম্নিবা শেন অহ্, শেন্দোইগা কোম্ননা কোকথোকনরগনি। মহুদম্ন নত্তনা শেল খরম্ন নঙোন্দা ঐনা হাপলক্কনি।"

রাহৈ অসীনা নিংথেমবু য়াম্না নৈরমই। মীগী মরল তোন্দবা মী অমা হায়বহ্ ওইদবম্ন পামই। অহুগা বকুল পাম্বী অসী পীথোকখ্রবদি চোকথরবা, রারবা মী কয়ানা হিংগোল অসিদা ঙাইহাক্তং পোৎথাবা অহ্ অমুক হম্না উবা ফংখররোই। রাখল মওং অনি অসীনা অরেপ্পা লৈতনা হাইগৎলি হাইথরি। নিংথেম রা অমতা ঙাংথোকপা ঙমখিদরে।

মুপা অহুনা নিংথেমগী অশোনবা অহুগী খুদোং চাবা লোৌরমই অমসুং হায়রকই, "করে, হোরেল মুংথিলমক বকুল অসী য়াম্ননবা মী থারকলগে। অহুগা ঐনা শেল খরা হাপকনি হায়বা অহুদি ঙসিদগীনা

থা অমা কাবা হুনিত্তা ঐগী য়ুমদা অমুক্তা চৎথোরকউ ."

নিংথেম পাঙল থোকপা ওমখিদ্রে ; য়েনাক খুনবা হুপা অহুগী অনিওবনা কনপ্লে। হুপা অহুনা চৎখিবহু নিংথেমনা য়েংহুনা লৈহৌই।

নিংথেমগী হিঙোন্দা বকুল পাম্বী হৌখিদয়ে। হিঙোল অহু য়েংবদা ইহাং হাংনা উরে। রারবা থবক ওবা কাংবু, চোকথরবা লম্বী চৎপা, চাকনিবা অমত্তসু নিংথেমগী হিঙোনদা অমুক পোৎথারদ্রে।

হায়নখিবা হুমীৎ অহুনি। নিংথেমনা য়েনাক খুনবা হুপা অহুগী ময়ুমদা চৎলমই। রা অমতা ওাওদনা মাঙোন্দা কাখৎহুনা লেপললমই।

হুপা অহুনা নিংথেমবু তরাম তরামনা কৌরমই। চাওরবা কা অমদা পুশীন্দুনা য়েংহললমই : ফুরৈনা কজনা .খংহুনা শারবা লৈতেং, খুংহৈবনা কজনা হৎহুনা শারবা উগী শগোল, সায়ু, মথল মথলগী শান্ন-পোৎ, মীৎ থকহনবা ওম্বা মচু কয়ানা নিংথিহল্লবা ওাকনি।

হুপা অহুনা নিংথেমগী মথুৎতা শেল থরা পীরহুনা "যেংউ ! নংগী বকুল পাম্বী অহুনা অওাংশিংগী হরাওনব', ঐথোযগী মীৎ পেন্নবা, কা অসিগী লৈতেং ওইননবা মথল কয়াগী শান্নপোৎ থোকহনবা য়াগ্রবনো!" হায়বগা যোমোম নোকললমই।

---

# পিঙখিদ্রবা চিঠি

হুমিদাংরাইগী মতমদা নোং ভাইহাক থিকলি থিকলি চুথিবনা লম্বেলগী উফুল ফাবা ওইনা থোকখি। উনা রানা খূদীংমক্তা ইশিং মরিক মরিক্তা পকপা অত্থদা থাবলগী মঙাল্লা য়ৈবদি ইলং লংলহুনা য়ামনা ফজনা উই। লম্বেলদা লাইগী কৎননবা পোৎচৈ পুরহুনা লাইফম তান্না চৎনরিবা মীশিংনা কৃক কৃক ইন্নে। করিগুম্বা লাইফমদা মাগী মাগী চান্নবা চান্নবী উনগদ্রা হায়বগী খোংফম মতুং ইন্না চৎপা মীগী মশিংস্থু কয়া অমনি। মী খূদীংমক রাখল অমা নত্রগা অমগী হুভাইবদা তাওহুনা চৎনবা ভাক্তনি।

ময়ামগী অরাঙবা অত্থ ঐস্থু তাবা ঙমলক্তত্থুনা লাঙলিবা অসিদহুম য়াওরুরগে হায়হুনা থোরক্লে। লাইফম তান্না অস্থম চৎথরক্লে। লম্বেলগী চিদাই ওইরপনা হুপী অনিথক উরমই। অনি অত্থগী মরক্তা অমনা মীয়াই চল্লবী, অত্থগা অমনা চহি হাইজল্লপ তোরবী লৈশাবী অমনি হায়বা অত্থদি লাপতক তোবা মফমদগী উবা ওইরবস্থু অত্থমক খঙলমই। ঐস্থু খরা খরা অস্থম চৎশিল্লক্তুনা মনাক য়োৌশল্লকলে। অহল ওইরপ তোরবী হুপী অত্থনা হান্নদগী য়াম্না খঙনরকলবা মী অমদা হায়বগুমনা ঐঙোন্দা 'ইবুঙো! নচল অসিনা শিরকপা লিক পরেং অমা মফম অসিরাইদা তাথিবা খঙহোন্দ্রে, থিবা অমুক্তা য়াওবিরমউ' হায়রকলবদা ঐস্থু থওইদবা ঙমদ্রে। থরাই য়াম্ন য়াওনা থিব য়াওরগে হায়না পুক্নীংদা লেপলহুনা শেম-শারে। ফুরীংখাওদা য়াওরিবা টোর্চলাইট অত্থ হেক লোথোক্তুনা হেক কাপ্পদা ঐগী থাংমৈগী মমাই অত্থ লৈশাবী অত্থদা ওনশিন্দুনা লৈরমলমাল্লে; ইবেম্মা অত্থগী মমাই অত্থদা ইঙান ঙান্দুনা লৈরে। ঐনা মহোশা শঙ খঙথিবী, অত্থদস্থু নৎতনা মাগী অরেপ্পা পুকচেল অমস্থু ঐনা য়াম্না মুম্না খঙনিংথিবী কনাগুম্বী অমগী মুত্তি ওইরম্বা অত্থদা ঐগী হুভাইবা থেংগ্রে।

থাংমৈ অহুস্থ ঐনা মুথংপা কাওরবা অহুদদি থাংমৈ অহু মুংলু য়াঙ্গে। মাশু মৈঙাল অহুদা মমীৎ পাঙবা কাওরমাল্লে। য়াম্না চেৎনা উইশিন্দুনা লৈরমই। ঐস্থ মহু খঙলহুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংবা ইকাইরক্তে। মহাক অসে ঐগী ওইরসন্থ হায়না য়াম্না কন্না খল্লকলে। মমৈথংদা, লিক অহুনা মঙক্তগীদি তাথ্রবস্থ মখাদদি য়ৌখিদনা মাগী ফি অহুদা নপ্তুনা লৈবা অহু উরে। মতম অহুরাইদা ঐগী থাংমৈস্থ ঙাল্লক্তুরে। মখোয়সিদি পঙমল্লি, খরা রাহনখিগে হায়না খল্লহুনা ঐস্থ তাকখোক্তরে।

ঐখোয় লিক অহু থিবা লেপত্রি। সুম থিনগী কোয়চং চৎপদা মফিদা নপলিবা লিক অহু মখাদা হেক তাখোকখিগত্রা হায়না য়াম্না চেকশিন্না য়েংবা তাবদা মঙোন্দা মুন্না য়েংদবা শুকয়া য়াঙ্গে। অহল ওইবী মুপী অহু রারম্নমাল্লে 'রাইরকপমক নংলমত্রবদি তাজহৌরসন্থ হায়ববু' হায়না শোম্বাংননা শোল্লকই। মহু তাবদা ঐগী থম্মোয়সি পুবা য়ারক্তুরে, খংহাই হেক হাযদোক্তে তৌরকই। ঐনা থা-চিকহুনা হায়দোকলোইদবগী থাঙই। 'মাংজহৌরসন্থ অহুমঙাইরে' হাযনলহুনা মুন-লোমদা হনবা তারে। ঐনা ময়ুম অহু ইহং হেক হঙদনা খঙদোক্তে হায়না নিংলহুনা মখোয়হু থিনবিরে। ঐনা তুং ওইরপ চৎহুনা মাগী লিক অহু মফিদগী মকম খঙদনা তাখিগত্রা হায়না মুন্না য়েংহুনা চৎপা অহুদা অহল অহুনা ঐবু চায়মক্কি চিংনরমাল্লে। 'লিক অমহুদি তাহৌরবস্থ অমহুতদি লাকখিদনবা চেৎনা পায়হুনা চৎলু' হায়না লৈশাবী অহুদা হায়রমই। কাম্বোং মপা য়ৌশল্লকলে। চৎপীবা যারগনি হায়রকলবদা ঐস্থ রা অমতং হায়হৌত্রবদি য়াম্না পাঙদে হায়খিবা তারে খল্লহুনা 'ঐদি নংবু ভশেংনা পানজবা জাংনি ; ঐনা পামজরিবা অসিনা অচুম্বা ওইরবদি লিক অহু অমুক ফংবা ওইসন্থ' হায়না হায়রমলগা মুমদা হল্লক্লে।

য়ুম য়ৌরগা লৈফম খঙত্রহুনা ফমুংদা হিপলে। লিক অহু মফি লোথোকপদা তারকলবদি মানা ঐবু শোয়দনা মুংশিখিবা তারেকো! অহু নংতহুনা ঐনদি য়েংহুনা চৎপা ঙমত্রবনিনা কোম্বোংদগী ময়ুম য়ৌবা ফাও-বগী মথুংদা শুমাংদা তাহৌহুনা অতোপ্পা মী অমনা খুনথ্রবদি মানা ঐবু করিস্থ থনবীথ্ররোই ; অহুগা শোইদনা ফংলবা পোং অহুস্থ নমহুনা

মাংহনবা হায়বহ্ থোক্কদৌদ্রি। অসীনচিংবা মণ্ডল মণ্ডল খল্লহ্নদগী ল্লায়মাল্লে। ঐদি তুমথোকথরে।

মীরৈবাক্তা চৎনিংবগী রাখল অমা ঐঙোন্দা কমা লৈরমই। মৈতৈ লৈবাক অসিদা মাহাক লৈরি খনবদগী মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লুনা অতোপ্পা লৈবাক অমদা চৎনিংলকতরে। নহানরাইদি য়ুমগী অনংবা অসি কোক্লনবা অমুকতং লংকৈ চৎতুনা পৈশা তানগে হায়না খল্লমই! ময়াং লৈবাক্তা খবক শুবা চহি অমরোমদদি চৎলুগে হায়না ইমাদা নিতিগী তকনরিবনি। ইমানা য়াদবা অতুদ ঐ শাওনিংই। লাইরবসি ওকলে, তোকলসি হায়বসিবু ইমানা অসুক ল্লানিংজিবা অসিবু করিগীনো হায়নসু হংলমই। ইমাগী পুক্লীংদি অসিনি। থোইনা লাইরবা পামলুবগী রাসু নৎতে, য়েনাক থুনবা ওইনিংদবগী ভাবসু নৎতে। য়ারিবমখৈদি অমতা পোকচবা মচা হুপানি হায়হুনা লংকৈনচিংবদা চৎথোকহন্নিংদে। অতুবু হুজিক্তি ইমানা মচিন্না থোকনা হায়রে। নঙবু, লংকৈ অসি অমুক্তা চৎতুনা পৈশা তাল্লু হায়বসিনা নোংবা কাংশিল্লক্তে। নংবা হেনজল্লকপনা ছায়দবা ঙমত্রহুনা হায়রবনি হায়বসি ঐসু য়াম্না মুন্না খঙই। অতুবু, হোই, চৎকে শুকহায় হেক হায়নিংত্রে।

মতৌ করম্না মাগা অমুক্তং উন্নহুনা মাগী চপচাবা পুকচেল অমতং খঙবা ঙমলবদিকো হায়বসিনা ঐগী লাইনিং ওইরি। অরায়বা থবক্তি নৎতে। ঐনসু পংলাই লাইনদি তৌনিংদে। অতুনদি শুম লুংনহুনতা তোক্লগত্রা? মতম তৌরবসু ঐগী ওইজবা শিৎপগী রাতনি। উপাই অমা থিদবা ইয়া য়াদে। অমরোমদা ইনানসু 'নঙবু অমুক্তদি চৎলুবা, ইমাবু ল্লামল্লে' হায়বা অসি নোংমদা তরেৎ নিপাললক হায়বসু য়াওরক্লে। ঐনা য়াত্রবসিমক্তদা মচাগী পুকচেল খঙবীহুনা হায়দবগী রাসু তৌরক্তরে। সিদগী মতম খরদং লৈরগদি পুংজা য়ৈহুনা হায়রকদববু মানশিল্লকই। ইরোইবা হৈবগা হৈতবগা ইরাকনমিন্নৈ হায়বগুম ইমাগীসু পেনজদবা, ঐগীসু নিঙবা থুংদনা লৈববু তারিবরা?

ঐনা খঙবা উপাই অমদি লৈ। ঐনা হায়নিংলিবা মরম পুম্নমক শুগায়না চিঠি ওইনা ইহুনা মঙোন্দা থাবা ঙমলরদি য়াম্না কারমগনি।

অহুম্ন ঐনা চিঠি ইবা হৈহুনা কোক হেক ইহুনা থাথিনি হায়বস্থু নৎতে। খুদোংথিবগী খুদোংথিবা ঙাক্তনি। চিঠি অসি করিগুম্বা ইরো, অহুগনা মঙোন্দা অমুক কনানা পীবীরুগদৌরিবা? খল্ল খল্লগা তেন্না মমশিল্লকই। পিবা ঙমবা ঙমদবা অৱায়বা ওইনা লৈজরসহু ; অমতংদি ইথোক্লনা থম্বা চুমই। সুপা মচানি তম্বা ঙম্বা পোৎ নৎতে। খুৎলায় হায়বা অসিদি থোরাং তৌহুনা থমজনবনা মচুমই।

ঐখোয়গা য়াম্না নক্লনা সুপা মচা অমা লৈ। মাদি স্কুল তমলি। লাইরিক য়াম্না কৈ হায়নস্থু খাইনা ঙাংনৈ। মাগী ময়ুমদা চৎলে। চিঠি অমতা ইবিয়ু হায়না ইকাই ইকি হুন্দোক্লনা হায়জরুরে। 'তাদা! সুপীদা পীগদবা চিঠি ওইরবদি ঐদি য়াম্না তল্লি। অহুগা য়ুমদস্থু হয়েংমখৈদি লাকপিগহু। ইমাখোয়না লাইরিকস্থু তমদবা, অহনস্থু ওইবা মীগা তিন্নে হায়হুনা ঐবু ফুগনি' হায়না ইকোম কোমনা হায়দোরক্লে। কোকথক্তা ব্রজনা ননবা হায়বা অহুনা ঐনা ৱারিবা অস্থুক ৱারমগনি হায়বা থাজদে। মহাকপু অমুক য়াননবা থেম্বা তারি। মাহাক্লা য়াহুনা ইবিরবদনা পিবীনবা মী য়াননবা অমুক থেম্বা, অহুগী মথংদা মাহাক্লা য়াননবা অমুক হোৎনবা—ঐগী থবক অসিদি য়াম্না ফাংউ হায়না ঈশ্বরনা শিল্লমলবনি খল্লবদা কনাদস্থু ঐনা দোষ পিজদ্রে। 'ইয়াম্বগী ইবুঙো! ইয়াম্ববু অমুক্তদি পোকপিয়ূবা' হায়না ইমিংতা ইপি তাদে হায়বদা খাক্লনা হম্না হম্না হায়জরে। মমৈ-থংদদি য়াবিরক্লে। চেগা কলমগা পাইখৎখরে। ঐস্থু ইহন্নিংবা মরোল পূম্নমক চিংখদনা হায়দোক্লে। চিঠি অহুদা অস্থুম্না ইঃ

ঐগী থরাই,

পূঙাগী সুমিৎতা ঐগা নংগা উনখিবা অহু নংদি কাওরমববু য়ারে। অহুগা ঐদি কাউবদি হায়রুহু। নংগী ৱাঙাং, মীয়েং অমসুং শাজৎ পূম্নমক চিনকা পুহুনা লৈহৌরে। থাজদবা তৌগহু! ঐদি নঙবু য়াম্না পামই। নংনা ঐবু সুংশিরমদ্রবদি ঐনা নংবু হাম্না সুংশিরুরিবা অসি ফহল্লো লাও! নংত্রবদি ঐদি য়ারোইদবনি। ঐ অসিবু নংনা হেক সুংশিদবা য়াবা শকলা? লাইরিক হৈবা মী পামলিবনি হায়হুনা ঐবু খন্দোক লাকতোকহু। লাইরিক হৈবা মীদি কান্নদবনি; মখোয়দি

মপুকচেল লেপ্তে। অহুগা লাইব্রিকতি হৈবনিনা মালহনবা গকাদি য়াম্না ভমই। য়ামনা হায়রুহুনা থোইনা কান্নদে। ঐনা লাইরিক হৈতবহুদা খোয়বু খংহুন হুনলিবনি হায়না নঙনা থনখিবা য়াই। ঐখোয়দি মহুগী ভাবতি লৈবিবাপোংৎ নংতে। ঐদি পুক য়াম্না ফবা মীতানি নহাল নঙবু থিনলম্বা হুমীৎ অহুদা নখোয়গী ইমানা 'ইবেম্মা! তাহৌদবা লিক অহুতদি লাকখিদনবা নখুৎনা পায়হুনা চৎলু!' হায়র ফাওবদা ঐদি শাওবিবা পোৎ নংতে। নঙনা ঐবু হুংশিদহুনা ঐঙোন্দা লৈনিংত্রবসু মতম থরদদি ঐ অসি মপুক ফবা মীনি, নত্তে হায়বা অহু নশানা থঙজনবা ঐঙোন্দা অমুকতং লৈহুনা য়েংউ। অহুগী মতুংদা নথরাইনা য়ানিংঙকত-হুনা চৎখিবা অহুদি নঙগী নরাল ওইররোই। ঐগী ইরাল ঙাক্তনি।

নহাক্কী

......................

চিঠিদি ইবা লোইরে তৌগদবা অসি য়োৌখিনবা থৌরাংতা মঙাইরে। মখোয়গী য়ুমলোম্নবা অহুদা মৌ অমা লৈ। চিঠি অসিতদি অমুক্তা পীবীয়ু হায়না হায়জরুরে। মাগী বোম্বৈ অশংবগী ফনেক অমা লৈত্রবদি পিবীবা ঙমলোই হায়রি। ঐনসু য়াম্না লৈনিংলে। লৈননবা থৌরাংদি ঐঙোন্দা অহুম লুনা থোক্লি। লৈনিংবতা মঙাইরে, লৈবদি ঙমলোইদৌরে। য়ুমদগী পৈশা হুরানবা নৎতনা উপায় লৈতে। অহুগা মানা হায়রকপা অসিদা ঐনা অমুক য়ানিংলিবা অসিনা করিগীনো? চিঠিতং পীবীগদবা মানা হায়বদা অসি য়োৌনা য়ানিংলবা অসীনদি চিঠি ফংগদৌরিবা মানাগকা হায়রবদি ঐনা কয়াদা হেন্না য়ানিংগবা? মানা হেক লাকপগা তোঙান চাসি হায়রবসু ঐদি য়াদবা ঙমলোই। ঐনা অহুম হেক তৌরুরবসু ময়াম্না 'হুপী হেক থিবগা মমা লুপ্রাবী অসি করিসু ওইনা তৌবিখিদ্রে, মাবু য়োৌকপদা রাররুবনি, নংজররুবনি.........' অসিনচিংবা কয়া হায়খিগদ্রা? মহু হায়নিংলগা হায়জখিসহু। মহুনা ঐগী ওইজবা করিসু শিংতে। ইমা হায়বসিদি ঐবু পোকপিররুবনি, য়োৌকপিররুবনি। মানা অহুক অহন ওইরে হায়বদি থোক্তবনিনা ময়ুম অমা পানগ্রবসু ঐগীদি ইমা কৌদবা ইয়া য়াররোইদবনি; লেঙত্রবা পোৎনি। অহুগা হুপীগীদি

মানা ঐঙোন্দা লৈরিবা মখৈদি ঐগী মুপীনি। অদুগা মানা হায়বা য়াগে হায়দুনা ঐবু হুন্দোকপিরমদুনা চৎথ্রগা মানা মুপা অমদা লুহোংথ্রবদি ঐগী কয়া মাংথ্রবনো? অদুগা মতম অদুদা ঐগী মুপীনি হায়র্রবদি চৈদুম শোইদনা চাগনি। মুপা ওইনা পোক্লবনিনা মসি ফাওবা থনজিল্লুরে। থল্লুরবা মতুং অসিদদি পাপতুম পুরগত্রা হায়নস্ত মচিংনৈ।

চিঠি পীবগী থুদোং চাদবা ময়াম অসি থনবদা চিঠি অসি পীত্রবসু য়াবা উপাই অমা থিবনা হেন্না ফরগত্রা থল্লকলে। মীওইবগী দষা হায়বা অসি মীওইবগা অসুম লোয়নদুনা লৈরবা পোৎনি। তোয়না থোকচিল্লকলবদি দষাদস্ত য়ান্না ফবা মথলগী দষা য়াওরকই মতুদি কয়স্বা দষা ওইগনি। 'থা অসিগী মসুঙদা লুহোংহৌত্রবদি তুংদা নংগী শিবা য়াবা থৌথোক থোকপা য়াই' অসিনচিংবা কয়ানি। ঐনা দষা ময়াম থেংনরিবা অসিগী মরক্তা অসিগুম্বা মথলগী দষা অমতং য়াওরকলবদিকো—কন্না থল্লকলে। পাঞ্জিনা ঐগী দষা থরা ফংতে হায়নগকা হায়রকলবদি হায়রিবা মথল অসিগী দষানি হায়না হায়বীনবা পাঞ্জিদা রাবু নোমলসিরা থল্লকলে। ইমাদা হৌদোকপনা ফরগনি। হায়রগে লেপ্লদুনা ইমাগী মনাক্তা হেক চংই, মনাক য়োরগনা হেক ইকাইরকই। হায়বা ঙমদদুনা হেক থোকলকই। অসুম তৌনা মতম অসি কয়া কুইনমুক মাঙখিগবা?

নোংমগী মুমীৎনি। মুমিৎ অদুদি শোয়হনবা য়াদ্রে, মতুদগী থেংথখরবদি থুদোং য়াম্না চারক্লরোই থল্লদুনা ঐগী থৌনা পুম্নমক অতোপ্পদা অমত্তা চোইথোকত্রে। তশেংনা হায়রে। মশক থনবা পানজিদা হান্না মেলজরুরবনি। 'ইমা! হন্দক মরক অসিদি হকচাংসু পুক্নীংসু অনিমক পুন্না মুঙাইতে; ঐগী দষা য়াম্না ফংলমদবা য়াই, কুঠি অমুক্তদি য়েংবীরু' হান্না হায়রুবদা ইমানা মথরাই য়াওনা য়াবীরক্লে। ঐগী থরাই অসি থরদি মুঙাইরক্লে। অদুবু ইমাদদি খঙহনখিরোই থন্দুনা ঐনা শুকথনা অদুমক লৈ। ঐগী থবক অসি মহৈদি য়াল্লক্নদোরবরা হায়না পুক্নীংদা থনবা হৌরকলে। অদুবু চিঠি অসিমতং পীহৌবা ঙম্নবদিকো হায়না থনবা সিমদি তোকে মঙমত্রে।

মতুংগী হেক থংনবা মুমীৎনি। অয়ুক পুং নিপাললোম তাবগী

মতম অহুম্বাইদা ইমানা ঐগী কুঠি পুহনা থোকখ্রে। থবক অসি মথং মথংদি চাকশিল্লকলি। ঐ চৎথোকে হায়না তৌরম্বনি। অহুবু ইমানা হল্লকপা ফাওবদদি ঙাইহনা পাও তাংদাংবা অমতংদি খংদোকখিগে হায়হনা অহুমক নৈরে। ইমানা হল্লকপদা মথরাই হুঙাইনবা হায়হনা ঐহাক শীঙ য়াম্না কম্না থায়হনা নৈরে। হুংতিগীদি শীঙ অমা অনিদা থায়বদা য়াম্না রাবনি। অত্তবু ঙসিদি শীঙ কুনমূক থায়রবা ফাওবদা করিমতা হেক হাবিদে। নৈরকতা ইমা হল্লকপা উরে! ঐস্থ হান্নদগী হেন্না কন্না থায়গংলকলে। ইমাগী মথরাই অহু য়াম্না হরাওনা উই। মথং মথং য়ৌশিল্লকতুনা মাঙ্গোন কাখৎথরে। 'হুপামচা!' হায়হনা ঐবু কৌশিল্লকলে। ঐস্থ হরাও হরাওনা মনাক্তা চঙশিল্লে। ইমানা হায়রকই, 'নঙগী দষা য়াম্না ফরি। অহুগা লংফৈ চৎপস্থ য়াম্না কান্নগনি হায়রি। ঙসি নিনি হুমনিসিগী মহুংদা কাছাড় চৎতুনা থবক শুরুরো। পংকুইদি কুইগনু। থা অহুম, মরিতং য়েংউচো! হন্দক্কি মতাং অসিদি নাম্বোকহনবা য়াত্রবা পোংনি।'

উঁম! পাজ্ঞি মশক ওন্নবা চৎলূরবা! হন্দক্কি মতাং অসিদি ঐনা য়াদবা ওইথোকলোইদৌরি। য়াম্না কন্নমক হেক মহায়জনলকলে। পৃক্নীংদদি য়ানিংত্রবস্থ নাম্বোকপা য়াররোইদবনিনা ইনাগী য়াথংদা হিকতোকখিদ্রে। ঐগী চৎননবা থৌরাং পুন্নমক লোইখ্রে। চৎকদবা হুমীং ফাওবা য়াওনা লেপশিনখ্রে।

চৎকদবা হুমীংতি হয়েংনি। ঐবু চিঠি অসিমতা মঙোন্দা য়ৌহনলমবা ঙন্নরোইদরনে! মতমস্থ নৈশিল্লক্তরে। তুংদা য়াম্না নিঙমহৌদবা তারে খল্লহনা ঐগী মরুপ অমা হৌরহনা মখোয়গী য়ুমলোমদা চংলে। চিঠি অহু হান্নদগী নওং অমতা হোংদনা ঐগী ফুরিৎখাওদা অহুম্মক য়াওরি। ইবানি অহুম চৎখিহনা মখোয়গী মাঙ্গোল য়ৌরে। অহল ওইরপ তৌবা হুপা অমা থোরক্তুনা ফিদা থারমই। ইবুঙোখোই করি থবক্কি লেঙলকলিবনো হায়নস্থ হংলমই। ঐখোয়না থুম্বা পাওথুম অহুদগী ঐখোয় লাকপগী মরম হুপা অহনা খঙথিরমই অমস্থং হায়রকই, "মহোশা ঐগী য়ুম অসিদা নৈশাবী মমা-মচা অহু নৈরিঙৈ মতম অহুদদি ইকোম কোম্না

চংথোকপা য়ারমই। হুজিক মথোয়না হোংখিভৈদগীদি চংথোকলমদাইদা শো লোনশল্লমলগা চংলবনি।” রাতা অহুদা কুইথনা ফমথবগী অর্থ করিস্থ লৈত্রবনা ঐথোয় ‘চংচরগে’ হায়রমলগা থোরকলে।

করি লমদা হোংগ্রবগে, কদৌঙৈ হোংখিবগে অসিনচিংবা অমতা শুগাইনা হংলকতে। ঐ অসে ওম্বোক্লা পঙগ্রেদকো! ঐগী চিঠি অসিবু অহুম পিবা ঙমহৌদনা লৈরগদ্রা? অহুম হায়না থল্লা থল্লা য়ুম য়ৌরক্লে। থোক্লবা অহু মঙাইরে হায়না লৈরে। হয়েং থোঙশান্নবা পোৎ য়োম্বা লোইশিন্দুনা থমলে।

কাছাড় য়ৌরহুনা ঐগী লৈফমনচিংবা তংতানা লেপলে। পাঞ্জিগী মরোলদি অচুম্ব: ওইরমাল্লে। য়ুমশাবগী থবক্তা পৈশা য়াম্না ফংলে। পুগ্রি, খোংবালনচিংবা তৌবগী থবকতস্থ অহুম মকাল্লে। অহুবু ঐগী ফুরিৎথাওদা লৈরিবা চিঠি অহুগী খনবদা পোৎথাক্নমদি অহুম খঙদ্রি। নোংমগী অমুক অমুকতা পায়বদা মথক্কি থুমলিবা চে অহু পাশিল্লকলে। ঐগী চিঠি অসিবু পুন্সিচুপ্পা পিঙমদনা অস্থমক মাঙগ্রগদ্রা? মসিনা পিখিদবা থোক্কদবা ওইরবোইদি অতোপ্পা কনাগুম্বী অমদা পিহুনা ল.ইবক য়েংসিরা? মওল মওল খল্লি। ঐগী হুঙাইবা অমতা লৈত্রে।

নোংমা হুমিদাংরাই অমা অস্থুম্না য়াম্না হুঙাইতনা লৈরিভৈদা ইমানা ইরকপা চিঠি অমা ফংলমই। চিঠি অসি হেক ফংবগা য়াম্না থুনা থোরক্তবা য়াদে হায়রকই। মীভোন্দা চাইখিবা শেল থুমনচিংবা য়ারিবমথৈ থুনা খোমজিল্লে। ঠিকাদারদগী ঐগী ফংফম থোকপা পৈশা পুম্নমক হিসাব তৌনহুনা লৌথোক্লে। য়ুমদা থোরকলে।

ঐনা য়ুমদা থুংবা হুমীৎকি হুমিদাং অহুমক্তদা ইমানা ঐভোন্দা রা অমা হায়রমই। য়াম্না থুনা লুহোংদবা য়াদ্রে, থৌরাং তৌরবনি হায়বা রাকম অসিনি। ঐনা নহালমথৈ লংফৈদা লৈরিভৈদা ইমানা মসি থোক্লনবা য়াম্না কন্না হোৎনবা ওইরমবা ভাই। অহল—লম্মনগী য়াথং ইনবা কৈ থল্লহুনা অহুমক য়াথোকখ্রে। অহুবু, ঐগী চিঠি অসি মপুন্সি চুপ্পা পিঙমখিদ্রবা চিঠি অমা ওইনা লৈহৌরগনি খনবদা রাবদি মহৌশাদগী হেন্না রাথরে।

লুহোংবা হুমীংকি হুমিদাংনি। পুং তরারোম তাবগী মতম অহুরাইদা ঐ য়ুমদা হনজিল্লকলে। ওন্না হনজিনমল্লি হায়না ইমাম্নবনা লংনহৌই। ঐনা থোঙজিন হেক কানশিনদ্রিঙৈগী মমাংদা থোঙগী অহোবদা মহাক অহুবু করি তৌরিবনো হায়না য়ুম্না য়েংলমই! ‘মসিবু লৈশারক্তবরা কৈনো’ হায়না ময়ামনা ঙাংনখিগনি মতাগুম ইকাইকম থোকপা চাংদগী হেন্না ইকাইহুনা লৈরিবা হুপী অমগী মওংহু উরমই। মশমনা মমাই অহু থুমজনবা অহুগা মকোক অহুসু ফিনা থুমহুনা লৈবনা মশকতি উবা ফংলমদে। ঐনা থোঙ অহু হাংদোকলহুনা ইমুংদা চংলমই। থিংজনবা মতমদা ঐনা থোঙ অহু মখোল থরা কন্না হৌহনবা অহুদা মাহাক্না ঐঙোন্দা থংয়েং য়েংথংলকলমই। এ, মাহাকতি অতোপ্পা অমা নংত্রেনা! মতম কুইনা ঐনা আশা তৌজরকলবা মাহাক অহু ওইরমলে। মানবা জাংলনে খন্দুনা মুন্নসু য়েংশিনলমই। মানবা নংলমদ্রে; থাংগৈশেংবনি।’

ঐনা য়ামনা থুনা মাবু কৌরমই। তশেংনা চুমনরে। হুজিক ফাওবা ঐগী চিঠি অহু ফুরিংখাওদা য়াওরমলি। পুথোক্তনা মঙোন্দা উহনলমই। ‘চিঠি অসি মতম অমদা, নঙোন্দা পীননবা ইথিবা চিঠিনি। পিবা ঙমখিত্রবা চিঠি অমা ওইনা লৈরগনি খনবদা ঐগী রাবগী ঙমথৈ লৈখিত্রবনি। অহুবু ঐগী পিবা ঙমখিত্রবা চিঠি অসি নঙোন্দা ঙসি উৎপা ফংবা অসিদা ঐগী রাবহু কাওজরে’ ঐনা হায়রমই!

---

# লক্ষ্মীদা

শোল্লবা নাহেরিবা মপাবু চাওবনা সেবা তৌরি। মাইবা মাইবী ফনা কৌহুনা হোৎনরবনি। অহুবু অনাবদি শুঙাইকম ইখঙ খঙদে। “মাবু শেল কয়া য়াম্না পায়জরবগে? পংকন কনবা অনাবসু নত্তে; অহুবু অহিং সুংথিল মাইবা থাদে। ঙস্বগী তৌবা হায়বা অত্তনি” লৈকাইগী মী খরনা ঙাঙই। করিগুম্বা মতমদা মরম্নাই থবক খরা চিনবদগী মাইবা লাকতবা য়াওই। শেল থাবসু থিনরিঙৈ, খোৎনরিঙৈ খরা থিনবদগা মাইবত্থ মরি মঙানি লাক্তবা ময়াওই। মতম অত্থদনা লৈকায়গী মী খরনা-মুক সুম্না হায় “ফন লৈতে হায়দনবু; মাইবা অমফাওবা য়েংহন্দবসিদি!” মাগী মাগী হিংননবা হোৎনবদা থবক য়াম্না চিন্নৈ। অনাবা হংনবগী মতম ফংদে। অহুবু নৌক্ননবগী মতমদি অত্থমক ফংই।

“অনাবসিসু কুইশল্লকলে, ডাক্তর অমতং কৌহুনা অমুক্তংদি য়েংহনবা চুমই” মৈতৈ মাইবা ঙাক্তনসু য়াদে” চাওবগী মরুপনা নোংমা চাওবদা হায়রমই। চাওবা য়ানিংবা পোকলমই। ডাক্তর তম্বদা শেল য়াম্না চঙবনিনা লাইয়েংবদসু শেল য়াম্না লৌই। চাওবা শেল থিরি, য়াম্না রানা হোৎনরি। শেল থিবা থা মথায় অমা ফাজল্লকলে। লুপা য়াংখৈদি উচিন্না ফঙলে। পোইহুদা লুপা চামগী ফৌ ওইনা তমগদবা শেনফমনি।

চাওবগী পুক্নীং খরা লুমজরে। খীন্দনা বিষ্ণুপুর তান্না চংখরে। সরকারগী লাইয়েংশং য়োরে! “ডাক্তর ইমুংদা চা থকপা চঙখরি। পুঙ অমুক্তি চঙগনি” ডাক্তরগী মীশিংনা চাওবদা হায়। চা থকপা হায়বত্থ অমুক্তা খঙজ্রিবা মীনা তারবদি চা থকপা হায়বসি অমুক্তা শনাবুল কুনমুক থকনবোই নিংগনি। ডাক্তরগী মীশিং অহুনা ফাগি তৌবদি নংত্তে; মখোয়না মহৌশা খঙজবা মতুংইম্না হায়বনি। ডাক্তর খোরক্রে। ঙাইরিবা মীশিংদা রা অমকাওবা হায়নবগী মতম পীদে। থবক য়াম্না চিল্লি। কা

অমদা চঙখিবদগী পুংখাইযুক লৈরগা থোরকই। চৌকি অমদা ফমখে। কনা অমত্তদসু রা ঙাঙনিংবগী মওং উংতে। অনা অয়েক অকনবমক য়াও-দবা ইমুংগী মীনদি রা হংনিংবা শকফম নৎত্রবনি। অনা অয়েকমক য়াওরবা ইমুংগী মী ওইরবসু মরিল থরা থাবা জাৎতি 'লনাবত্থ শিনিংলগা শিজ্জ-খিসত্থু' হায়ত্থনা হনখিগনি। ডাক্তরবু য়াম্না কিনৈ। পাক চংশনবা ঙমনদে। "শিরগা শি......" হায়ত্থনা চাওবনা ডাক্তরগী নাক্তা চঙলগা "বাবু! ঐগী ইপা য়াম্না কন্না নারে, অমুক্তা কুমত্থনা য়েংবিয়ু" হায়জরমই।

"কন্নি লমদনো?"

"পোৎশংবমদনি বাবু!"

"ছস! অত্থুক লাপ্পা! ঐগী থবক মন্নাম অসিগা চৎপা ঙমগনি ায়বা থাজদে।"

"বাবু! ঐবু অমুক্তদি খৌজানবীয়ু!"

"অনাবা অত্থু শিদা পুখৎলকউদনা?"

"ডাক্তর বাবু! অনাবা অসি তশেংনা নারবনি! ঐখোয়না ইরায় লায়না হেক্তা পুরকপা য়াবা মওংদা লৈত্রবননি! উপাই অমতংদি তৌবীয়ু!"

"লমসু থজিক্তা নৎতবা? পোৎশংবম লন্নাইদা! জিপ অমতং পুরকউ!"

"বাবু! ঐদি জিপতি কদাইদগী লৌরুনি!"

"কদাইদগী হায়বসিবু করিনো? নংগী লৈত্রবদি অয়েবা মীদগী শেল পীরগা রায়য়ুদনা!"

"ঐদি মত্থু ঙমনা শেল লৈজবা মীসু নৎতে; অত্থুগীসু মথক্তা, মত্থুমুক থিত্থনা লৈরবদি মতম য়াম্না থিনখরগনি।"

"অত্থু ওইরবদি ঙসিদি ঙমলরোই, নংনা চৎতবা য়াদে মহায়রবদি হয়েং চৎকে। অয়ুক অত্থু নং সিদা অমুক লাকখো—ঐগা চৎমীন্ননবা" ডাক্তরনা হায়রকলে। চাওবনা হন্না হন্না হায়জৈ—সুমীৎ অত্থুদা চৎপি-নবা। হায়জবা পুম্বা অরেম্বদা তাথরে।

মথংগী সুমীৎকি অয়ুকতা চাওবা চৎলি। ডাক্তরদি অরুবা অনাবা

অমা চৎপা তারমলে। তশেংবদি অনাবা কনবগী ন্না নৎত্তে। কৌবা লাকলিবা মী অত্থ কনবগী ন্নানি। মথংগী হুমীৎতা অমুক চৎলি। মরম অমা হেক্তা লৈরমই। হুমীৎ নিপালনি শুজল্লকলে। মাপলনি শুবা হুিংতদি চাওবনা মায় পাকলে। ডাক্তর, চাওবগী য়ুমদা চৎখরে।

শউনগী খাও মচা অমা য়ানলি। থুলগী অঙাং ময়াম মতুং ইল্লি। অহল অমনা অঙাংশিং অত্থ তানখায়বা লাক্লে। অবেম্বদা তাই। মাংগোলদা মী খরস্থ লেপতুনা য়েংনবি। খোংউপ লৌথোকতে, ইমুংদা ডাক্তর চঙখরে। ডাক্তরনা ইমুংদা খোংউপ তোংহুনা চঙবগী শাওনদে। পূক্লীংদা শাওরবস্থ মপান থোক্লদে। ডক্তরগী হৌনবী ওইরমাল্লে হায়না লৌনৈ। য়েংনবা থুৎলাই থাই। অনাবগী শেগ্রাকতা লিক্লি মচা অশ ংবা অমা য়েপহল্লি। ঙাইহাকতং লৈরগা লৌথোক্লে। কল্লপ তৌবা ন্নাহৈনা চাওবদা হায়রকই "অনাবা অসিদি চায়না নারবা হায়বহুনি; নহানমখৈ করিগী ডাক্তর কেৌব্রিবনো?"

"বাবুবু কৌজবা হুমীৎ তরানিমুক শুরবনি, ডাক্তর বাবুনা কুমবিদবনি।"

"নংনা অহানবা লাকপা হুমীৎ অত্থদা ঐনা চৎলমলবস্থ অতুম্মক থেংমহুবনি। অনাবগী মওং অসি ঐনা পেংবা ঙমগনি থাজদে। যাম্না থুনা ইম্ফালগী ডাক্তর খানাদা পুখৎলগা য়েংহনলু! থুরিবমখৈ ফৈ।"

চাওবনা ডাক্তরগী ন্না অত্থ মুম্না তারমই। মপূক্লীংদা অন্নাবা পোকলকলে। চেকশীন্না থম্বা লুপা তরাখক পুথোকতুনা ডাক্তরদা পী। ডাক্তরনা পূক্লীংদা করিমতা পেনবা উৎতনা লুপা লৌশিল্লি। য়ামদে হায়রিবরা?

ফি-রোল য়োম্লে। চেঙ-চাক খরা য়োমশিনলে। মথংগী হুমিত্তা অনাবগা লোয়ননা সোরোক অচৌবরোমদা থোরকলে। অহানবা গাড়ি পুঙ নিপাল তাবদা লাক্লনি। গাড়ি লাকসে। গাড়ি থৌবদা হন্না হন্না হায়জরমই। তোংগে হায়বা য়াদরে। অনাবা পুবা শুকঙম ঙমলোই হায়রকলে। গাড়ি খোথরে।

মথঙগী গাড়ি অমুক ঙাইরি। পুঙ অমা ফারক্লে। গাড়ি য়োরক্লে।

মী থন্না লাকই। গাড়ি থৌবা মী অহুনা অনাবগী ফিভম য়েংবদা য়ামনা পুনিংই। উপাই লৈতে। গাড়ি তোংদনা অহুম লৈহৌরে।

পুঙ অমরোম লৈরবা তুংদা গাড়ি অমমুক লাকলে। গাড়ি থৌবা মী অহু মবুক য়ান্না কৈ। অনাবা হাপকে য়ারে। অনাবা হাপকংলে; অনাবগা লোয়ননা মীশু তোংখংলে। গাড়িদি থৌবা লৈতে। "অনাবা অসি ডাক্তরদা পুজরিবনি, খরা থুনা থৌবিয়ু" হায়জে। হায়জবত্ত অরেম্বনি! মী য়ামত্রি, ভারা তারোইদৌরি! অনাবা পুই হায়দনবু গাড়ি খালিদা হেক্তা থাগদ্রা?" অয়াকপা রাহৈহুম থারকই।

খরা চোম্বরবসু মমৈথংদা গাড়ি থাখরে। লম্বীদা পম্বোক পনশিন তৌরবসু ইম্ফাল নকশিল্লকলে, য়ৌগদবা মাইল মরি-মঙাতা ঙাইরে। থানাগী বাবু খরনা গাড়ি থামই। "মী হেন্না পুবগীদমক গাড়ি চৎপা য়ারোই" হায়রকলে। গাড়ি থৌবা হুপা অহু কুমথখরে। উখাদা পোৎ-থাহুনা লৈরিবা খাইরগী চাওবা বাবুগী মনাক্তা য়ৌখরে। ঙাইহাক্কি মতুংদা অমুক গাড়িবা হল্লকলে। বাবুশিংহু মবুক য়ামা থুনা ফরকই। থুনা চৎখরো হায়রকলে! মী হেন্না পুরবনিনা থুনা চৎতবা য়াদে হায়রকপবু মানলি।

ইম্ফাল য়ৌখরে। লাইয়েংশং তান্না পুশনখরে। চাওবনা অমদা অমুক চেল্লি; অমদা অমুক চংই। মেন করিমতা তাদে। অনাবা থমফম কা লৈতে হায়বীরকই। বাবু অচৌবা অহুগী চে অমা য়াওদ্রবদি পুশিনবা য়াম্বে তাকপীরকই। মথল মথলগী অরাবা ঙাক্তনি। মমৈথংদদি অশাংবা শং অহুগী মাঙ্গোল মচি অমদা লৈবা য়ারনি হায়বীরক্লে! চাওবহু নে তম্মার। ফিগী, হা মোম্পাক ফিদককি—ঙাইহাক চেন্নরবা মতুংদা অনাবা অ া হিপফম ফংখরে। সিদগী হেন্না হুঙাইবা অমা লৈরিগদ্রা? মতম ফনশাংনা নিংথি হুঙাইনা হিপচবা ফংলক্লুবা অনাবনি। "কয়া হুঙাই-থ্রবা শিরবসু ওকলে" অনাবনা খনজখি।

ডাক্তর থবক য়ান্না চিল্লি। অনাবা পাক য়েংবা শংদ্রি। অনাবা া হায়বগীদমক লৈরিবা ডাক্তরনি। হুমিদাংরাই য়ৌরবদা অনাবা েরে। চাওবগী হুঙাইজবা থেংলে। ডাক্তরগী মখুংনা নারবা মপাগী

মশা অহু শোকপিবা উবদনি। "অনাবসিদি লোইরেনা! অহুবু হিদাক অফবা অমতং থাহনা অমুক্তং য়েংখিসি" ডাক্তরনা হায়রকই।

"ফনি, বাবু! ফননবা অমুক্তং কন্না হোৎনবীয়ু।"

"হিদাক অফবা থাসি হায়রবদি হিদাক নরম্মাই লৈজরুবা তাই" ডাক্তরনা হায়রকই।

শেলদি লৈজদে চাওবগী। অহুবু, ফৎত্রবসু ফৎতনা অফংবা হিদাক অহু হেক্তা থাবিয়ু হায়নিংবা মী পংলৈ লৈরোই।

চেদা হিদাক ইরে। নর্স কৌশিল্লে। মরম পুম্নমক শিন্নরে। "হয়েং অয়ুক পুং নিপাল তাবা মতমদা অমুক য়েংগনি" হায়রমলগা ডাক্তর চৎখ্রে।

অহিং লেনখরে। অয়ুক পুং নিপাল তারে। ডাক্তর লাকত্রে। নিয়ম চুমনা লাইয়েংলিবরা হায়বহুদি চাওবনা করিমতা খঙবা ঙমদে। মানা খঙবা ঙম্বা হায়ববু অনাবগী মওং অসি ফরকপা নৎত্রে হায়বসিতনি।

পুং মাপল লোম তারকলে। ডাক্তর কোম্হোং য়ৌশিনলকলে। অনাবগী মনাক য়ৌরকপদা কয়া কুইনা অমুক চঙখিগনি? কনানসু হায়বা ঙমলোই। মমৈথংদা— মথং মথং য়ৌরক্লে। নর্স অমুক কৌশিনলে। অইবা চে য়েংলে। অনাবগী মশা পায়হনা য়েংলে। কুইনা য়েংবা শংদে। থাঙ থাফম কাদা চঙননবা কৌরক্লে। অরুবা থাঙ থাবনি। পুঙফম শোয়নবা য়াবা নৎতে। থুনমক থাঙ থাফম কাদা চঙখরে।

অনাবনা অনাবা খাঙলি। সেবা তৌরিবা কাংবুনা, থওইবীরবর্গী মুঙাইতবা খাঙলি। পুং অনি তারকলে। থাঙ থাফম শঙদগী ডাক্তর থোরক্লে। মশা অহু য়াম্না চোকথনা উরে। করিগী চোকথরোই। ডাক্তর মীনি। অহুক চোকথরবা মতুংদা করি থবক অমুক তৌবা ঙমফম থোক-পগে? থুনা য়াংনা গাড়ি তোংহনা য়ুম চৎখরে।

মুমিদাংরাইরমনি। ডাক্তর অহু নিংথমথাগী অরুম্বা ফীরেল শেৎচিল্লে। শাথিবা অনাবা অমা লৈহৌরি হায়বা নিংশিংলকই। গাড়ি তোংখৎলে। লাইয়েংশঙলোমদা লাক্লে। চাওবনা সেবা তৌরিবা অনা অহুগী নাক্তা ইহান হাম্না চঙলকই। অনাবগী মওং চংথোন্না য়েংলকই, মুন্দোক্তুনা হেক চৎকদবা কদায়নো হায়না থল্লমই

উম্ ! অনাবা অসি পুঙ অনি, অহুমদগী হেন্না লৈখিগত্রা ? ডাক্তরনা মথন্তা খনজবা রাখলনি। চাওবদা হায়রখিবা রাদি নংতে। অদুবু ডাক্তরগী রাখলগী ইংগিং চাওবগী খম্মোয়রদা ফাওখি। "খরা কুপনা শেম্নবা চুমই" হায়রমলগা ডাক্তর চংখ্রে।

ডাক্তরনা চংখিবা পুং অহুমলোমগী মতুংদনি। অঙৌবা ফিনা অন্যাবগী মশা থুংনা কুপশীনখি। অহাঙবা লমলোমদা পুখোরকখি। য়ারিবমখৈ থুনা পুখোকখিনবা হুকুমসু চাওবনা ফংখি। করমনা, কদাইদা পুগনি ? কনাগুম্বা অমনা চাওবদা ভাকখি, "মনিঙ থংবা সোরোকতা অরাং পাংনা চংলু। সঙ অমা থেংনগনি। 'সেবা শঙ্খ' হায়না চাওনা ইহুনা খোঙদা থেংলমগনি। মহু কনা লৈত্রবা কাংবুদা মতেং পীনবনি হায়দুনা লিংখৎপনি। অসুম্বা অরাপ্পা লমদগী লাকপা ডাক্তরদা শিবা মীবুসু পোংলোয়রবী। শেলসু লোদে। মখোয়গী মীগা উন্নৌ।"

হায়রিবা মফম অদু তাম্না চাওবা চংখরে। 'সেবা সঙ্খ' হায়না থেংলি। বিজলিগী থাউমৈ অমা মহুগী মখক্তা থানলি। খোংদা খিনলুরে। পংথেং থেংবা মতম নংত্রি। অদুবু পাক তাদে। অমুকসু হন্না খিনলি। মশাগী ওইজবা থাদোক্তনা মীয়ামগী সেবা তৌগে চোংথোক্লবা হুপা অমা খোরকখি, হংলকই "করিনো ?"

"ঐগী ইপাহু লায়েংশংদা লৈত্রে ; ঐদি অরাপ্পা লরায়দগী লাকচবনি। মহর অসিদা খংন-চান্নবা কনাসু লৈজদে। সেবা সঙ্খনা পোংলোইবীয়ু। মখোয়নসু য়াম্না থুনা পুখোকহন্নিংই।"

"করি হায়বা ? হুজিকপু সঙ্খগী মী কনানা খোকনিংগনি, অসুক ইংপ্রবা অহিং অসিদা।"

"সঙ্খ অসিনা লৈরিবা অসি অসিগুবা মখলগী অরাবা তারবরু তেঙবাংবীনবনি হায়না তাজে। য়ারবদি তাদা ! কৈদোবগে ? অহিং লেনজনিংদহুনা তৌবনি।"

"অদুবু ইবুঙো ! মিনাই মক্তি নত্তেদনা ! ঐনা হায়রিবসিনি। সঙ্খগী মীশিংনা অইংবা অসিদা মপান খোকউ হায়বা য়াবা হৌনদেনে ! লমগী মফম থঙদবা মীগীদি খমখো ! মমা-মপামককি ওইরফাওবা

থোকনিংলোই। হয়েং অম্বুক পুঙ নিপাল তাবদা হুংশা :থোকলবা কানদা লাকউ" হায়রমলগা থোঙ লোনশিনখয়ে।

চাওবা ঙাইহাক লেপতুনা লৈরমই। মমায় লৈথোকলকলে। ছিড়িগী থাক মথং মথং কুমথরকলে। মমায় অমুক লৈশল্লমই। লেবা সঙ্খ হায়না ইরিবস্তু অমুক হন্না পারমই। মানা অশানবা উবদগী ময়েক অহু য়ায়া হেন্না শেংলমই। থাওমৈ অহু হেন্না ঙানখৎপনা নংতে; মানা মুন্না য়েংবননি।

# রাহৈ অমতমা

"অচৌবা শাগৈদা পোকই। মরল লৈবদস্থু মখোয়বু মীনা মশীঙ থাবদা য়াওই। অতুগুম্বা মীগী মচা-মশু শিংনফাওবা অশুম্না হায়নবা তাবা ফংই 'ঐখোয়গীদি পৈশা য়াম্না লৈতে; য়াম্না শাংনা ঐখোয়বু লাইব্রিক তমহনবা ঙমগনি হায়বা থাজদে। লাইব্রিক থরা য়াম্না তমনিংই। অতুবু নিংবত্তা ওইনা থোক্কদৌরি।' অতুগা কাকাদি চুম্না লায়রবত্তা নংতে। শেল পুগে হায়রক্কত্রা চিংনবদগী মীনা থৈদোক্কে। ঐগী থাগী শেল খজ্রি- ক্তুং হুনবা অসি ফাওবা কাকানা য়াম্না হোৎনৈ। মসি ঐনা উবগী রাত্তনি! অতুবু নোকমি মোকমি তৌতুনা ঐঙোন্দা য়াম্না তোয়না হায়—"নঙদি মীনা তম্বা ঙমনদবা থাক অতু য়ৌনা তমহনগনি। মফমনা বোম্বেদনি। কাকাগী পুক্নীং থৌগৎপা রাহৈনি। ঐস্থু থাজবগা লোয়ননা ঐগী ইথৌদা পুক্নীং চংই। অ……" চন্দ্রনা মাগী কাকাদা হায়রকই।

"অতুনি চন্দ্র! নথৌদা পুক্নীং চঙগদবনী; লাইরিক কন্না পাগ- দথনি" বকুলনা মরক থংলতুনা হায়রমই।

"অতুবু কাকা! শেল লৈবা মখোয়মক্না ফাওবা ঙমলোই হায়রগা শেলস্থু লৈত্তবা কাকানদি ঐবু করম হায়না ঙমগদৌরিবনো? ঐদি থাজদে" চন্দ্রনা খুমলকই।

"নংবু অতু য়ৌনা কৈস্থু থনবীওইদে! ঐনা হায়বদা থাজতুনা নথৌ তৌরবত্তদা নংগী থবক পাঙগদবনি। ঙমলবফাওবদা ঙমদেত্তা হায়বা কাঙবু অতুনা ঙম্বা থবক লৈরোইদবনি। অতুগা নথৌ পাঙথোকপদা মতেং ওইগদবা রা ওইরবদি য়েক্লবনা হায়রবস্থু, অথিবা রা ওইরবস্থু মুন্না তাশিন- গদবনি। নপুক্নীংদা ইতুনা থমগদবনি। অসিমগা থঙউ। নোংদোন তম্না কাপ্পা তেম্না উত্তোন তম্না কাপ্পা তেনদগী রাংকম থোকই। ঐনা হায়গদ- বদি নথৌদা পুক্নীং চংউ অসিত্তনি। ঐগী অবস্থা নঙনা থনবীগদবা মতম রত্ত। মতুগীস্থু মতম অমা লাকনি।" বকুলনা অমুক হায়রকই।

থূমলবা রাঙাং ঙাক্তনি। তারগা চন্দ্রগী পুক্নীংদা পেনবা পোকই। মমা মপা লৈতে হায়বগী রাখল চন্দ্রদা পোকতে। বকুলনা লুনা য়োকপনি। য়েনাক থুনবা মচাগা তিন্নবদা লাইরবা মচানি হায়বা কাওহন্দে।

চন্দ্র অসি বকুলগী মনাও মুপানা পোকপনি। মানা থা তরুকতা ঙাইরিবৈদা অপোকপা মমা লৈখিদে। পোকতবী মমানা নাওয়োকখি। অত্নবু লমহেনবা মনাওগী থরোইবা রাংপা পোকতবা ওইবগী মুংশিবা রাংপা কয়াম্বু বকুলনা মেনশিল্লকখি। অহিং অথেংব কাওবদা চন্দ্রবু বকুলনা পোথি। লৈকাইদা খোম ইনবা চংলকখি।

মপাদি অপোকপনি। অত্নবু পোকতবী মমা ওইবগী রাখলগা নকশিনখি। নোংমা চহী অহুমলোমদা ঙায়রিবা চন্দ্রবু পোকতবী মমানা য়াম্না শাথীনা ফুরমই। বকুল শাওবনা মৈ হৌরমই। মনাও মুপী অত্নবু য়াম্না থীনা ঙাংলমই। রাঙাংশিং অত্নবু মনাও মুপী অত্নবু থম্মোয়দা য়েক্তনা থমখি। নোংমা মৈ ওইনা হৌহনগে হায়বগীদমকনি।

বকুলগা মনাও মুপাগা য়াম্না মুংশিননা লোয়নরকপনি। মা পুম্ন-মক্কি তম্নফমনি। বকুলদদি মচু হোংবা লৈতে। অত্নবু মনাও মুপাদি ময়াম্বগী মুংশিবা নোংমা নোংমগী রাংলকলে। অতোনবী মুপীগী ইথিম্ননি। ময়াম্ববু তুকচনবা ওইদবা রা কয়া শেমহনা, মপুরোইবদা তমশিল্লি। মাহাক্কী হোংনবা মাই পাকলে। নোংমদি মাগী মুপীবু কনথংনবা হোং-নবদা ময়াম্বগা চিন-থোক্না থংনররে। পুন্সী অমগী কাওবা য়াররোইদবা রা ফাওবা হায়খ্রে। "ঐ লৈবদগী পুম্নমক কায়রবনি" হায়রম্বরা চন্দ্রগী মমা অতোনবী মক্কি য়োম্বা লোইথরে। মপাম ময়ুমদা চংখরে। চন্দ্রগী মপাম্বু মতুং ইন্দুনা চংখি।

বকুলনা হায়জবা কনবগা, মখোয়নগা পুনিংদবগা চন্দ্রদি বকুলগা লৈহৌরে। মনাও মুপানা অসুম তৌরকপা অসি বকুলদদি মঙ ওইনা খোকই। মনাও মুপীগী ফজদবা শাজং, অথিবা রাঙাং বকুলগী রাখলদা পকতুনা লৈরি। মুমিং অসিদগী বকুলনা মুপীবু য়াম্না তুকচখি। মাঙহন-নবগী মশক ওইরিবা মুপীগী গুণ অসিমতং লোথোকপা ঙমলবদি ক হায়বসি কয়ামুক ফজগবা! মুংশিবগী হৌরকপম মুপীগী ফজবা মায়

অসি মখোয়গী নুংশিবা খঙজ্রবা থম্মোয় অহু লোৎতুনা থমনবরা ! খাইদগী খৌনা ফবা অমা শনবা তারবদি বকুলদদি নুপীনি। চান্নথ্রবা মচিন মনাও ফাওবা মিকুপ অমগী মন্নুংদা কায়নহনবা ঙমই।|পুন্সী সিমগী নুপী থিররোই হায়না ঋাশকখ্রে। চন্দ্রবু শেমবনা মাগী মথৌ ওইরগে হায়না লেপখ্রে। অমুম্না চন্দ্রবু বকুলনা নুংশিনা য়োকলকপনি।

বকুলদি থাদা তলব খজিক্তা ফঙজবা অপিকপা কেরানি অমনি। মানা ফংজবা শেলনা য়াম্না ঋানা হিংই। শেল থরদি থাগী চাং নাইনা তুংশীনলি। মহু চন্দ্রগী লাইরিক তমননবগীদমক্তনি। চন্দ্রবু অন্নাবা থবক অমতা শিজ্জীন্নরমদে। পংন্না ঋাবা থবক নৎতবা ফাওবা তৌহন্দে হায়বা য়াই। শন্না হায়রবদা য়েনাক খুনবা মচা ফাওবা চন্দ্রগুম্না নুঙাইতে হায়বা য়াই। মহৈ তম্বদা চন্দ্রগী মথরায় য়াওবা মমান্নবশিংগী তম্ননিঙায়নি।

মশানা মতেং পাংজবশিংবু ঈশ্বরনসু তেঙবাঙবী। চন্দ্রনা মেট্রিক্কি পরিক্ষাদা মকোক ওইরমই। থা থুদীংগী সরকারদগী শেল ফংলমই। মসি বকুলদদি মতেং অমনি। লেপপু লেপত্রবদি মতম অসি খঙহোদে। চন্দ্র এম, এ, বি, এল পাশ তৌখরে।

লৈকায়না হায়নবা হৌরক্লে। চন্দ্রগী লুহোংনবা থৌরাং তৌবা চুমলে। লাইরিক তম্বা লোইরে। নোংমা নিনিগী মন্নুংদা থবক অমা মরাইনা ফংজরগনি। য়ুম পানবনা হেন্না মরুনি। বকুলসু মথুৎনা চাক থোংবা কোল্লিক ঋাইরম তৌবা মতম ফনা মকুইরে। চহিসু য়ামশিল্লকলে মচাগী মহৈ তমহনবগী মতাংদসু নিংবা থুংলে। মমৌনা লেবা তৌহুনা লেনবা চুমলেনা ! মথুৎতা হামহুনা চাহনবা য়ারেনা ! ঋাফম অসি বকুলগী মকোকতা চঙলকলে। বকুল তুজুংবা পোকলকই। অহুঙৈগী ঋাফম নিংশিংলকই। মনাও নুপীগী শকফম। মনাও নুপীগী শব্দ। নুপীবু মহাক্না হন্সোইখিবা। মমৌ নুপী ওইগদৌরিবা অহুসু নুপীনি। ইস! কয়াদা অক্বিবগী মশকনো! বকুলনা কিরিবা মওঙ অসিবু চুমজিবরা ? চুমই, চুমদে নৈনবনা বকুলগী ঋাথল হোংহনবা ঙমলোই।

য়ুম পানবা য়ারবা মচানি হায়বা মুম্না থঙই। চৎনবীগী ওন্নতৈনবদা চৎপা মীসু নৎতে। মরিমতাগী, কৈরোই-লৈকাইগী অইনবসু মপাঙ্গল

'লৈ। বকুলনা মচা মুপীগী মমৌ থিবা হৌখ্রে। অদুবু মাগী রাখলদা হায়দোক্তনা লেপখিবদি অমনি। চন্দ্রগী লুহোংবা নোংঙানবদা য়ুম থাদোককনি। লাপনা চৎখিগনি। লৱায় অমদা হোংথদুনা লৈগনি। বকুলগী অরেপ্পা রাখল কনানস্নু উবা ঙমখিদে। লুহোংবা নোং ঙানবদা, য়ুম থাদোকলমদাইদা চন্দ্রদা খঙহল্লমগনি। বকুলগী অনিঙবা কনানস্নু হোংহনবা ঙম্লোই।লুহোংনবা মুপী মশক লেপখ্রে। হৌনবী পুম্বা পাঙথোকখ্রে। চন্দ্রস্নু মপলনা, নৎতে, মপানা হায়বা ইনগনি। লুহোংবগী মুমীৎ ফাওবা লেপখ্রে।

লুহোংবা মুমীৎকি অয়ুকনি। বকুলনা লুহোংবগী থৌরাং লেপ্তনা তৌরকলি। মতুগা লোইননা মাগী রাখলস্নু পোথাবা লৈতে। মাগী রাখলদি মুপী থিদনা লেনবা পুম্নী। মুপীবু হঙ্গোয়বনা মচাগী মমৌ থিবগী রাখল ফাওবা লাপনা থম্বা। মাদি মুপী ওইবগী মনিল ফাওবা পামজদ্রবনি। মাগী রাখল—অনৌবা মপুং ফাবা মওং অমা লাকলে। হৌনবী, লৈকায়গী অপাম্বা ঙাকননবা মমৌ থিবা—লুহোংবা। অদুদগীদি লুহোংবা নোং হেক ঙানবদা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা! মুংশিরবা মচা মুপাদগী লাপখিগদৌবদা অৱাবা! মমৌ মুপীগা লৈমিন্নদবগী অপেনবা! মচাগী লুহোংবগী কুম্মৈ য়েংগদৌরে হায়বগী মুঙাইবা অমা ফাওরি। মতুদগীদি মুংশিরবা মচাবু লাপনা থনমগদবা!

বকুলনা ইমুংগী অকোয়বদা হঙ্গৎ–হন্দা চৎলি। হল্লবা য়ুমনি। ফমুং কাংথোল ঙমনমক অহনবনি। নিংথিনা হোৎনদুনা শেমলবা য়ারোংশংনি। কয়াদা ফক্তনা শেম-শারবনো! য়েংনা, য়েংনা, চৎনা, চৎনা মমিৎতগী পি তারি। 'ঐবু, মুংশিরবা ইচা অসি হুনদোক্তুনা, য়ুম অসি থাদোকলম্ব তারবা' হায়না মথন্তা তোইনা হংঙরি। পি তাবগী চংদু হেনলকই। য়ুম থাদোক্কে হায়বগী রাখলস্নু চেৎশিল্লকই। মাগী মনাও মুপানা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিব মুনিং অদুস্নু নিংশিংলকই। মনাও মুপাগী অয়াকপা খোম্লো অদুনা মনাকোংদা কম্না য়ৈরকপগুমস্নু তৌরমই। মতম অসিদা পাও অমা লাকলমই। লুহোংগদৌরিবা মুপী অদু নোংঙাল্লমদাইদা অতোপ্পা মুপ অমদা চেনখ্রে হায়বা পাওনি। পাও অসি তাবদা বকুল অদু খঙহৌদনা লৈরাক্তা তুখিরমই। মাইবা মাইবী চেন্নরে; মমৈথংদা জ্ঞান তারকতে

তপ্না হায়রকই 'ঐগী ইচাগী লুহোংবা কায়রবা'। অহুদগী রাখল থরা মাঙথিবগুম তৌরমই। অমুক শোল্লকই 'ঐবু ইচাগী লুহোংবা উবা ফংলরোইদ্রনে।' মাইবশিংনা বকুলবু থাদোকখিদ্রে।

অখঙবা অহল-লম্মননা চন্দ্রবু পামলোইদবগী মরম করিসু লৈতে। অমুক্তা হেন্না মচাহুপীবু বকুলগী মমৌ ওইহল্লিংগনি। পঙলাপ লাপতনা ইমুং অমা লৈ। অনোপ্পা ইমুং নৎতে। ইমুংগী অমতা ভাইরবী নিঙোল সুমতিনি। লাইরিকসু চপ চানা হৈরবীনি। চন্দ্রদা পিগনি হায়না য়াখ্রে। হুমীৎ অসিমক্তদা লুহোংখ্রে। লুহোংবগী হান্না লেপলবা হুমীৎকায়খিদ্রে।

চন্দ্রগী হুংশিরবা মপল অহু অমুক ফরক্কনি হায়না কনানসু থন্নখিদ্রে। অহিং অহু চন্দ্র অমসুং সুমতি মিকপ ককলা অমফাওবা তুমখিদে। বকুলগী মনাক্তা লৈহুনা সেবা তৌখি। অনাবা থোইনা পোথাফম খঙদে।

মাগী মপল অসিনা মাহাকপু করম্বা ফিভমদা য়োকখিবা, করম্না রাবিরকপা পূম্নমক সুমতিগী মফমদা তমলমই। মতৌ করম্না চন্দ্রগী মমা অতোপ্পীগী থৌইনশিনদগী হুংশিরবা মনাও হুপা কায়নরবদা মপল অসিনা হুপীগী মরমদা করি থনখিবা, অহুগা হন্দক্কী থৌদোক অসিনা হান্নগী হুপীবু হঙোয়বগী রাখল অহু কয়ামুক চেৎশিনহনবা, করম্না পুন্সীদা হুপী থিদবা পূম্নমক সুমতিদা হায়রমই। "হুপীশিংগী দোষ নৎতে। হুপীশিংগী পাঙবগী দোষনি। হুপীবু পঙহল্লিবা অসিদি কনাগী দোষনে? রাহং অসি লাকপদা হুপাশিংসু নাম্বোকপা য়ারোই। হুপীনা মপা মচা, মচিন মনাও কায়নবগী মরুনি হায়বা রাফম অসিদি মতম পূম্নমক্তা চুমহুনা লৈগদবা নৎতে। হুপীবু লাইরিক তমহনবা হৌনদে হায়রিবসি হোংলক্কনি। মসি হোংলকপা মতুং ইন্না হুপীগী রাখলগী থাক রাংথৎলক্কনি। অসুম্না, হায়নরিবা রাফম অসি কাওনরক্কনি" সুমতিনা কোংদোকলমই।

নোং ভাল্লকলে। বকুলসু পোথাফম থঙদবগী চাং হেনগৎলকলি। মতম অসিদা মনজুনবা ফি-রোল শেৎপা হুপা অমা কোম্বোংলোমদা চঙশিনলকই। কোম্বোং হাংদোক্তুনা চঙলকলে। শুমাঙলোমদা চঙশিনলকই শুমাংগী মওং ভকনা য়েংলমই। অমুক্তা হেন্না মপুক্কীংদা তুজুংবা পোকখ্রে। শুমাংদা—তুলসিবোঙদা তৌরিবা মওং, সংগোয়গী

মত্তাইদা শেমহুনা শাহুনা লৈরিবা শঙ্ অহু উবা থুদক্তনি। ইমুংদা চেনশিনখরে। লাইকম্নহুনা লৈরিবা ময়াম্বগী মনাক য়ৌথরে! ময়াম্বগী মথোং অহু মরাইবক্তা শোক্লমই। ময়াম্বগী মকোক ময়াদা মমাই অহু নকশল্লমই, হায়জরকই 'তাদা! ঐ লানথ্রবনি, ঐবু ঙাকপিয়ু!'

বকুলনা মনাও হুপাগী মমাই অহু মথুৎনা তপনা তপনা নাল্লমই। পিনা তৎতনা শিন্থবা অহু থেংনখি। শোল্লবা খোম্থাংদা হায়রকই, 'নংবু ঐনা করিমত্তা রারোদে'। ঙাইহাক লেপতক তৌরগা অমুক হায়রকই, 'নং নথন্তরা?'

'মানি, ইথন্তনি! ইথিল কল্লবী মাহাক অহুদি তাইবং অসিদা অমুক লৈত্রে। মাহাক্কী মরাল শিরমদাইগী মতমদা মশামক থঙজখি। মাহাকপু ঙাকপীনবা তাদগী মফমদা অমুক্তং হায়বীয়ু হায়না ঐঙোন্দা সিন্নরমই।'

'সিদদি করিগী পাও তাকল্লক্তে?'

'হৌনবা থঙত্রবা, হুপীগী থৌইনশিন চৎলবা ঐগী মাহ অসি তাদগী মফমদা উৎপা ঙমগনি হায়বসি থাজত্রবনি। মাহাক লৈখিত্রবা মতুংদা ইথন্তা হিংননবা কয়া হোৎনরবনি। অরাবগী ঙমথৈ লৈরক্তবদা তাদগী নাক্তা চংলকলবনি অহুবু তৌরমলিবসিদি.........' হিকনা হিকনা হায়রকই।

'করিগীনো হুপীবু নংনা অহুক তাথিনা হায়রিবা? ঐনা মাবু ঙাকপীরবনি। হুপীবু থাজগদবনি। তৌবঙদি থাজবা য়াবা হুপীবু। হুপীবু থাজবা য়াবা ওইহনবসিহু হুপাগী মথৌ অমনি' বকুলনা তপনা হায়রকই।

বকুলগী শোল্লবা মওং অহুদা মাবু রা ঙাংহন্নিংলমদে। অহুবু থাম্বা য়ারমদে, হায়রকই 'হুপী হায়বসি য়ামনা ফত্তবীনি হায়না ঐনা খনখি। ঐগী রাখল অসি অরানবনি হায়বসি ইমৌ অসিগা পুঙজা থরদং লৈমীন্নবদা খঙবা ঙমলে। মখোয় অসিবু ঐনা য়ামনা ফৎতনা খল্লমই। মহুদি ঐগী রাখল অসি কাওবা য়ৌখি। মখোয়গী মনাক্তা কাওবা লৈরোই, মখোয়গী লুহোংবা নোং হেক ঙানবদা য়ুম থাদোক্কে লেপত্রবনি। মহুদা

কন্না থনখিবনা য়ুম অস্নি থাদোক্রবদি হুংশিন্নবা ইচল অসি কায়নবনি হায়বা ফাওবা কাওথ্রে।'

অনাবা হান্নদগী হেন্না শোম্হন্নমই। ম্না য়ামনা ঙাংখিবনা ওইবা তাই। হান্নদগী হেন্না খোন পিকনা অমুক হায়রকই, অহবু মখোয়দগী লাপ-থোকলদ্রোই থল্লকলবা মতমসিদদি ঈশ্বরনা ঐবু য়ুম অসি থাদোকহনগদৌরি। নঙনা নচা, নমোবু ঙংশিনা কোল্লু; মহুত্তদা ঐ পেনগনি।' বকুল তুমিন লৈথ্রে। ম্না অমুক ঙাওখিদ্রে।



# পীনরিবা চিঠি

নঙগী মুংশি মাইথোং থনবদা, থম্মোয়গী অমম্বা কোক্তুনা, অরাবা থিবীক তুংওইনা, পুন্সীগী অয়ুক্তা চঙলকলে।

মপোক সিমগীদমক্তনি খনজরুবা, ঐগী রাখলগী অরানবা ওইরম-লবদি, ঙাকপীহৈবা উৎপীয়ু।

'মুংশি' হায়নমু হায়নিংই, থম্মোয়নদি মহায়রি, লৈয়েংনদি থং-ঙমদ্রে, পাখঙ থম্মোয়দি শোনখরে।

মুরা নংবু শোনবদা, পাখঙ ঐনা ঙাওবদি, অঙাওবনি নিঙবিয়ু, মুরানা রাখল থনবীয়ু।

মুরা পুক্লীং খঙনিংবা, পাখঙ ঐনা উৎপদি, লেপত্রবদি রাখলগী, মখা পোনজবতনি।

※※※

পাখঙ য়ারা তাবদা, মুরানা পুক্লীং লুপ্পদি, ঐহাকী ইরান ওইক-রোই, থম্মোয়গী য়াথং ইনবনি।

পাখঙনা পুন্সী সিমতগী থনবদা, লাইরমলেনগী পুন্সীসু য়াওনা, মুরা ঐনা থনবনা মুরাগী ইরানচুম ওইদোরি।

তাখিনি উখিনি চিংনবনা, থম্মোয়মুংদা পাখঙনা, লোম্না 'মুংশি' শোনবীবা, মুরা ঐনা তাজরে।

মমজবা পুন্সী খোংচৎতা, লমজীংবিগে থনবীবা, চিনবানখোংগিতা ওই-বীয়ু, পুক্লীংগী রাবু ওইবীয়ু।

লম্মাংনরবদা ধ্রুব তারাগুম, পাখঙগী নতুং ইনবনা, মুরাগী ইথৌ ওইনিংবা, মপু মানা উসয়ু।

※※※

ইরোনমুংদা ফুমজবা রা কয়া, ফোংদোক্লিংবগী ঙমখৈ য়োবদা, মুরাগী খুদোং চাদবা কাওদঙমদে।

পল্লেম পস্থৌ অপোকপনা, থম্মোয় অনীগী ময়মবু থম্বীবা, পা-খঙগী পুক্লীংনা হয়াওদঙমদে।

হুরাগী রাশক কয়াদা, পাখঙগী পুক্লীংনা থাজ্জবা, হুংশিজাওবী নহাক্তী, রাখলগী মীৎনা উবিয়ু।

হুয়া মাইথোং কজবা, পাখঙনা ততনা য়েংজনিংবনা, কোয়না থেক্লা লেপচবা, সিনা ঐগী ইথৌনি।

হুরাই হিঙ্গোল চাইগোইহুংদা, পাখঙনা খোঙথাজবদা, উ-রা খিবীক্লা নোক্লবদি, পাখঙ থম্মোয়না উজবনি।

※※※

হুপীগী জাৎতা পোকপনা, পল্লেমগী পোয়্ংদা চাওবনা, পাখঙগী নাক্তা লেপনিংবা, অয়েম্বদা তাবনি।

পাখং নঙগী নকাদা পুক্লীংগী নিঙবা কোঙনিংবা, চেগা কলমগা পায়থৎপা, পলেম পস্থৌ' মীৎয়েংনা, য়ৈথায়ববু ওইবনি।

অরাবা কয়া তাবদা, য়ৈখায়বা কয়া লাকপদা, হুয়া পুক্লীং হোং-জরোই, শোল্লবী ঐগী রাশক্লি।

খুদোংচাবা লাক্লগা, পলেন পস্থৌ' য়াথং তুংইন্না, লাইবকথিবী ঐহাকপু, কাউথোকপিরমগদরা ?

লেপত্রবা পুন্সী খোংচৎতা, হুয়া খুজেঙ পায়বীহুনা, লমজিংবী-গনি থনজবা, হুরাগী রাথম্না লানগত্রা ?

※※※

অহিং হুংথিল অনিদা, হুয়াগী রাখল তৌবনা, হুংশি নপাও ঙাই-বনা পাখঙগী ইথৌ ওইজরি।

করম্বা হুমীৎ থাহুদা, হুরাবু নাক্তা থমহুনা, পুক্লীংপেম্না য়েংজগবা নোংমা কাংদ থনজরি।

হুয়া' নপাও তাত্রগা, হুংশি চেংলৌ উত্রগা, পাখঙনা রাববু থঙ-বিদ, করি পুকচেল কৌবগে ?

অয়েপ্পা লৈতবা শাজৎনা, পাখঙশিংগী লমচৎনি, ওইদবা অসি হায়হুনা, ঐগী ইরাল পিবীহু।

হুমীংবা নোংচুপতগী থোরকপা, ওইথোক্তবা মতৌগুম, ওন্নতৈ-নবা কয়া হায়রুনা, পাখঙদা অরাবা হাপ্লিহু।

***

প্যাখঙনা তাকপীরকপা রাহৈ খুদোংগা, হুরা' পুক্নীংগা হেক্তা চান্নবসিবু, লায়না মান্নবা ওইবনরা ?

পাখঙ' হুংশি চিনদগী, তাজবা রাহৈ খুদোংদা, খম্মবা তৌদনা থাজবা, হুরা থম্মোয় শোনবনরা ?

অহিং হুংখিল অনিদা, পাখঙ নঙবু খনজ'গুম, হুরাগী শিম্বাদা থনজরম, ওম্মোকপহুম ওইরমনি !

অতাং নারা ওইরিবৈঙ, অপাম হুংশি খঙত্রিবৈঙ, রাহৈ কারল চনখিবা থোইখা লিনখা থাবিহু।

নজাক্না মনত্রু তমখগুম, হুরাগী শেংজবা থম্মোয়না, পাখঙ থম্মোয় তমজবা, ইথৈবিগে খনবীহু।

***

মঙদা থোকপা থৌদোক ওইহুনসু, মন্নুং মতম চাদনা, হুরানা অশি' কাংলুপতা চনলম্বা, পাখঙ পুক্নীংনা রাগ্রে।

মপু মাগী থৌইনশিন, মঙদা থোকপা থৌদোককুম, তাইবংদা থোকলরবদি, খনবদা থম্মোয় কায়গ্রে।

অহুবু, মীগী রাবদা নোকপিবা, মীগী হুঙাইবদা কপপীবা, অরা হুঙাই শায়পোৎ, মপু মাগী লমচৎনি।

ঙসিদি লাইর-অচৌ থায়দনা, খাংপোকতৈ দলালফাও, মৈগী কঞ্জবনা লৈতেংহনা, দীপানিতা হুমীংনি তাকলরি।

মমলবা থাংপোকহুংশিদা, হুংশি রাখল খনবদা, অচম্বা মীংনা উয়রোইদবা, থম্মোয়হুংদা দীপানিতা ওইররি।

***

পুক্নীংগী রাবু কোঙবিংঙক, চেপ্পা কল্লগা পায়বদা, পলেমনা নাক্তা লৈখিবা, হুরা রাখন্না মিপাইকুই।

নীংবা কায়বগা লোয়ননা; মুংশামগী হন্থজবা, নিংঙকপদা পাঙঙন্থা, মুপা ওইবগী মপোকপু পাঙ্গন শোনবিনা কল্লকউই।

রাথোকচাওবীবু ওইনিংদ, লমচৎ ফজবী শীঙদা চনজনিঙবা, মুরানা কন্না নিঙবনা, নিঙোল পুক্নীং কাজিনজে।

ধূপ-থাংমৈ মাংদ থম, বৃন্দাদেবী মমাঙদা, খুরুখুদক লৈতাজ, ইমা মাবু ইরাৎপা, পাখঙগী রাখলগা লোয়নৈদো।

লেপ্ত খোঙথাং খূদীংদা, পাখঙনা নীংবা খিবীক্তা, য়ৈথায়রবু পীবীমু, অসি বরবু নিজেদো।

⁂ ⁂ ⁂

পাখঙ পুক্নীং লৈতানা, খোমলেন তুমথুন হুঙবা, শ্রীকপ মতম ওইবদা, থরায় ওইবী নহাকী, মোমোন রাইনা তাকপিদো।

লাইরবা পলেম পম্বোগী, সেবা কায়দ তৌদোবা, পাখঙ ইথৌবু তুংদথম, মুরাগী রাখন্না মাংওইদো।

মখোয়গী সেবাবু লোইথোকচ, পাখঙ খুৎশু খুৎতা পায়, থৌদাং হৌগে থৌরাংবা, মুরা শকফমনা লমজিংই।

হায়নবদি তুংইনজ, মুরা' শুমাং চিদাইদা, অতুক কুইনা লেপচবা মুরা নংনা থরোইদ, নিঙোল পুক্নীং ওনবরা?

শাংলবা পুন্সী লম্বেলদ, মুরা খুজেঙ পায়হুনা, চৎচনিঙবা পাখঙনি, মুরা নঙনা কাওবরা?

⁂ ⁂ ⁂

মিংগোকমম্থ খঙজদে, মুংশিবা হেক্তা কৌজগে, মুরা থম্মোয়না থোনখিবা, পাখঙ নঙগী মিংলেননি।

চিংনবনা নশিন ওই, পাংগল শোনবী মুজাদা, অরাবা হাপকে নিঙবরা? মহুদী পাখঙগী রাখলনি।

রাজবা মতম অসিদা, মুংশিবা হায়বা অসিদী, চিংনবগী য়ুম্ফমদা শাবনি, অসি রাবু খন্দুনা, মুরা পুক্নীং কাজগে।

লৌশিং রাৎপী মুজানি, রাখল থেনবী নচলনি, ওন্নরাবু হায়হুনা মুরাবু চাংয়েং তৌবিমু।

মরাল লৈরুদবা কনাদা, মরাল অমা শীরগা, মীবু হেন্না রাহনবা পাখঙ ওইবনা শীনবিন্নু।

* * *

পাখঙ থৌদাং তৌক্নবা, শুমাং মচি লাপঙকতা, হুরা নঙবু ঙাইজবা, নঙদি করিগী থৌশাদে!

তাইবং মীপুমনা থওইবীদবা, পাখঙনা 'করিসু নাচুংলোই', অহুবু, হুরা নঙনা থওইদা, পাখঙ থম্মোয়না থাংঙমদে।

খোংলেপ খোংথাং খূদীংদা, হুরা নঙগী লিচৎনা, পাখঙদা 'রাবা হাপলগা, নঙগী হুঙাইবা ওইবরা ?

নঙগী রাবদা রাবনি, নঙগী হুঙাইবা অহুবু, ঐগীসু হুঙাইবা ওই-জগে, পাখঙ ঐগী ইকাদা, চিংনলৈতনা হায়বীয়ু।

হুরানা শামাই লৈরমদাই, পাখঙদা ময়েক শেংলমউ, নমজা নমথেক রাখম্না, পাখঙদা অরাবা তাপ্পিন্নু।

* * *

নঙদি কৈদগী খঙগনি, হুরা ঐনা রারিবা, খোংলেপ খোংথাং খূদীংদা, অরা পোৎলুম লোয়নবা।

নঙনা নোংমা লাকলমবা, পলেম মানা খঙখিবা, হুমীৎতুদে হৌথরে, রারকচেৎপী ওইখিবা।

মরুপ নঙবু লাক্লনু, লাককে রাখলবু খল্লনু, পলেম মানা শাও-খিবা, ইংথনবা থৌরাংগে।

লাকলহুবু খঙহনথ্রে, মরুপকি শকফম উররোই, পাখঙ নপাওদি তৎতবা, হুরা ওইবিনা নিঙজরি।

পাখঙগী থৌদাং কয়াদা মঙ্গল ওইহনা থোরকপা, মপু মাগী মফমদা পাঙ্গল শোনবীনা নিজরি।

* * *

নিঙজরুবনা লানথরে, নঙগী নরান ওইফরোই, রাখল থেনবা মাহাকতো, নিঙবা কায়না হনখিসনু।

অমুক্কী নোংহৌগুম হৌরকপা, হুরা ওইবীগী রাখলবু, অয়েপ্পা মওংনি থাজরিবা, মাহাকতুনা পুন্সীদা রান্নু।

ময়োল কঙলবা আশাগা, কায়না পোৎলুম লোয়নননা, চোকথর' থোংথাংনা লমজিংনা, হুংশি কাদে' খোঙশানজরে।

পলেম পম্বৌ শাইগোন্দা, য়েক্ক-তিংথং লৈতনা, কল্লকচাওবা কনাগী খোঞ্জেল তাদনা, নিঙবা থুংনা শাৎহৌরো।

মত্তিকতা মগুনদা রাৎতবা, থরায়না তাবা থিহুন', হরাও মিনোক লোয়নননা, লৈরাংগী লৈপুন শেমহৌরো।

※ ※ ※

অরাবা' খোম্বাংগা লোয়নবা, কাইন' ইশৈবু তাহল্লে, পাঙ্গল শোনবী হুবাগী, কায়র' থম্মোযনা মিপাইরি।

অসি মতৌবু উরগা, হুংশি খঙদ্রবা জাৎতা পোকলবা, পাখঙ ওইবা নঙনদি, ঙমখৈ লৈতনা হরাওরি।

নযাথবু হিক্তোকলোই, লেপচখিবী ওইবনা, লাইবক থিবী হুরাদি, হুং'নিগী মবক্তা লা, ওইখরেনে মরুপ ও!

পাখঙ ননিঙ থুঙনবা, হায়নিংদবা খোম্থোক্লা, অনোকপা পিগা লোয়নননা, নঙগী কায়ন' রাহৈবু, হুরা ওইবিনা থুমজরি।

অতুবু, ইকাইবা খঙদ্রবী, হায়জবতনা মশিঞ্জাং ওইরবী হুরা ওই-বিগী পুক্নীংনদি, নঙোন্দা হায়জবা লেপতরি।

※ ※ ※

পাঙ্গল শোনবী হুজানি, হায়নবনা অসিনি; অতুবু হন্না মাই-থিরে, পাঙ্গন ফবা পাখঙদো, হুরা নহাক্কী নফমদা।

হুংশি নকাদগী ফংখিবা, মশিং থীঙমদ্রবা মায়থিবা, মতুতনা ঐগী জয়নি খনজরি, মীকুপ খোংথাঙ থুদীংদা।

অশাও' রাহৈনা মাংওইনখিবনা, চনখিবা রাহৈ কারল হুরাদা, লানজয়ে হায়নিংলে হুরাও! মসিনস্ব পেল্লোইদ্রা?

পেনবা হৈত্রবা পাখঙনি, রা 'মতংগা হায়নিংলি, হুংশি চাংয়েংবু ওইরিগদ্রা? মসিমদি নরাহৈ লৌনিংই।

হুরানা নদোম শাৎচবা, পাখঙনা য়েংবা রারকলে, পাখঙ সাই-গোন্দা শাৎলোনে, মসিমতদি হায়নিংহি ।

※ ※ ※

লৌশিং থেনবীগী ইরাল কয়াবু, পাখঙনা রারৌবীদবা, হুরা পুক্লীংনা পেনজরি, হরাও পেম্না নোকচরি ।

পাখঙ থম্মোয় হুংদৈ থোরকপা, অরোই-হুংশি-চাংয়েং রাঙাং-দো, থম্মোয় পেম্না তানিংলে, মহুতবু ঙাইজরি ।

অহুবু, অচম্বা লৈরাংগুম থন্দুনা, পাখঙ নখুং হাকথেংননা, পৎ থৎতুনা হেকপিগে খনবিন্নু, মসিমতদি তাবীয়ু ।

নঙনা হুপা ওইনা পোকলেদো, থোরমদি নঙনা শীনবীয়ু, মহুতবু য়াজগে, পাখঙ ওইবনা তাকপিবা ।

নঙগী 'রাবনা ঐগী অরাবনি, নঙগী হুঙাইবনা ঐগী হুঙাইবনি, মসিতনা ঐগী লাইশোন্নি, হুরা ঐনা খঙজবা ।

※ ※ ※

পাখঙনা পাঙ্গন থোকতবদি, হুরাই' অরেপ্পা খঙদবতননি ; হুরা পুকচেল খঙলবদা, পাখঙগী থৌনা রাৎতরে ।

হুংশি কাদা য়োঁদোবা, পাখঙ' রাহৈ অরেপ্পা, থম্মোয়হুংদদি শেমজরে ; হুংশিবী নঙনা তাদোব', অসিমতা মঙাইরে ।

হুংশি নাপ থাঙ্গৎলো, তাননবা থোরাংলো, পলেম-পম্মৌ খঙ-হনলো, মরূপ মপাং তাহল্লো, হুংশি লমদমদা মাইওল্লো ।

পম্মৌনা য়াথং পিসন্নু, পলেম মাস্নু য়াওসন্নু, ময়াথঙবু ইনলসি, ঐথোয়না পামলীবা য়াথংদো, অসিনিস্থ তাক্লসি ।

শাওখিবনা নোকলসি, রাখিবনা রারিনরসি, লাকলিবা, হুমীৎ পঞ্চমিসে, লুহোংবা হুমিৎনি লেপ্লসি ।

※ ※ ※

হুরাগী পুক্লীং খঙবীবা, পৃন্সীগী লেঙত্রবা মরূপ ও ! হুংশি য়াথং তাজরে, তাকপিবদি তুংইম্না, হুরা পূক্লীং লেপথরে ।

সিমতগা তাবিথো ! মমোম' য়াখল তুংইন্না হুমীৎতুবু লেপখবে পথৌ ওইবা মাহাক্না, পঙেম মাসু য়াখরে ।

তুংশি নওসু য়াশকলে, হুয়া ঐসু তুংইনলে ; মপু মানা উসনু, ঐখোয়দা মঙ্গল পীবনা, মাগী মথৌবু ওইসনু ।

হয়াওবা চুবা মেৎনা, হুমীৎতুবু ভাইবনা, হুয়া ইথৌ ওইরগে, ইপিজাশিংদা পাওদমবদা, হুরানা ইকাইজররোই ।

হৈনৌ মপাল মরক্তা ভাংলৈন' মনানা লোৎকনি, অভাভবা আবের মরক্তা, অয়ুক্কী নিংথিবনা নোক্কনি, হুমীৎতুবু কুইররোই ।

# ৱাখলগী লংজিন

মতম অসে অস্থুম হৌখি। অৱেপ্পা লৈতনস্থ লাকলি। অরাবা খুদোংখিবনা নৈহল্লবা পুন্সীগী ইচেল কয়ানি। শেংলবা অমকপা লৈত্রবা ইচেলনস্থ তুংইনলি।

মচিনজাক চাজবা স্থপা অমনি হায়না কমলগী মপাবুংবু লৈকায়না হায়নৈ। চাবা থকপা মক্কিদি অতুক হাক্ক রাবা নংত্তে হায়বগী রাদনি। মচাস্থপা কমলবু মিরৈবাক্তা থাত্নুা লাইরিক তমহনবদি কদৌউদস্থ ভম- লোই। কমল মেত্রিক পরিক্ষা ভস্বগী পাওলাকলে। লাইরিক মথা তমথনবগী রা ইমুংদা ভাঙনদরে। লাইরিক তস্বগী পুন্সী অস্থুরাইদা স্থুম লোইশিনবা তারিমানলে। কমলগী মপুক্রীংদা নিংহন্নবদি পোকত্রি। ভলব চাবা থবক অমা তৌরগে খনলে। পৈশা খরা খরা তুংশন্নবা হোৎ- নরগা, মতম খরা লৈরগা মিরৈবাক্তা চৎতুনা লাইরিক তমথগে খনবনি। কমল নিঙবা কায়বগা লোইনবা আশা অমগা থবক তৌবা হৌত্রে। সর- কারগী লৌরুংশংদা কেরানি মচা অমা ওইত্রে।

কমলনা চাং নাইনা ওফিস কারম্বই। মাগী তৌফম থোকপা থবক্তস্থ মপুক্রীং অত্নমক চংই। থবক ভাইহাক শংবদস্থ ময়ামগা ভিম্নত্নুনা, নোক খেমিন্নত্নুনা লৈথোকক্তে। অহাংবা মতম কংলবদি করিগুম্বা লাই- রিক অমা পাত্নুনা লৈ। অস্থুম তৌনা খা কয়া হৌখি।

নোংমদি ওফিসকী কেরানি অচৌবা চাওভলগা কমলগা রারী য়াম্না মুন্না শান্নরমই। কমলনা মাগী পুন্সীদা নিঙবা থুংলক্তবা থৌদোক খুদীংমক লীরমই। মেত্রিক পাশ ভৌরবা মতুংদা লাইরিক অমুক তমথবা ভম্মদবদগী থবক অসি তৌরবনি হায়নস্থ কমলনা হায়রমই। পুন্সীগী অনিঙ বা কয়াস্থ, লৈতবনা ইরায় লায়না মরক্তা ককথৎপা ভমই, কমলনা মথরাই সুংভাইতনা হায়রমই।

কমলগী মরমচং, মওং য়েংবদা কেরানি অচৌবা চাওভল মপুক্লীংদা হুঙাইবা পোকই। মপা মপুগী মরীনচিংবা লোয়া খিবা হৌরকলমই। নোংমদি চাওভলনা কমলগী ময়ুমদা চংখিরমই। মহাক কনানো হায়বা কমলগী মপাদা তাকলমই। কমলগী মপাসু চাওভলগা উন্নবদা অনৌবা মরুপ অমা থঙনবগী হুঙাইবা ফোংদোকলমই। 'করি হায়বিনিঙবা লৈহুনা অস্থক রানা লেঙবীরকলিবনো ?' কমলগী মপানা হংলকই।'

'রা অমতং য়ায়া চেকশিন্না ঙাঙনজনিংহুনা লাকচবনি' চাওভলনা য়ায়া তপ্পা হায়রকই। 'হায়বীযু কৈদোগে' হায়না কমলগী মপানা খুমলকলবদা চাওভলনা মথা হায়রকই, 'ঐনা স্থম য়েংজবদা কমল অসি লাইরিক য়ায়া তমথনিংনা উই। য়ারবদি থবক অসি তোকহল্লগা, ইচিন-ইনাও চঙহুনা মথা থরা তমথহনসি হায়ববু করি খনবীবগে ?'

'ইয়াম্বস্থ মানা মথা তমথনিংবা অসি উবদা য়ায়া কন্নদি খনবনি ; অহুদা উপাই খিৎতং লৈমনখিদবদগী থবক তোহনখিবনি' কমলগী মপানা খুমলকই।

'তাদা! মাগী লাইরিক তম্বসিদা চঙগদবা থরচ মখৈ ঐনা দাই পুজগে। ঐগী অমতা ঙায়জরবী ইচা হুপী সখী অসি মরম ওকপা, লাইরিক লাইগু হৈবা মুপা মচা অমদা পীনিংই। মহাকনা লাইরিক তমথনিংবগী মওং মতৌ উবদা ঐনা কমলবু কল্লক্তবা ঙমদ্রে। ঐনা মাগী লাইরিক তমথনবগীদমক্তা মতেং পাংগে হায়জবদা ঐগী ইশাগী কান্নবা ওইবা মওং খিৎতং য়াওরিবসি ভুক্কচনা খনবীগমু' চাওভলনা ইকাই হঙ্গোইবা মওংগা লোইননা হায়রকলমই।

কমলগী মপাসু রাফম অসিদা য়ানিংদবা করিগু লৈখিদে। তৌগদবা, চংথগদবা থবক মওং পুন্নমক য়ানরবদা চাওভল হরাওনা হনখি। রাফম অসিগী মরোল অকুপ্পা পুন্নমক কমলদসু খঙহনলে। লাইরিক তম্বা চংপা তারবনি হায়বা রাফম অসিদা কমলগী হুঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদে। কনাগুম্বা অমনা মাগী লাইরিক তমথনবগী দায়ি লৌবীরনি হায়বা অসি মঙদা ফাওবা মঙলমদে। কমলনা চুমনা হন্নাওবত্তা নংতনা কেরানি অচৌবা চাওভলগীদমক্তা ঈশ্বরদা মঙ্গল নিরমই।

কমল থবক থাদোক্নুনা লাইব্রিক তমথনবগীদমক মনিপুর থা-দোকখরে। মানা পামজবা মুপা অমবু মন্নাক ওইবা ফংলগনি থনবদা হায়নিঙাই কৈ.ঙনা থরায় মুঙাইজবা চাওভলনি। চাংনাইনা কমলগী শেল থাবদা মপুক্নীংদা চিংনবা লৈখিদে। মতমনা হৌখিবনা কমল লাই-ব্রিক তম্বা লোইহুনা থোবকলে। কমলবু বি, এ কমল হায়রগা মী পুমন-মক্না খঙনবা হৌরকলে। নকনবা মরি মত্তা, মরুপ মপাং পুম্নমক লোইনা হরাওনখি। অহুবু মখোযগী হরাওবনা চাওভলগী হরাওবগী চাং যোগনি হায়বসিদি চাওভলবু খঙবা কনা অমতনা থাজরোই।

হাযবা ইনবী মথানি। মপাগী য়াথংদা লৈথোকখিদরে। নোংমা অমা লৈশিল্লক, নোংমনা অমা পুশল্লক, লৈশল্লকপা পুশল্লকপগদনা চাও-ভলগী মথৌ ওইখবে। হন্দক মবক চাওভ-ঙ্গী থবক হাযববু অউনপোৎ লাংশিনবা অসিতনি। অউনপোংশি হৌনবী পোৎ মখ-া শুখবে। লুহোংবগী মুমীৎ অমা লেপ্পা তা[illegible]। পাজি গন[illegible]কি ম[illegible] [illegible]। [illegible]-শিবা শ্রীপঞ্চমী [illegible] লুহোংবগী মুমীৎ [illegible] [illegible] [illegible] অসিদি থা অমগা মুম [illegible] [illegible] [illegible] ফনা পা[illegible] মতমনি। [illegible] করম্না লেনগনি। [illegible] [illegible]। পোৎ লৈশিম্নবা [illegible] হৌখিববু খঙহৌদবা যাই। লুনা তৌজনা [illegible]গী পেম্নবা, মু[illegible] [illegible]বা মপাবু নঙ্গল পীবনা কৈবোই লেকাইনা মখৌ ওইসনু।

ব[illegible]গী আশা হ[illegible]বু লাইব্রিক [illegible]তিক চানা [illegible] মী অমা ওইবা[illegible]নি। মাহাক্কি অনিঙবা [illegible]। [illegible]হবু নিঙ[illegible] থুংবগী মুঙাইবদি কদায়? [illegible]কুপ [illegible] ফাওবা ঙমলমদে। অহেনবা নহৈ তানশিন্দুনা পুক্নীংগী [illegible] অমম্ভ, [illegible] [illegible] থোকহনবদি [illegible] অবাবা, মুঙাইতবা হাপকংনবা [illegible] [illegible]বাইকো' কমগনা থল্লকই। কমলনা চাওভলগী থুদোগবু হরাওনা লৌ[illegible]ই। ম[illegible] [illegible]তন [illegible]ঙনদি মাহাক্কী রাখল যাম্না পিন[illegible]মই হায়বা যাং। [illegible]গী [illegible]দগী মতেং লৌনিঙাই লৈফম থোকতে, লাইকাদবী অমগুম্না লৈগদবনি [illegible] না মাগী লাইব্রিক তমথনবগী মতেংদবু ফংলবদি হায়দুনা হরাওনা য়াথিবনি। অহুবু ঙসিগী রাখলনা ইতোপ তোপ্পা অমনি। লাইব্রিক লাইশু তমদবী, ইচম চম্বী মুপামচা অমবু মাগী মুপী ওইনা

লৈছনা পুন্সী অদু লেনগনি থনবদা কমল ভশেংনা মুন্ডাইতবা, পেন্দবা ফাওরকলে। অদুগা মাগী অনৌবা অনিঙবা থুংননবগীদমক্তা অতোপ্পগী মকমদা তৌবীমল থঙদবা, শাগী লমচৎসু চৎনিংদে। মাগীদমক্তা হোৎন–বীখিব। মীগী মকমদসু কায়দবা অদুগা মাগী নিঙলিবা অদুসু পাংথোকপদি ওইথোককম থোকপ্রা? মতম অমতদা চৎসু চৎপা, লেপতুনসু লৈবদি কনানসু থনবা ঙমদে।

নোংমদি কমলনা পল্লেপকম থঙত্রবা রাখলনা ঙাওতুনা লৈরমই। অনৌবা রাখল অমা মাঙোন্দা লাকলমই। অনৌবা রাখল নৎতে; লেপ-লবা রাখল হায়বতুনি। মকি মরোল শেৎচিল্লতুনা য়ুমদগী থুনা থোং থাংদোকখ্রে। সখীগী মনাকতনি। সখীগী পুক্নীংদা অঙকপা ফাওরমই, হল্লাওনা নরেনবু ওকলমই। ফনা কুইনা মানা নিংলিবা অদু হায়দোকপা ঙমলমদে। মমৈথংদা য়াম্না তপনা হায়রকই, 'ইবেম্মা: নঙনা ঐগী অনিঙবা অমতং থুংহনবা ঙমগদ্রা?'

ঙকতুনা লৈরিবা সখী অদু রাহৈ অসি ভাবদা অমুক্তা হেন্না ঙক-খিরমই। করিসু থুম্বা ঙমদনা তিঙক তিঙক য়েংদুনা লৈরমই। কমলনা অমুক হায়রকই, 'ঐগী লেপ্পবা রাখলদি লুহোংবা তারবসু মহৈ-মশিং হৈবী চুপী অমগা লোইননা লুহোংবনি। ঐনা নিঙলিবা অসিবু ওইথোকহনগে হায়রবদি নঙবু থাদোকপা তারবনি। ঐনা মসিমক তৌরুবা তারবদি ঐবু মীনা অচুম্বা থঙদবা মী অমা ওইনা লৌখিগনি। মসিমকসু ঐঙোন্দা খজিক্কং কিনা থোকই। নঙতনদি ঐগী নিংবসু থুংহনবা, অদুগা ফত্তবা মিংচৎতগীসু কনবীবা ঙমগনি।'

সখী অদু মমীৎতা পিগী ইরা চেনলকলমই। মফম অদুদা কুইনা লেপতুনা লৈবা ঙমলক্তে। য়াম্না থুনা ইমুংলোমদা চেনশিনখ্রে। কমলবু মফম অদুদা অদুম হুন্দোকলমলে। কমলনা মানা হায়জরিবা রাকম অদুবু সখীনা য়ারবনি হায়না লৌরগদ্রা? লৌরে হায়নসু মখল্লে। মদুনা কমলগী অপেনবা ওইরগদ্রা? খনকম থঙত্রবা কমলদু তপ্পা তপ্পা কোম্থোংলোমদা থোকখরে।

অয়ুক অমা কমলনা মাগী লাইরিকশংদা ফমদুনা লৈরমই। লাই-

রিক পাবদি চঙলমদে। মানা নিনিগী মনাঙদা সখীদা হায়খিবা রাকম অতুগী মরমদা খন্দুনা লৈরমই। সখী অদো অতোপ্পা নুপা অমদা চেনগ্রে হায়না মপান্দা ঙাঙনরমই। কমলনা ঙাঙনরিবা রাকম অতু লাইরিকশংদা কমনা ফমনা তারমই। 'ওস্তোকপনিদা হুজিক মতমগী নুপী হায়বসে! মানা অপাম্বা অমদা চেনগে হায়রবসু লুহোংবগী নুমীৎ লেপনত্রিবৈদা চেনবা ময়াইকো!' হায়না থংনবদা লৈবী নুপী অমনা হায়রকই। মসি তাবদা কমলনা করি খল্লিগনি? হায়কম খঙদবা চয়েৎনবা রাখলনি। কমলনা হুজিক্কি মানা নিঙবা মতুং ইন্না লুহোংবদা মাগী দোষ লৈররোই হায়নসু খল্লি। অতুবু মসি খনবনা কমলনা করিমতা নুঙাইবা ঙমলমদে। সখীগী পুল্সীদা করিগুম্বা অরাবা', খুদোংথিবা থোকলবদি মতু পুন্নমক্কী মরুদি মাহাক্কি হায়বসি কমল মশানা খঙজরমই। অতুগা থোকলিবা থৌদোক অসিমকসু কমলদদি অঙকপা অত্থম ওইরি।

সখীনা য়ুমদগী মপান থোকপ্রবদা চাওভলগী ফিভম অসি পুমহোং হোংলবনি। মাগী মমাই অসি মতৌ করমনা কমলগী মমাঙদা উৎপা রগনি? ঙমলরোই খল্লবদা স্বাই স্বাই লাওই। মাগী সাজৎ অমসুং রাঙাংদা অঙাওবগুমগ্রে। মহৌশার্দি চাওভলগী য়ুমগী মথৌ হায়ববু ওফিস কাত্রিবৈদা শিং-নোং খরা খায়বা, মতেক ময়াদা খরা তৌ-থোক-খোৎতোক্কুনা মরোই-মপাং খরা থাজিনবা। অতুগী মতুংদা নুঙাইবা রাখনদা শুম মতম লেনবা অসিতনি। সখীনা লৈথিত্রবসিদদি সখীগী ওইরম্বা থবকশিং অতু চাওভলগী ওইরকলে। মথুৎমক্কা কোল্লিক রাইরম লোইথোকলগা, চাক থোংহনা চারগা অফিস কায়। মসিতা ওইরমলবদি চাওভলগী ফিভমদা অসুক য়াম্না ওল্লমলোইদবনি। অশংবা মতমদা নুঙাইবা রাখল খন্দুনা মতম লেনবা হায়বা পুল্সী অতু লোইখ্রে। ঙাইহাক্তং রাই-শংবদা, পোৎথাবদা অরাবা, নুঙাইতবা ইকাইবা রাখল ময়াম অসিনা চাওভলবু নৈহনা লৈ।

শ্রীপঞ্চমী নুমীৎনি। অয়ুক অসিদা চন্দন-চরা নিংথিনা থিল্লবা, অশেংবা ফি শেৎলবা নুপামচা নুপীমচাশিংগী লম্বেল ওইখ্রে। লাইলেঙবগী ইশৈ, বাঝাইগী মখোল, সরস্বতীগী জয় ওইসনু হায়বা অপুনবা থোল্লাও

লম্বেলদা অত্থমক লোইখিদে। মাঙ্গোনগী চিথেকতা অৱাবা ৱাখলগা লোইননা লেপতুনা লৈৱিবা চাওভলগী মনাকোং য়োৱকই। লেপলম্বদগী চৎলি হায়বা থঙদনা অমুক চৎলি। ইমুংদা চঙলগা ইংগত্রা হায়না অমুক খললি। ইমুংলোমদা চঙশিনখ্রে। ইমুং মহুংদা চাওভল কোইচৎ চৎতুনা য়েংলমই। সখীগী উন্ননবগীদমক লাঙতুনা পুশল্লকপা পোৎ কয়া ইমুংগী মচি মচিদা অত্থমক লৈরি। চাওভলনা পোৎশিং অত্থদা মুন্না য়েং-বগী মওংগুমস্থ তৌই। করিগুম্বদা তুরুচবগা লোয়ননা খংলৈ হেক লৈখোকপগুমস্থ তৌই। শো পরপ পরপ লৌথোক্লুনা উপু আলমিরা থুনা হেক হাংদোকই। লিক কোন অত্থ অমুক হেক য়েংই; অমুক থুনা উপু অত্থ হে চ লোনশিল্লি। পুন্নমক অসি চাওভলগী অৱাবা হেনগৎহনবা মওং ভাক্লনি।

মমেথঙদা ফকলাংদা থেৎলিবা কোটো অত্থগী মনাক্তা চঙশিনখ্রে। কোটো অত্থনা মমীৎ কুপ্তনা য়েংতুনা লৈরমই। চাওভলগী অৱাবা, গুভাই-ভবগী চাং কদায় য়োৱবগে হায়বত্থ ইৱা চেল্লবা মমীৎ অনি অত্থনা তাক্লি। অয়েকপা মমি অত্থবু থাঙ্গেশেংবা মীমক্তি মুত্তিনি হায়না লৌরকই। মপুৱাংদা হায়রকই, 'চাওননবা য়োকপস্থ নঙগী নথৌ ওইহৌবা তারে। অত্থগা ., অমা ওইননবা শিনবা অমদি মহুং মতম চারবা মতনদা মহাক্তী থুভাইগদবা লম্বেল য়েংবীত্থনা থাজ-য়েনজবগী অরুম্বা থবক অত্থ কোম-থোকপাগস্থ—অসিনচিংবা কয়া নঙনা শিন্নরম্বা অত্থ মিকুপ থুদীং নিং-শিংলি। নঙদি ভাইবংদা লৈত্রবনিনা উররোইত্রা? ঐগী ইথৌ মপুং ফানা পাংথোকপা ঙমত্রে। নিঙবা কায়ত্থনা লৈরে। নঙ ঐভোন্দা দোষ তৌগস্থ।' চাওভলনা চৌকিদা ফমথরত্থনা হান্নগুমনা অয়েকপা মমি অত্থদা মুন্না য়েংত্থনা লৈরি।

মী লাকপগী শউম অমা ফঙখি। চাওভলনা চৌকিদা ফন্না ফন্না লৈত্থনা য়েংথোকলমই। মনাক্তা লেপত্থনা লৈরিবা কমলবু উরমই। কমলবু কৌবা ঙমলমদে। মমাই অত্থ থুনা লৈথখি। কমলনা চাওভলগী কাহৎলবা মাইথোং অত্থ মুন্না উখিরমই। মাইথোং অত্থনা কমলবুস্থ চপ চানা ৱাহনমলই। কমলনা ৱা থৱা হায়নিংত্থনা লাকপনি। ৱাশিং অত্থনা

চাওভলগী অরাবা ময়েং তাহন্নবদি নংত্রে থল্লুবদা কমলনা রা অমতা হায়দোকপা ঙমখিদ্রে। চাওভলনা মমায় তপনা থাঙ্গৎলদুনা হায়রকই, 'ইবুঙো কমল! ঐনা লম হেনবী ইচা পোকপনা ঐস্ত ইকায়বা নংলে। ঐতা নংতনা নংস্ত নঙগী পাবুংবুস্ত মাই খুহল্লে।' চাওভলনা মানা থরগা হায়নিঙবা রাফম অদু খংহায় হেক হায়দোকপা ঙমলমদে। তপলপনা অমুক হায়থরকই, 'হুজিক্তি, নঙনা নিঙবা মতুং ইন্না লুহোংবা য়ারগনি। ঐস্তু ইচাগী ইমৌ থিবা য়াওগনি। ইকাইবা খঙত্রবী ইচা স্তুপী অদুগী মমাঙদা চাওনা লুহোংগনি। কমল! নঙনা লাকলিবা অসি নঙগী নরাল শৈতে হায়ননবগীদমক লাকপরা?' হায়রমলগা চাওভল মমাই শৈথোক্লুনা শৈখি।

কমলস্তু তুমিন্না অদুমক লেপ্তুনা শৈরমই। করিগুম্বা অমতা ঙাঙথোকপা ঙমখিদে। কমলনা তানিংবা মওঙগী রা ঙাক্তা তাবা ফংলমই। অদুবু স্তুঙাইবগী রাখলদি করিমতা লাকলমদে। চাওভলগী রারিবা অসিগী মরমদি কমলনি হায়বসি চাওভলনা খঙবা ঙমখিদে। কনানা মঙোন্দা হায়ত্রবস্তু রাফম অসি চাওভলনা খঙঞবদি স্তুঙাইগনিদকো হায়না কমলনা থল্লমই। কমল চংথোকখিবস্তু ঙমদরে। হান্নগুম রা অমতা ঙাঙদনা স্তুংগী মুর্ত্তিগুম্না তুমিন্না লেপতুনা শৈখিরমই।

মশম নিংথিনা হাৎত্রবী স্তুপী মচা অমা চেক্কী ছিড়ি মথং মথং কাথংলকই। চাওভলগী মনাক য়ৌরকলমই। মাহাক সখীনি। মখোয় অনিমক ইঙক ঙকলমই। সখীনা মমাই লুক্লা হায়রকই, "স্তুপা অদু তরানিমুক্কী মমাঙদা অতোপ্পা স্তুপী অমা পুদুনা লাকলে। ঐ শৈরবদি মখোয়গী লুহোংবা য়ানদ্রে হায়দুনা ঐবু ময়াম চঙদুনা তানথোকলকলবনি। ঐনা কপতুনা হায়জবা, তাবীনবা য়াওদে। উপাই অমা শৈত্রবনি। ঐবু নচা ওইনা লৌশিনবদা তুকচবা পোকলবস্তু মীনাই অমগুম থম্বীয়ু।'

চাওভল মমিংতগী মপি শিঙ্গরক্লে, হায়রকই, 'সখী! নঙদি নপাগী মক্কমদা অরানবা চংলবী মচানি.........।'

মপানা হায়বা মরক থংলদুনা সখীনা কপনা কপনা হায়রকই, 'পাবুং ঐদি লানজদবীনি; ঐবু রা ঙাঙহনবীরগস্তু......।'

'মহুদা ঐনা থাজনবগী থুদমদি ?' চাওভলনা হায়রকই। সখী অদো তুমিন্না লৈখয়ে। ভাইংথক্তি উন-ন্নাই মুক চিকখ্রে। মরক অহুদা কমলনা সখীগী মনাকলোমদা চঙশল্লপ তৌরমই। চাওক্তলদা য়েংলহুনা, হায়রকই, 'থাজনবা থুদমদি ঐনা সখীবু পুন্সী সিমগীদমক ঐগী হুপী ওইনা ঐগী নাক্তা থমগনি।'

---

# চষ্থমনবা

পরিক্ষা হুমনি চনবা হুমীৎতনি। হেক লোইবগা অতৈ লমকৈ চৎলুদ্রে। দেবেন্দ্র হোসতেলদা হল্লক্লুনা ডাহহাক্তুং হিপতুনা পোথারমই। পোথারিঙৈদা মপানদা মী অমনা কৌথোকলমই। টেলিগ্রামগী চে অমা দেবেন্দ্রদা পীরমই। থুনা কাক্তোক্লুনা পাই। মরোলদি দেবেন্দ্রগী ময়াম্বগী লুহোংবা হুমীৎ তাকলকপনি। দেবেন্দ্রবুসু লুহোংবা নংঙনবা হায়রকই।

বি, এস, সিগী অহুমশুবা চহীগী পরিক্ষানি। অতুগা মরককি পরিক্ষা কয়া অতুদসু দেবেন্দ্রদি অতুম ফনা তৌথি। অতুনা পরিক্ষা লোইনা য়াওদ্রবসু মরিশুবা চহীদা হেক্তো পুখৎপিরকপসু য়াই। অতুনা পরিক্ষা লোইনা য়াওদনা য়ুমদা থোকগ্রগে খনলি। পরিক্ষা লোইবা হুমীৎকি নোং হেক ডানবদা এরোপ্লেননা চৎলবদি লুহোংবা হুমীৎ অতুমক্কি হুমীৎ য়ুংত্রিঙৈগী মমাংদা থুংগনি। অতুদগীদি য়েৎনখোৎনবা অমুক থোক্তনবা হায়তুনা পরিক্ষা লোইবা ফাওবা য়াওবদা লেপথরে।

পরিক্ষা লোইবগী নোংডানবা হুমীৎনি। ঙরাংদগী ফনা কম্না হোৎ নরকপনি। হুমীৎ অসিগী টিকেট ফঙবা ঙমখিদ্রে। দেবেন্দ্রগী মপুক্লীংদা য়ামনা হুডাইতবা পোকখি। হুংশিরবা অমতা ঙাইজরবা ময়াম্বগী লুহোংবা য়াওদ্রেকো হায়বসিগীনি।

কনাগুম্বা যাত্রিক অমতংনা দেবেন্দ্রনা নিঙজরিবা অতু খঙবীহুনা মানা কোম্বহৌরগা দেবেন্দ্রবু ইম্ফাল য়োৎহনবীরবদি হায়না খল্লি। অশি—অনা মক্কি থৌদোকমক ওইরমলবদি দেবেন্দ্রনসু ইকোং কোংনা কনাগুম্বা অমদা হেক্তা হায়জবসু ঙমলমবা য়াই; নত্রগা হায়জরুবা তৌদনা খঙদা খঙহনবা ফাওবদা থৌজানবীরকপা য়াই। অতুমক্তি থোক্তবনা দেবেন্দ্র হোসতেল-লোমদা হনতুনা চৎখি।

মথংগী হুমীৎতদি অকায়বা অমতা লৈখিদ্রে। মতৈমা অনৌবী-

গীদমক্তা ভ্রাক্কা অমসুং বেদনা হয়াউনা য়োমহ্নুনা পুজেমলি। মনাওবু লাই-রিক তমহন্নবগীদমক্তা রাববু রাবা ওইনা খনভ্রবা ময়াম্বা লুহোংলমলগনি খনবদা ঙমখৈ লৈতবা হুণ্ডাইবা পোকলমই। হুণ্ডাইমনখিবনা মথন্তা ফুক লাওনা হৌগৎপগুম ফাওবা তৌই। এরোপ্লেন তোংনা তোংনা রাখলগী অরোইবা লৈতে। য়াম্না ফজবী হুপী অমবু মতৈমা ওইজনিঙবা দেবেন-ভ্রনি। মতৈমা অহু মশক মতৌ য়াম্না ফজবী হুপী শোইদনা ওইরমগনি খল্লবদা অমুকহু হেন্না হুণ্ডাইবা পোকই।

খঙহৌদনা দেবেন্দ্রগী রাখল অমুক ওনখি। চহীসু নিফু হেল্লবা, মশকসু থীখরবা, লাইরিকসু য়াম্না হৈবা নৎতবা ময়াম্বা অহুনা করম্না মশক মতৌ ফজবী হুপী ফংলমগনি? মথং অতোপ্পা নিঙবা কায়বগী রাখল অমদা অমুক লাকখি। হুপী থিরবদি হুপী অহুগী মন্না লৌখিহ্নুনা, হুপী অহুগী পেন্নবা হোৎনবদা মনাওবু হুংশিবা রাৎলকভ্রা অমসুং মাগী লাইরিক তমথবগী লম্বীদা অপনবা লাকভ্রা অসিনি।

অসুম খন্না খন্না লাকপনা ইম্ফালগী এরোড্রম য়ৌথিবা খঙহৌদে। য়ুম য়ৌরকলে। ইরুজথোকলে। লাংতক্লবা রাখল কোকত্রি। ইরুজবা লোইরবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা ঙরাংতা লাক্লিবা মতৈমগী শকফম উবা ফংখি। কুচু পাল্লবী চহি তরাতরেৎতা ঙাইরিবী চঙখোল্লবী হুপীনি হায়বা খঙখি। মহাকনা ঙহাকসু ওন্ননা খল্লবা রাখল অহু অরানবনি খনবদা খঙহৌদবা হুণ্ডাইবা অমা পোকখি।

অমুক হুণ্ডাইতবা রাখলদা লাকখি। অসুক ফজবী নৌরিবী হুপী অসিনা ময়াম্ববু লুনা তৌনিংবা অমসুং পেলহন্নিংবা রাখল পোকনি হায়বা থাজদে। অহুগী মথক্তা মতৈমা অহুগী ওইনা খনবদসু হুণ্ডাইতবা পোক-লমই। মাগী মরাইবক অসিসু থিগ্রবা হায়বহ্নুনিকো! অসুক নৌরিবী ফজরবী মহাক্না অহল অসুক ওইরবা হুপা অমদা ময়ুম পাল্লবনিকো! ময়াম্বগীদমক্তা খল্লগা হুপী অহু অফবা হুপা অমা ওইনা ইংনা লৈহন্নিংই। হুপী অহুগীদমক্তা খল্লরগা হুপী মচা অসিবু লৌরুবগীদমক ময়াম্বা অহুবু দোষ তৌনিংলমই। দেবেন্দ্রনা মতৈমগী মরমদা রাখল অমা নত্রগা অমা তৌবা লেপলমদে। অহুগা মতৈমগী মওং মতৌসু মুন্না য়েংলমই।

মাগী তৌগদবা মথৌ কায়দনা তৌবা, অয়ুক ফুংখিলদা ফৌশুব-মচিংবা অম্বাবা থবক তৌবগীসু না য়ামদবা মতৌ উবদা ফুঙ্গাইবা পোক-লমই। মাগী মতৌ য়েংলগা 'ইতৈমা! নঙ মায়রিগনি' হায়না দেবেন্দ্রনা অম্বাবা শকক থনা য়াবীরুবা মত্তাংদসু মতৈমনা 'মাদেদা' হায়দুনা হরাওনা থুমই। মলিশিংসি উরগা, তারগা অক্ববী মুপী অমা ওইনা লৈরোইদ্রা মতম্বীদমকসু দেবেন্দ্রনা মশা মথন্তবু নিন্দা তৌজে।

নুহোংবা তরেৎনিশুবা ফুমীৎনি। দেবেন্দ্র অদু মশা হায়জেৎ লমলমদে। নিজিংদি ফুমিদাংবাইরম কোইথোকপা হেক চৎপনি। অদুবু ফুমীৎ অসিদি চৎথোকলমদে। মাঙ্গোন্দা মুম চৎতুনা লৈরমই। মতৈমনা থুপ থাবা লোইরমলগা মাগী কাদা তুমিন্না চঙখি। হিকপগী মখোল অমা দেবেন্দ্রনা তাবা ফংখি। মপূক্লীংদা থুকলাওবা অমা পোকপগা লোইননা দেবেন্দ্রনা মতৈমগী কা অদোমদা চঙখিরমই। খুদাগী মোন অদুদা মমাই অদু য়ৈশিল্লহনা হিক্লা হিক্লা কপতুনা লৈবা অদু উরমই। মা মচেৎ অমা কাওবা ঙাঙদনা দেবেন্দ্রনা মতৈমগী মনাক্তা ফনা ফুইনা লেপতুনা লৈরমই মতৈমনা মদু শঙখিদে। হান্না থল্লম্বা অতনা চুমগদোরিব্রা হায়না থন্না থন্না দেবেন্দ্র মপান থোরকলে। উথোকতেন্দা ঙাহনা লেপলমই। মাগী মাখলদা চম্মমনবা অমা পোকলকলে।

চাক থেঙলগনি হায়না দেবেন্দ্রগী মমানা মমৌ মুপীবু কৌরক-লমই। করিমতা পনবা তৌদনা মতৈমা অদু চাকশংলোমদা চঙখি। চাক থোংবা লোইখি। উথোক্তেন্দা ঙাহনা মঙ মঙলিবা দেবেন্দ্রদা 'ইবুঙো! চাক লোইরে, চাথোকউরো' হায়রকখি। দেবেন্দ্রদা ইথং থংনা থোকখি। মমানা মতৈমবু কৌথিবা অদু হুজিক্তা ওইরবোই নিঙলুই।

দেবেন্দ্র চাক চানা চানা মতৈমগী মওং লোন্না য়ান্না মুন্না য়েং-লমই। মতম থর অসি মতৈমনা য়ান্না পেনথোক্লা লৈবগুম উরুবদু দেবেন-দ্রনা লাক্লে হায়না থল্লকখি। তশেংনমক নিঙবা কায়বা মাখল অমগী মখি তনোরবী মাইথোং অদুদা তাবা অদু দেবেন্দ্রনা উরকলে।

মতৈমনা ওইরিবা মওং অদু উরুবদা মমাম্বগী নিঙবা থুংলোইদবা মাখলনে, মতৈমগী নিঙবা কায়বগী মাখলনে অনিমক অসিনা দেবেন্দ্রগী

অরাবা ওইখিবনা অহিং অত্থু তূম্বা ঙমখিদে।

নোং ঙাম্লে। 'ইথা থাজদনা কনা নিংথিনবু লৈদা' হায়না লৈ-কায়না ঙাঙনবা দেবেন্দ্রগী মনামকনা তাখিবা অত্থ দেবেন্দ্রনা নিংশিংই। তাবা থূদক্তা ঙাঙনরিবত্থু অচুম্বনি হায়না মানা থনথীবত্থুস্থু নিংশিংই। ইনৌ নৌনা উরিবা মওং অসিগী মতুং ইল্লবদি হায়নরিবা অত্থু চুমদবনি। হায়নবা অত্থবু থাজরুরিবা অপুম্ববস্থ চুমদবা ওইবা তারে। করম্বা অচুম্বনো হায়বত্থু দেবেন্দ্রনা য়াম্না খঙনিঙলমই।

তুমীৎ অসিদগী মতৈমগী খোংথাং অত্থু হেম্না মুম্না য়েংবা হৌরক্লে। মহৌশাগুমনা মাগী তৌগদবা মথৌ অমতা কায়বা লৈতে। তশেংবদি থা চীকত্তুনা থাঙগে হায়বগী রাখল অমগা লোইনবগুমই। য়ুম অসিদা লৈবদা পেন্দ্রমাল্লে হায়না ঙাইহাক থল্লরবস্থ লৈকায়না ঙাঙনবা 'ফনত্থম হরাওনা লৈদা' হায়বা রাঙাং অত্থুদা থাজরুবা রাখলস্থ হেক হেক লাকই। 'মশক অস্থক থীথরবা, অহলস্থ ওইরবা তুপা অসিদা লৈবদা ইতৈমনা করিগী অস্থক তুঙাইনা লৈরিবনো' হায়না দেবেন্দ্রনা হংনিংলমই।

তুমীৎ অত্থুগী তুংদাংরাই অত্থু ঙাইহাকস্থ কোইথোক্লিংবনি। অত্থবু মতৈমদা রা থরদং হংলগে থনবদগী চৎথোক্তরে। ধুপ থাওমৈ থাবা লোই-রবা মতুংনি। মতৈমা অত্থুনা চঙখিবা মতুং মিনিট অহুম মরি লৈরগা দেবেন্দ্রস্থ মতৈমগী কারোমদা চঙখি। মমীৎতগী মপি চত্থম চত্থম শিন্থনা মথুৎতা পায়রিবা পোৎ অত্থুদা মুম্না য়েংত্থনা লৈরম্বত্থু দেবেন্দ্রনা উরমই। মপূক্লীংদা তুজুংবা পোকলমই। ইথং থংনা 'ইতৈমা' হায়না কোরমই।

মথুৎতা পায়রিবা অত্থু কি মত্থুংদা লোৎশিল্লগা মথুৎ নামনা তারকলিবা মপি অত্থু তৈথোক্লগা থুম্বা ঙমদনা করিনো হায়না হংবগুম্না মনাও তুপাগী মমাইদা তীঙকননা য়েংত্থনা লৈখি।

'য়াম্না হরাও হরাওনা লৈ হায়না ইতৈমবু লৈকায়না ঙাঙনৈ। ঐস্থ মত্থম্না থনবদা তুঙাইবা পোকলুরে। অত্থবু ঐখোয়না থাজরুরীবসি অরানবা তারবরা—' দেবেন্দ্রনা হায়রকই।

'ঐনা করিদা তুঙাইতনা লৈরবগেনে ইবুংঙো!' হায়না দেবেন্দ্রনা খঙথিগত্রা হায়বগী কিবগা লোইননা মতৈমা অত্থুনা খুমলকই।

'ইতৈমা ! ঐসু য়াম্না থল্লমলিবনি। অঙাং ওইরিবী ইতৈমনা ঐগী ইয়াম্বসিদা মতৌ করম্না লৈনিংঙফম থোকপগে হায়না খনবা ৱাখল অসিনা ঐবু য়াম্না ওৎলবনি। ইতৈমগীদমক্তা খনবদা ঐঙোন্দা অৱাবা ওইরবনি। ইতৈমগী অনীঙবা অমদি লৈ হায়না ঐনা লৌই। ইতৈমনা নিঙবথু ঐঙোন্দদি শেংনা হায়বীয়ু। ঐনা ইতৈমগী নতেং শোইদনা পাংগনি' দেবেন্দ্রনা হায়রকই।

হুপী ওইবী অমগী অথুপ্পা থরা লৈরবদি মপুরোইবা অহুগী মনাও হুপাগী মফমদদি য়াম্না হেন্না থুপনিংঙফম থোকই। কিবা পোকফম থোকই। অহুবু মনাও হুপাগী অথোৎপা ৱাঙাং অমদি মতৈমা অহুগী মীচং ওইবিরগী ৱাখল অহুদা দেবেন্দ্রগী মফমদা ফোঙদোকপা কিবগী ৱাখল অহুময়েং অসুম তাথরক্লম্ই।

'ইতৈমা! নঙনা নিঙবথু চিংনদনা ঐঙোন্দা হায়য়ুনে। মহু থুংহন্নবগীদমক হোৎনবদা ঐঙোন্দা করিমত্তা চিংনবা অমদি অৱাবা লৈরোই' দেবেন্দ্রনা মখা অমুক হায়রকই।

'ইবুংঙো! ঐঙোন্দা পীয়ু! ঐঙোন্দা হু পীবু! ঐগী অইংবদি মহুদা লৈরগনি' মতৈমনা মখোল নিক্লা নিক্লা মনাও হুপাগী মফমদা হায়জরকই।

দেবেন্দ্রনা অৱাবগী হুংশাসোর মপীগা লোয়ননা হায়রকই— 'ইতৈমা! মহুতদি হায়বীগনু! নঙনা নিঙবা থুংদনা লৈবহু য়েংবফাওবদা ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওইরবদা নঙনা অহুম হায়জিল্লকলবদি? অহুগীসু মথক্তা পোৎশক অহুবু ঐগী ইথুৎমক্তা ইতৈমদা পীবা? মহুতদি হায়বীগনু ইতৈমা!'

'মহুদগী হেন্না পাম্বা অমা ঐগী লৈত্রে। নঙনা ঐবু হুংশিরবদি চিংনদনা ইতৈমদা থিহুনা পীয়ু!' মতৈমনা হায়রকই!

'ইতৈমা! নঙগী ৱাখল্লা মসি ফাওবা য়োরবদি করিগীদমক্তা, করম তৌনা ঐগী ইয়াম্বা অসিদা লুহোংলকলিবনো?' দেবেন্দ্রনা হায়রকই

মতৈমা অহু মাগী থরাই শোকলকপা ৱাখলনে, দেবেন্দ্রনা মাবু হুংশিবীবগী ৱাঙাঙনে অনি অসিনা মনাও হুপা ওইবগী হঙোইবা ৱাখল

অহু য়াঙখরে। মমাংগী হৌগ্রবা থৌদোকশিং অহু লোইনা মনাও হুপাগী মফমদা খঙহল্লগে হায়না য়পূক্লীংদা লেপখরে।

(২)

থোকখিবা থৌদোক্তি মসিদা লৈরে। হুপী অসিগী চান্নরবা মরুপ অমা লৈ। মরুপ অহুদা মাগী থরাই কৎথোকগ্রবনি। হুপা অহুনস্থু হুপী অসিবু তরাইনা খনখিদ্রবনি। মানা হিংলিবসে হুপী অসিগীদমক্তনি হায়না খনগ্রবনি।

নোংমদি হুপা অসিগা হুপী অসিগা লেপমীন্নহনা অরোইবা য়া ভাংনখি। পুন্সী সিমগী থাদোকনরোই হায়বগী য়াকমনি। য়ৈথায়বা হায়বা অসি লৈরমদ্রবদি হুপা অসিগা হুপী অসিগবু কনা অমতনস্থু তোপ্পা তোপ্পা উরমলোইদবনি। অহুবু য়ৈথায়বগী পাঙ্গলদি হায়নিঙাই লৈতনা কল্লি।
'অয়ুক চারগা হুমিদাং হেনবা হুপা অসিদবু করম হায়না নঙনা লৈগদৌরিবনো' হুপা অহুবু খীনা হায়রমলগা মচাহুপীবু চিংহনা পুখি। হুপী অহুনস্থু করিমত্তা হায়দোকপা ঙমখিদে। মমাগী মতুং ইন্দুনা চৎখি। হুপা অহুস্থু মচীন মরৈ কল্লবগুম ফুম্বংননা লেপতুনা লৈহৌই।

হুপা অহুগী থম্মোয়দা শাওনিংবা পোকখি। কনানস্থু মমা মপা ওইবশিংনা হুংশিরবা মচাশিংবু অনংবা ইমুংদা থাজ-য়োনজহনা য়াহন্নিংফম থোকতে। মাস্থু অহু মঙাই, মাগী মচন-মচা লৈরন্নবদি লাইরবা ইমুংদা, লাইরবা হুপা অমদা থাজনিংঙমদবা য়াই হায়না থল্লহনা মাগী অশাওবনা মাংওইনরবা থম্মোই অহু থেমজিনজখি। মানা হুংশিজবা হুপী অহুগী অপোকপীদা শাওনিংবা অহু য়ারোবরোমদা ওনখি।

হুপা ওইবগী ব্রজগুম্বা য়াখল অহু মাঙখিবদি নংতে। ভাকপীহৈনগী খুদম অমতংবু চুমনা ঔরাইজবগী য়াতনি। লাইরনা পোকলমবগীদমক মথন্তবু দোষ ত্তৌজদে। মফম অসি থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎখরগে হায়বসিমদি হুপা অসিগী অরেপ্পা য়াখল ওইখি। অহুবু মফম অসি থাদোক্তুনা চৎত্রিঙৈগী মমাংদা থরায়গা মান্নরবী মাগী মরুপ অহুদগী বিদাই লৌখিবতংদি পামলমই।

মোঙ্গী মোংয়াই মতুং পুং অমরোম তাবা মতমনি। মুপা অতুনা মুপী অতুগী ময়ুমদা লাকখি। অরোনবা খুদম অমনা মাহাক লাকই হায়বা মুপী অতুদা খওহনবা ওমখি। মুপী অতু মপান থোরকখি। দারি মপান্দা লেপলিবা মুপা অতুগী মনাক্তা নকশিন্দুনা হায়রকই, 'ইমানা হায়বা রাঙাং অতুদা নঙ য়াম্না শাওরবা তারে। হায়জবা শাবা হায়বতনি। অতুদা শাওবিরুগনু।'

'নঙগী ফননবা, মুঙাইনবা হায়রিবনি। নঙগীদমক্তা ফননবা খন্দুনা রা ওাংবা মীবু ঐনা করম্না শাওরুগনি' মুপা অতুনা খুমলকই।

পাওথুম অসিদা রারোবগী মওং য়াওরিবা অতু মুপী অতুগী থম্মোইদা ফাওখি। অমুক্তা হেন্না মনাক্তা চওশিনখি। থোংলবা মুংশাম্বর মপীনা মরুপপু থেমজিনজখি।

তপথবা ওমত্রবা মুপা অতুনা হায়রকই, 'মতম কুইনগীদমক্তা লমদম অসি থাদোক্নুনা চৎথুগে হায়না পুক্নীংদা লেপলবনি। খোংশান্দ্রিদৈওদা নঙবু অমুকদি উন্নরম্নগে হায়না ইকাইবা থাদোক্নুনা লাক্রবনি। নঙগী ইমানা ঐঙোন্দা মুংশিদবা পোকপদি ঐনা নঙবু মুংশিরুবা অসিগী মরম্নি। ঐ নঙবু মুংশিদ্রবনি। অতুনা হুজিক্তি, ঐবু মুংশিবীবা য়ারে হায়না নঙগী ইমাদা তম্বিয়ু।'

খুম্ফম খওজদ্রবী মুপামচা অতুনা মমায় লুকথনা মমীৎতগী মপি শিন্থরি। পাখও অতুসু মাগী চান্নবিদগী বিদায় লৌবনি হায়তুনা লাকলবনি। মানা হায়নিংবা রা অতুসু হায়রবনি। অতবু করিগী মমায় লৈতুনা চৎখিবা ওমদে? হান্নদগী নাক্তা নকশিন্নকলবী মুপী মচা অতুদা অমুক্তা হেন্নতুম নকশিনখিরমই। 'মতম অসি য়ান্না থেংলবনি, ইমুংদা চঙলো' হায়না মুপা অতুনা মুপী অতুবু ইম্থোকলপ ভৌরমই।

'ঐনা নঙবু কয়াগী মতিক মুংশিবা হায়বতু নঙনা খঙবীবা ওমদ্রে মতুগী খুদম ঐহাক উৎপা ওমগ । ঐ ইমুংদা অমুক চঙলরোই। ওসিমক, হুজিকমক নঙগী নতুং ইন্দুনা ঐসু চৎলগনি' হায়না অহীকপা খোনজেল্লা হায়রকই।

রাহৈ অসি তাবদা মুপা অতুগী থম্মোয়দা খাইদগী মুঙাইবা অমা

ফাওরমই। অহু য়োনা মানা লুনা নিঙজরবা হুপী অহুগী থম্মোয়দগী থো-রকপা অহুগুম্বা অপেনবা রাহৈ অহু তারবদা করিগী থবক অহুমক পাঙ-থোকপা ঙমখিদ্রিবা? হুপী অহুগী মমা ওইবীনা হায়খিবা, লাইরববু কল্লকপেনবগী মওং ওইনা ইকাইবা পীখিবা রাফম অহু নিংশিংলুবদা নিঙবা থুংদ্রবা পুন্সী অমবুনা হেন্না কল্লকখি।

হুপা অহুগী মপুক্লীংদা ফাওরিবা অপেনবা অহু কনা লোংনিঙহনসু লোৎপা ঙমখিদে। হুপী মচা অহুগী থম্মোয়না মহু পুম্বা উবা ঙমখি। অহুবু 'করে, মাঙ থাররো' হায়বা পাওথুম মক্তি তাবা ফঙখিদ্রে। হুপা অহুনা 'ঙসিদি হান্ননা শেম শাবা হায়বহু থোকখিদ্রে; নোংমা শোয়দনা লাকনি, হুমীৎ অহুদনি নঙগা ঐগা অমত্তা ওইগদবা' হায়না থেমজিল্লহুনা হুপী মচা অহুবু থোংজোল য়োনা থিনজিনবীরমই। ইমুং য়োনা চঙখরে খঙলবদা হুপা অহু মমায় লৈথোরকখি। মানা হুংশিজবা মরুপকি অপোকপী মমাগী অপেনবা ওইরসহু হায়বা থোংথাঙনা মাঙদা থা, পুন্সী অসিমা মরুপ কায়নবগী অরাবা নংলগনি হায়না থল্লবদগী শোম্বরবা থোঙথাঙনা তুংদা থং মৈত্তৈ লৈবাক তুংওইনখি।

নোংমা লাকনি হায়বা রাহৈ অহুতবু নোংমা ফাওবা কাওবা ঙমজ্র-দ্রবী হুপী মচানি। নোংমা কয়ামুক ঙাইজয়রক্লবী হুপী মচা অহুগী মনা-কোংদসু পাও অহু য়োখি। হেক তাবা খুদক্তা পুক্লীংদা অথুকপা অমা ফাওরবসু হুকলাক লাক্লরোই হায়নদি চিংনবা ঙমখিদে। হুপী মচা অহুনা থাজথী—নোংমদি রারবী মাগী নাক্তা লাকখিগনি।

হুপী মচা অসিনা থাজবা পোকলিবা অসে থাজগনবী হুপী অমা ওইবগী হেক্তা থাজরুবা নৎতে। হুংশিবনা শুমহৎলবী, মানা থুপনা ইরাৎ-চরিবা মরুপ অহুগী অশেংবা রাথল, অশেংবা থম্মোই থঙজবী হুপী অমা ওইবননি।

চহী অমা হৌজিনথরে। নোংমা লাকনি হায়বা রাহৈ অহুতবু নিংশিংহুনা মতম লেনজরি। শাংথরবা মতম অসিগী মনুংদা খুদোংথীবা ইথেং থেংনদবদি নৎতে। মশক মত্তৌ চঙথোল্লবী, মবুক তপ্লবী, মরম ওক-লবী হুপীমচা অমবু কনানসু মচা-মমৌ ওইনিঙলোই! হায়বা লাকপনা

নোংমা কাংবা নংত্তে। ইনাক থুনবানা কয়ানি। লাইরিক হৈবা কয়াগীসু মশীং রাৎপা নংদ্রে। মশক মতৌ ফজবা কয়াগী মশীংসু লাকওমদে। অহুবু মুপীমচা অসিগী মত লৌরকপগী মতাঙদদি পূন্নমক অহু অরেম্বা ঙাক-ওইখি।

কাং হুমীৎনি। হুমিদাংরাইগী মতমনি। মুপীমচা ওইবগী অহাঙবা হুঙাইবা রাখন্দা তাওরুই—লুহোংগনি। মরুপ মপাং ময়াম তিল্লগনি। হরাও তয়াম্বগী রারী ঙাক্তা তাহল্লগনি। অনৌবা ফিজেৎ। শামু মথক্তা হাইনা হুমনা চংকনি। মী পুম্নমকনা য়েংনগনি। অনৌবা যুম, অনৌবা কা অনৌবা রাথল। অনৌবগী অনৌবা ঙাক্তা থুনমক হরাওনা ফিজেৎ লৈতেংখরে। নকনবদা লৈবা মাওবতা থুনা য়াংনা চংখি। তথকপা মীৎ-য়েংনা মাইগৈ শুনা য়েংখি।

অহুবু মাগী চান্নবা মরুপতি কদাইদসু উবা ফঙদ্রে। মাগী থম্মোয়না ইনশিল্লবা মীৎকী হোৎনজমল অরেম্বদা তাখরে। মহোশাগুম্বা ওইরবদি অসিগুম্বা কুম্মৈ-ফিয়োং থোকপা মতমদা মাগী চান্নরবা মরুপনা হান্না লৈরমগনি। অহানবা মীৎয়েংদা থেংনগনি। পেল্লবা থম্মোয়গা লোইননা, লৈতানা কুম্মৈগী হুঙাইবা য়েংগনি।

মীরৈবাক্তা লৈথরবা মরুপ অহুবু মফম অহুদা করম্না উবা ফংগ-নি? 'কদোহুংদসু লাক্ররোই' হায়না মুপীমচা অহুনা মমীৎ হম্বনা মপুক-নীংদা থনথখি। মফম অহুদা অমুক পন্থবা তৌথিদ্রে। ময়ুম মাইগৈ পাংখরে।

মতম থরগী মতুংনি। অঙাওবীগুম্নবী মচাগী মতৌ য়েংবদা থোই-দোক্লা রাজরবী মমানা হায়খি, 'ইবেম্মা! করিগীনো নঙনা অসুক হুংগুক-হুংজাননা লেপ্লীবা?' মমাগী রা তাবদা মুপীমচা অহুনা খুমলকই, 'ঐনা হুংগুক হুংজাননা লেনবা অসিবু ইমানা য়েংনিংদ্রবরনে?' হিক্লা হিক্লা কপলবী মমাগী মফমদা মথা অমুক্তা তারকই, 'থীনা হায়বতা হৈরবী ইমানা ঙসিদী নচানি হায়হুনা ঐঙোন্দা ফজবা রাহৈ শীজীন্নবীরে।'

মচাগীদমক্তা রাজরবী মমানা মচামুপীগী রারোবা রাঙাংবু তরাইনা থনবা ওমলক্রে, হায়রকই, ইবেম্মা! ইমানা হায়বসি অমুকতদি

ইল্লু কদোগে ? নঙনা কন্না-মন্না য়াদত্তনা ইমাবু মান্ন পীইনবসি তৌরগন্থু ! ইমানা তৌবা থবক্তা ননীং থুংদবা কন্না থোকপ্রবস্থু মতু পুন্বা কাওথোক-থরো !' মচানুপীনা করিনতা থুমদনা তুরীন্না নৈথ্রবদা মমানা অমুক্তা হায়রকই, 'ঐনা নঙোন্দা করিমতা য়েৎপা তৌরবোই'। নঙনা নিঙবা মতুং ইন্না তৌবদা ইমানা থিংবা তৌথ্ররোই।'

অসুম্বা রাহৈ অসি মতম থরগী মমাঙদা ভাইল্লম্বা ওইরবদি কন্নাগী মতিক হন্নওজগবা ! অত্তুবু পূন্নবক ওইথোক্ত্রবা মতমদা ঙসিদি রাঙাং অতু তাবা ফংলে। চুজিক্তি অরেম্বা ওইরকনি হায়না থনবগা লোয়ননা মমাগী থোৎথরক্রবা থম্মোইগী রাঙাং তাবদা মমাগী মফমদা রারোরম্বা রাখল অতুদি মাঙথরে। অত্তুগা লোয়ননা নীংঙমদবা রাখলদি অহোইননা হেনগৎলি।

রারবী মমানা কপলত্তনা হায়রকই, 'মচাগী লুহোংবা হায়বতু ইমাবু অমুক্তদি উহল্লুনে ! কৈদোবগে, ঐনা হায়বসি অমুক্তদি ইল্লুগবা !' মমাগী রাঙাং তাবদা অমদি অরাবা উবদা মচা নুপীগী পুক্নীংদা অন্নাবা পোকথি। হৌথিবগীনা হৌখরে। ফবা ফৎতবগী রা থন্নদনা হেক হায়রবা লাকপা নুপা অমদা লুহোংত্তনা অপোকপী মমাবু পেলহল্লগে হায়না থনথ্রে অত্তুগুম্বা নুপা অত্তুবু মাগী থরাইমকনি থনগ্রবা মরূপ অত্তুমকনি হায়না থন্দুনা সেবা তৌরগে হায়না মপুক্নীংদা চপ য়ুংনা লেপথ্রে।

মচাগী অসিগুম্বা হায়বা ইনগদোবগী মওং উরকলবদা হরাওখিবনা মচাগী মফমদা হন্না হন্না ফোংদোক্তবা আশীর্বাদ পীথি। মতম শাংনা নোকপা ফংজরক্ত্রবী মমাত্থু নোকচবা ঙমথি। নুপী মচা অসিনা অসি-গুম্বা লেপথ্রবা রাখলগী মতুং ইন্না করিমতা থন্নবা তৌদনা দেবেন্দ্রগী ময়াম্বদা লুহোংবা য়াখিবনি।

(৩)

দেবেন্দ্র মনিপুরদা থরদং শাংথনা লৈথিগে থন্নম্বনি। অত্তুবু অঙৈ-ম্নবা মহাক্কী করিমতা অথাকপা থমহৌদনা কোংদোকলবা থোদোকশিং

অহু খঙহনবদগীদি য়াম্না থুনা মনিপুর থাদোক্লগে খনখ্রে। মরমদি মতৈ-মনা হায়বা অহুগুম্বা সুপা অহু দেবেন্দ্রনা য়াম্না উনিংলমই। অহুগা মতৈমগী মনাক্তসু অমুক্তং পুরকনিঙখি। মাহাকনা নিঙবা মতুং ইন্না মতৈমদা হায়-রকই, 'ইতৈমা! হু হায়বা অহুদি ঐঙোন্দা হায়গনু! মহুগী মহুৎতা সুপা অহু ঐনা খিহুনা ইতৈমগী নাক্তা শোয়দনা পুরক্কে। করিগুম্বা পুরকপা ঙমল্লগনা মঙনা পামলিবা অহু......।'

পাওথুম পীবা তৌদনা মতৈমা অহুনা য়ানিংবা উৎলমই। সুপা অহুগী মফমদা করি হায়নিঙ্গাই লৈহুনা নত্রগা করম্বা রাখল অমা খন্দুনা য়ানিংবা উৎলিবনো হায়বা অহুদী দেবেন্দ্রদসু ফোংদোকখিদ্রে অহুগা কনাগুম্বা অমগী মফমদা খঙহনবসু তৌখিদ্রে।

দেবেন্দ্রনা সুপা অহুগী মমিং-মথা, মরী মখোং লোইনা খঙজিল-লমই। চিংথদনা খঙলবা তুংদা মনিপুর থাদোকখিরমই। আসামগী মৈতৈ লৈবা খুল পুম্নমক থুংনা চৎলক্লে। অহুবু কদাইদসু থেংনখিদে। নিঙবা কায়না মাগী লৈফম গৌহাটিদা হল্লক্লনা মাগী থবক্তা পুক্নীং চঙনবা হোৎনখি।

দেবেন্দ্র খন্না খন্না মাগী মখোদা পুক্নীং চঙবা ইঙম ঙমলমদে। নোংমা গৌহাটিগী মৈতৈ থুম্নকলোমদা চৎথোকলমই। মানা পামলিবা মী অহু হংবা পোথাদ্রি। মথং মথং হংনবদগী খংলমই। মফম অহুদা ফুক্নীৎ তুহুনা লৈরিবা পাথং অহু দেবেন্দ্রনা মতম চঙনা থিরক্লিবা মী অহুমক্লি। দেবেন্দ্রনা পাখঙ অহুবু খঙনবা হোৌরমই। য়াম্না লুনা চাম্না তৌনরকই। দেবেন্দ্রনা গৌহাটিদা লৈবা চহী অহুমলোম শুরকলবনি। অহুবু মৈতৈ খুল্লক অসিদা চৎথোরকপা অনিরক্তগী হেনখিদ্রি। অহুবু সুপা অসি থেঙনবদগীদি সুমীৎ মরিনি অসি নোংমতা লেপ্তুনা মফম অসিদা লাক্লি। মরমদি সুমীৎ মরিনি অসি চুপনা মনিপুরদা অমুক্তং থোকমিম্নরুসি হায়না তকনরক্লি।

দেবেন্দ্রনা হায়রকই, 'ঙসি মরিনি গুরে, ঐনা হায়রক্লিবা! করি-গীনো মনিপুরদা থোকমীম্নহুনা ঐখোইগী য়ুমদা নোংমতা ওইরবসু চামীন থকমীম্নহুনা লৈরুসি হায়বা য়াদ্রিবা?'

ঐনস্থ মরুপতা হন্না হন্না হায়রকখিবা অহনি। ঐদি মনিপুরদা থোকচনিংদে। করি মরমগীনো হায়বহুদি ঐ হায়দোকনিংদ্রে। হুংশিবী-ররিদি মরম অহু ঐডোদ্দা অমুক হংবীরগহু।' হুপা অহুনা দেবেন্দ্রদা হায়রকই ।

হুপা অহুগী পাওখুম অহু দেবেন্দ্রগী মনিঙ থুংবা পাওখুম নংঙে। তুমিন্না হুংগুকনবা লুকখহুনা লৈখিরমই। দেবেন্দ্রগী হুডাইতবা মওং অহু স্নেংবদা হুপা অহুদস্থ ওম্মোকপা খোয়রাংবা অমা পোকলমই। মরুপ ওইবগী মওংদা অহুক হরাওনা হায়জবা রাকমদা থংকক ককথংলুবা অহুগী-দমক হুপা অহুনা মখন্তবু রারৌক্লরমই। হুপা অহুনা হায়রকই, 'মরুপ নঙনা ঐবু অসুক চানবিরিবা অসিবু করিগীনো?'

'ঐনা চুমনা মরুপনি হায়না খনজরবগী রানি। মরুপনা হুংশি-ৰৈরোই হায়বা ঐনা হান্না খনবা ঙমলমলবদি মরুপতা হায়জরমদবস্থ য়াই, দেবেন্দ্রনা হায়রকই। 'মরুপনা ঐবু অহুক চানবীবগী মওংদা লৌবীরবহুবু নোংমদি মনিপুরদা থোকলগা মরুপকি য়ুমদা হরাওনা চাক চামিন্নগনি। হায়না নোক্ল–নোক্লহুনা হুপা অহুনা পাওখুম পীরকই।

রাহৈ অসি তাবদা দেবেন্দ্রগী পুক্লীংদা ঙনথে লৈতবা হুডাইবা অমা ফাওরমই। অহুগুম্বা হুডাইবা অহুস্থ মরুপ অহুগী মফমদা ফোংদোকলমই। চংননবগী হুমীৎ মখোয় অনিমক য়ান্নখ্রে। মখোয়না লেপ্পবা হুমীৎ অহুদা অরেপ্পা পুংকম অহুদা রেলগাড়ী তোংলহুনা মনিপুররোমদা পাংলকলে।

খরা চংলবা মতুংদা দেবেন্দ্রগী রাখল অমদা অমুক ওল্লকখি। মাগা লাকমিন্নরিবা, মাগস্থ হেক থংননা ফমিন্নরিবা হুপা অহুগী মমায়দা মুন্না য়েংলমই। অহুগা খঙহৌদনা মমায় অহু অতোপ্পা মায়গৈ অমরোমদা লৈথোকলকখি। ক্লশেংনমক মানা মতম চঙনা, রানা হায়জ থেমজহুনা পুরক্লবা হুপা অহুগী শকফম উবদা দেবেন্দ্রগী মপুক্লীংদা অরাঙবা অমা পোক্লে।

দেবেন্দ্র মমীৎ পাঙনা পাঙনা মঙ মঙলকলে, 'ঐনা করিগী হুপা অসী ইতৈমগী নাক্লা পুশিন্দুনা য়ুমদা অশান্তি অমা থোকহনগনি? য়ুম পায়রবী হুপা অমগী মকমদ্রা অতোপ্পা হুপা অমগী রাখল অমুক নৌহমবগী

লম্বী ঐনা শীনগদবা ? নুপী অহৗদি অপেনবা ওইরবসু মপুরোইবা ওই-ন্নিবা নুপা অহৗনা অতোপ্পা অন্নাবা অমা হাপচিনবা ? নুপা অহৗসু অতোপ্পা নৎতে, ঐগী হেক পোকমীন্নবা ইয়াম্বনি। চুমনগী মন্নাম্বা অমা ওইবদা নৎতে,ইপা শক্লবা ইয়াম্বনি। অহৗগুম্বা মীশক অহৗগী পুক্লীংদা ঐনা অন্নাঙবা থোকহনবা ? মসিবু চুমদ্দম থোকপরা ? অহৗগা নৌরবী নুপী মচা অহৗনা করি ? অহল ওইরবা নুপা অমদা নৈহনা মপুক্ষী চুপ্পা নিঙবা থুংদনা কপহনা লেনবা অহৗ ঐনা কন্নমা য়েংহনা লৈদম থোকই ? ঐনা ইতৈমদসু ৱাশকলমই। ৱাশক অহৗবু করিগী থুগাইদম থোকই ? লাই-ন্নরবী, ৱারবী নুপী মচা অমগী নিঙবা থুংহন্দবদদা ঐগী করি পাপ লৈদম থোকই ? থোক্কে। শুকথোক থোক্কে। অহৗবু মপুক শেংদ্রবী নুপী অমগী মকমদা 'ইতৈমা' হায়না ঐনা কৌগদবা ? হুম ! ঐনা ঙমদম থোক্কে ঐ শুকঙম ঙমলোই।' মমৈথঙদদি নুপা অহৗবু মমুমদা পুশিন্দুনা শুকচঙ চঙলোই হায়না মপুক্লীংদা চপ চানা লেপখি।

ৱাখল মণ্ডল কয়া অসিনা দেবেন্দ্রবু ৱামনা নৈরবনি। অশুম চৎনা চৎনা দিমাপুর য়ৌরক্লে। রেল গাড়ীদগী কুমথরে। দেবেন্দ্রনা নুপা অহৗদা হায়রকই, 'মরূপ ! ওন্থোকপা হায়বহৗনি ! মথঙগী হেক দংবা ত্রেন অমদা ঐখোয় গৌহাটিদা অমুক হন্দবা য়াদবা থবক অমা লৈরে। মনিপুর থো-ন্নকপনি হায়রগা মনিপুর য়ৌদনা হনবা তারে। মরূপনা য়াম্না ৱারৌরগদ্রা ?'

নুপা অহৗনা হায়রকই, 'মরূপ ! ঐনা মনিপুরদা থোক্কনা মরূপকি য়ুমদা চাক অমুক্তং চামীন্নসি হায়বা অহৗদা ঐ য়াদবা য়াদ্রহৗনা য়াখিবনি। মনিপুর য়ৌদনা সিদগী হল্লসি হায়বা অসিদি ঐহাক য়াম্না নুঙাইজরবনি। মসিদি অমরোমদা অরায়বা ৱাফমনি। মরূপকি শকদম অসী য়াম্না মক-শিন্না, নুঙাইতনা উই। করি মরমগীনো হায়বহৗতবু ঐনা হায়বা ঙমদ্রে। করম্বা নিঙবা থুংদবা লৈরবগে ? মহৗতদি ঐঙোন্দা শেংনা হায়দোকপিয়ু। ঐগী পুক্লীংদা নুঙাইতবা অমদি পোকই। মহৗদী মরূপকী পুক্লীং অসি য়াম্না লৈতাদনা উবা অসিনি।'

'থোইদোকপা নুঙাইতবা লৈতেদা ! গৌহাটিদা হন্দবা য়াদবা থবক অহৗঙগী থল্লবনি' হায়রহৗনা দেবেন্দ্রনা মাগী মরূপ অহৗবু কোনশিল্লমই।

মাগী চম্প্রমনরবা পল্লেপকম খঙত্রবা রাখল অহুবু নোকপনা লোৎশিন্নবা হোৎনরমই।

মথংগী হেক ফংবা রেল গাড়ী অমদা দেবেন্দ্রনা মাগী মরুপ অহুগা লোয়ননা গৌহাটিরোমদা হনখ্রে। ময়াম্বগী অমদি য়ুমগী শান্তি থুগাইনবগী মরুদি মহাক্কী মরুপ অসীনি হায়না দেবেন্দ্রনা খনখি। দেবেন্দ্রনা হুপা অসিদগী হুম থাপতোরুবা হোৎনরক্লে। দেবেন্দ্রনা হুপা অহুগা উন্নবা হোৎনবদি লায়রহুনা করিগুম্বা লম্বীদা উরবা ফাওবদা থৈননবা হোৎনখি। দেবেন্দ্রনা অহুক লুনা তৌরম্বদগী ওন্নরকপা মওং অহু হুপা অহুনা খঙবা ঙমখি। মহুমক মঙোন্দা য়াম্না ঙক্না থোকখি। অহুবু মথন্তা ঙকচবদগী হেন্না থিজিল্লনবগী রাখলদি তৌখিদ্রে।

দেবেন্দ্রনা পূন্নমক অসিবু কাওনবা হোৎনরক্লে। মাগী তমলিবা লাইরিক অহুদা পূক্নীং চঙলগে হায়না মপূক্নীংদা চপ য়ুংখ্রে।

( ৪ )

ঙসি দেবেন্দ্রগী বি, এসসি গী অরোইবা পরিক্ষাগী অরোইবা হুমীৎনি। হেক লোইবগা মাগী লৈফম তান্না হনখিরমই। মাগী থবক লোইবগী হুঙাইবনে, য়ুমদা অমুক হন্দুনা ইমুং মন্নুংগী মী ময়াম অমুক হন্না উন্নরগনি হায়বগী হুঙাইবনে, মাগী পূক্নীং অহু মথুম-মরাং হৌরকই। হুমিদাং অহমক থোকলগে হায়না খনখ্রে। ইশৈ ঙংল-ঙংলহুনা ফি-রোল, লাইরিক লাইশু লোইশিল্লমই। ফমুং-ফানুং য়োমশল্লকই। খঙহৌদনা ইশৈ ঙংবা লেপখি। ফমুং য়োমশল্লম্বা থুৎফম অহুদা থাদোকখি। মকা লামলমলবা মাইথোং অমুক হন্না মকশিনখি।

য়োমশল্লবা ফমুং অহু অমুক তিংথোক্লে। লোংথাক লোংনা হিপ-লহুনা মওল মওল থল্লকই, 'হুপা অহু পুহুনা ইজ্ঞৎ মাংনবগী মশক ওইবা থবক অসি কৈদোঙৈদসু তৌরোই হায়গ্রবনি। হুপা অহু নত্রগা নঙনা পাম্বহু......। মানা পামলিবা পোৎশক অহুবু ঐগী ইথুৎমক্না পীবা ঙমগ-ত্রনে? নৎত্তে, পীফমবু থোকপরনে? অহু ওইরবদি ঐনা শকখিবা রাশক

অহুদি ? মসিদগী—মরি পুন্নমকপী ডাকথোক্লনবদি ঐ য়ুমদা শুকচৎ চৎকরোই। পুন্সীসিমগীদমক য়ুমদা অমুক চঙলরোই। মসি তৌরা তারগনা মধারী করি মরাল লৈত্তনা মচাবু থুনা ঊননিংবগী রাখল অহুবু কায়হনগ-ক্লৌরিবা ?' অসুম্না খন্না খন্না হৌগৎতুনা কি-রোল হোংদোকপা, চাক-ইশিং চারা তৌখিদ্রে। লোয়না হিপ্পদগী য়াওনবা কাওবা তৌখিদে। অসুম্না রাখলগী পল্লেপকম খঙদনা মীকপ অমফাওবা তুমদনা অহিং অহু লেন-খিরমই।

নোং ডাম্লকলে। দেবেন্দ্র মাগী তুমফম কা থাদোকলমলে। মঙ্গি মরোল শেৎচিল্লহুনা মপান থোকখরে। মহৌশা কলেজ কাবিঙৈগী মন্তৌ গুমই। মহৌশাগুম্না কলেজ য়ৌনা চৎখি। মানা মহৌশা তোয়না চঙবা লেবোরেটরিদা চঙখিরমই। মফম অতুদা মতম খরদং থবক য়াম্না চিনখি। মমৈথঙদা মাগী হোৎনজবগী মহৈ ফংলে। মখুৎনা পোটাসিয়ম সাইনাইদ চেৎনা পায়শিল্লে। য়াম্না থুনা মপাল থোরকলে। মাগী হোসতেলদা হল্লগা মপোৎ মচৈ পুন্নমক লোইশল্লমই। মানা রানা হোৎনহুনা ফঙলুরবা পোৎ-শক অহু য়াম্না চেকশিন্না কুপশিনলে। ময়ুম লমদমগীদমক থোংশাল্লকলে।

মতম শাংনা লংফৈদা লৈরুরবা দেবেন্দ্রনা চঙলকপহু ইমুংগী, লৈকায়গী অহল—লমন, অঙাং-হুবী ময়াম্না উরকপদা হুডাইবগী অরাঙবা হৌরকই। কোম্থোং মপাল য়ৌশিল্লকলে। ইমুংদগী ওকননবা মৈ পুথোরকই। হৌনবী কায়দনা ইমুংলোমদা চঙখরে। হরাওবা ময়াম অসিগী মরক্তা দেবেন্দ্রগী শককমদি তোপতোপ্পনি। চন্মমনবা রাখলগী শককল্লি। 'পোৎশক অসিবু ঐনা করম্না ইতৈমদা পীগদৌরিবনোনে' চন্মমনরবা দেবেন্দ্রগী রাখলনি।

মতৈমগী মওং-মতৌ য়েংলকই। দেবেন্দ্রবু য়াম্না হরাওনা লুনা তৌই। থবকসু ডাইহাক্তা পোথাব্রা লৈতনা তৌই। ডাইহাক শংলকপা কান্সনা পীরবা অঙাং অহু পম্নহুনা হরাওনা চোংবি। অঙাং অহুগা নোক-খেরহুনা লৈ। থবক শুনা শুনা অঙাং অহুনা তুম্নিম্না হিপতুনা লৈরিবা মাইগৈ অদোমক্তা য়েংলহুনা নোকমি নোকন্নি তৌই। অমুকসু মমীৎ হেক খৎলি; অমুক্তা মরৈ তিংথোকই। থবক কয়া লৈতবা মুমীৎ অমদসু

অঙাং অহু লণ্ডনহুনা নোক্তুনা লেনবনা থবক ওই। পুন্নমক অসি উন্নগা করম্না পীগদৌরিবনোনে হায়বা দেবেন্দ্রগী রাখল অহু চেৎশিল্লি।

রাখল অসিদা দেবেন্দ্রগী মপুক্লীং অহু লুপলমই। অতোপ্পা রাখল অমদা ঙাইহাক্তা ওইরবসু থৈদোক্তুনা পোথাবা ঙমলমদে। শুম চৎপহ দগীসু ঙাইহাক হেক লেপ্লি। ফুম্বংনবা রাখলগী মওং ঙাক্তনি। দেবেন্দ্রগী রাখলগী হুঙাইতবা মওং অমা লৈরে হায়না মতৈমা অহুনা খঙবগুম তোরে। মনাও হুপাগী হুঙাইতবা অহুদা মতৈমগী মপুক্লীংদ[illegible]না অমা পোকপগী মতৌসু উই।

নোংমগী হুমিদাংব্রাইরমনি। দেবেন্দ্রনা মানা তৌরগে হায়বগী রাখল লেপ্লে। মথুৎতা পোৎশক অহু য়াম্না চেৎনা পায়শিল্লমই। মতৈমগী কাদা চঙখিরমই। তুমিন্না মোরা অমগী মথক্তা কমহুনা লৈখি। মহাক্তী রাখলগী পল্লেপকম অমা পীরগে হায়না চপ য়ুংনা নিঙথরবনি।

দেবেন্দ্রগী মশা অহু নিকলমই। মমায়দা হুমাং মরিক মরিক কারমই। সুংশা মপীসু ফুইনা ফুইনা হোল্লমই। মথুৎতা পায়রিবা পোৎ অহুদা অমুক য়েংই। থবক নোমথোক নোমশিন্দা হঙৎ হন্দা চৎলিবা মতৈমদা অমুক য়েংই। চঙলকপা হেক খুদক্তা মতৈমবু থামগে হায়নসু তৌই। হেক চঙলকপদনা খাম্বা ঙমহৌদে। দেবেন্দ্রগী মকোক অহু উরু উরু লৈখরে।

অমুক্তি, মতৈমা অহুনা হেক চঙলকপদা দেবেন্দ্রনা মাগী অরৈবা থৌনামথৈ পুথোক্তুনা কৌগে হায়না হোৎনরমবদগী ঙমখিদবা খুদক অহুদা মতৈমা অহুনা দেবেন্দ্রবু থংউ উরমই। য়াম্না ফিংনা 'কনি তৌরে। ইবুঙো' হায়রহুনা মনাক্তা চেনশিল্লমই। দেবেন্দ্রগী হায়নিঙাই লৈতবা মওংগী অওনবা শককম অহু উবদা সুংশা থিবা পোকলমই। অহুগা, মথুৎতা করিগুবা পোৎ অমা য়াম্না চেকশিন্না পায়রি হায়বহু খঙবদা অমুক্তা হেম্না সুংশা থিবা পোকলমই। চঙশিন্দুনা য়েংলমই। কম্না শেৎতোক্তুনা মথুৎতগী পোৎ অহু মুল্লগা মপানলোমদা পুহুনা চেনথোকপ্রে।

মতৈমনা পোৎশক অহু মুন্না য়েংলমই। তশেংবা হুনি হায়বা খঙ-লমই। লাপ্পা থোকলহুনা য়াম্না চেকশিন্না মতৈমনা হুন্দোকলুরে। অহুদগী

'থাম্নবুঙদা অমসুং অতৈ রান্নি মচা

ঈমুংলোমদা অমুক চঙলকলমই। চম্পমনেম্নবা দেবেন্দ্র অঙম্বক কমছনা লৈরমলি। মতৈমনা ঙম্না হায়রকই, 'নঙমা তৌম্নিবা মতৌ অসিবু করিনো ইবুঙো ! নঙনা ইতৈমখোইবু মুংশিরবদি অসিগুম্বা থবক অসি অমুক হম্না তৌলাকরু ! ঐনা আদা লাপ্না ছপোকথরবনি। করিগুম্বা নঙগী ননিঙ থুংদবগকা লৈরবস্থু ইতৈমখোই লৈরি, করিমত্তা চিংনদনা হেক্তা হায়র্ন্নু !'

চম্পমনরবা দেবেন্দ্রনা মতৈমগী রাঙাং মওং অছু ভাবদা অমুক্তা হেক্তা [illegible]কলে। মমীং কুপতনা মতৈমা অছুদা স্নেংছনা লৈথি।

---

# তোনি মিতৈ

তোনিগী অহল-লম্মম্না থোরবা মিংদি তোনা হায়বসিনি। তোনি হায়না ওনখিবা অসি মাহাকনা ক্লাস সেভেন তমবা হৌরকপদা মপুন্না ওনজখিবা মীংনি। তোনাদগী তোনি ওল্লকপগী মাহাকনা পিবা মমম নৈ। তোনি হায়বা মিং অসী ইংলণ্ড, জর্ম্মনগুম্বা লৈবাক্তা য়াম্না কৌরে। মতম অমদা হায়রাবা লৈবাকশিং অসিগ্না মৈতৈগা মরী য়াম্না লৈনরমই। হায়রিবা মতম অসিদদী তোনি হায়বা মিং অসি মৈতৈ লৈবাক্তসু য়াম্না কৌনরমই। হৃজিকতি, তোনিদগী সুম থৈথরক্তুনা তোনা কৌনরকপনি। অহুনা হায়গী কৌনরম্বা মিং তোনি হায়বসিদা হনজল্লকপা চুমই হায়বা মরম অসিদগীনি। অহুগা মৈতৈগী থান্নগী ওইবা মওং কয়া অহু চৎপা পামই হায়তুনা তোনি মিতৈ হায়তুনা ওনখিবা মিংনি। হৃজিক্তি ঐখোয়সু মাগী মিং অসি তোনি মিতৈ হায়না অহুম কৌরে।

মী কাণ্ডবু থরা লৈ। মখোয়গী মত মতুং ইন্না মরম থুদীংমক্তা পৃথিবী অসিদা থাইদগী অখোয়বা ওইরম্বা জাতি অসি মৈতৈনি। মীখুননা শেন্না থুংশেমদসু মৈত্রবাক্তা ইহান হান্না শেম্বনি। লমজেল, মাংজোঙ্ থোংয়াই, থুবৈ মৈতৈনা হৌদোকখিবা ওাক্তনি। লোনসু মৈতৈরোয়া থাইদগী লিরবা লোননি। লিলা শাগ্নবসু মৈতৈনা হৌদোকখি। য়োৎ কৈ-হুণ্ডদগী লৌথৎতুনা শিজীন্নবসু মৈতৈনা ইহান হাল্লি। অসিনচিংবা য়ায়া য়ামগ্রে। তোনিসু ইখঙ থঙহৌদনা কাণ্ডবু অসিগী মহুত চয়োকখি।

তোনি মিতৈ মফম মরাং থঙদনা মীগী মতুং হেক্তা ইনবা মীতাদি নৎতে। কাণ্ডবু অসিদা য়াওগ্রবদা মৈতৈনা করম্বগী, কা হেন্দোকলমবগী মরম য়াম্না খিহুনা মরমাই লৈবাক মমাঙদা পুথোরকপি। থরদঙদি পনবা য়াই। মৈতৈ হায়বা জাতি অসি য়াম্না মথৌনা লৈবা, লান্দা হৈ-লিংবা কাণ্ডবু ওইরমই। মানা নোংচুপলোমদা লৌশল্লম্বা লৈবাক অসী ইংলণ্ড ফাওবা য়ৌথি। মৈতৈ লান্মীনা মফম অসি য়োরকপদা য়াম্না ইঙবা লমনি

হায়না হায়খি। অতুদগী মফম অসিবু মখোয়না 'ইংবা লম' কৌই। মতুদগী শমজীল্লকত্তা 'ইং-লম' হায়না কৌনরকই। অতুদগী সুম থৈথরক্তুনা ইংলণ্ড হায়না হুজীক খঙনরিবা অসিনি। অসুমনা, অসিদগী হৌজিক্কি ইংলণ্ড হায়বা লৈবাক অসি মতম অমদা মৈতৈনা লোই চল্লম্বা লৈবাকনি হায়রি।

তোনি মিতৈগী মত মতুং হন্না আমেরিকা অসিস্থ মৈতৈনা পুথোকলম্বা লৈবাক্নি। পুথোকলম্বা মুপা অতুগী মমীং ময়ায়া কল্লমবস হায়না খঙনরি। মসী থৈথরকপা লোন্নী। থাঙ্গেশেংবা মিংদি 'কল্লম্বা সিং হায়বনি। মৈতৈগী ঈ অশেংবা মৈতৈ মচান্নী। কল্লম্বা সিং হায়বদগী মতমগী মতুং ইন্না সুম থৈথখিত্তুনা কল্লমবস হায়নখিবনি। হুজিক কান্দা কল্লমবস হায়না হায়নরিবসি তশেংবা মৈতৈ মচা কল্লম্বা সিংহনি। করম তোনা আমেরিকাবু পুথোকখিবনো হায়বতু মাহাকনা ফজনা তাকলি। নোংমা কল্লম্বানা হিজাও অমগী লুচিংবা ওইরত্তুনা সমদ্রুদা নোংচুপ মাইগৈরোমদা সুম হোন্দুনা চৎখি। মতম ফনা শাংনা চৎলকলে। হিরোয়শিং অতুস্থ মকম খঙদনা পংচংতা চৎপা অতুদা হুংশা থীবা পোকনরকলে। রাবস্থ য়ায়া রারকলে। মহৈ মহৈ শাওনরকলে। মখোয়না কল্লম্বা সিংবু হাংতোকলগা য়ুমলোমদা হন্ননবা তৌরসি হায়বা য়ৌনা শন্নরকলে। অতুবু কল্লম্বা সিংদি অথাঙকনবা, অথৌবা লুচিংবনি। মানা হিরোয় ময়াম অতুবু লাকশীনবা ঙমলমই। মখোয়দা অনৌবা আশা, অনৌবা থৌনা পীরমই। মখোয়না মথং অসুম হোন্থরমই। নোংমগী হুংদাংরাইদি হিরোয় ময়ামগী মরক্তুগী অমনা থংনা লাওরকই, 'আদা মৈরি ক ারে, আদা মৈরি কারে।' লৈবাক অমা ফংলে হায়না মখোয় খুদী'মক য়ায়া হরাওনখি। মৈরি কারিবা অসি মৈ লৈত্তুনা কারিবনি। লৈবাক লৈরদনা মৈ হৌরবনি। মখোয় ময়ামগী হরাওবগী খোল্লাও মতুং ইন্না লম অতুগী মমিংস্থ খঙনখি। 'আদা মৈরি কারে' হায়রম্বদগী 'আদা মৈরি কা—' অসুম অসুম শমজীললক্তুনা 'আ-মৈরি-কা'—অতুদগী অমুক থৈথরক্তুনা আমেরিকা কৌথিবনি। অতুনা আমেরিকা অসি মৈতৈ মচানা পুথোকপনি। আমেরিকা পুথোকপগী অতৈ রারি লৈরিবশিং অসি অচুম্বা নৎতে হায়বসি তোনি মিতৈনা য়ায়া থিরুরগা পুথোকপা রাকমনি।

তোনি মিতৈ অসি হেক্তা পঙথগদা থঙগ্রবগী রাঁ ঙাক্তদি নংতে। নামা ফজনা হোবগী শরুকস্তু মঙোন্দগী উবা ফংই। অদুগা মানা থিদুনা পুথোকপগী মতুংদা মামঙ্গা ভাব তাবা ঙমদবা রাকমস্তু মরৈ। মানা ভাব তাবা ঙমদবা রাকম অমদি অসীনি। কাও হায়বসি মৈতৈনা যন থঙনৈ। ইংলণ্ডদা অহানবা মৈতৈ লাম্নীনা জয় তৌদুনা পানবা মতমদা যন উবদা কাওনি হায়নৈ। মতম ফনা শাংবস্তু যনবু কাও হায়রগা থঙনরিবনি। মসি ফাওবা করিস্তু কায়দে। অদুবু হুজিক্তি কাও হায়রগা মৈতৈ লৈবাক-তনা যন লাবা থঙনরগা ইংলণ্ডদনা যন অমোম থঙনরিবসি করিগীনো হায়বা রাফম অসিনি। হুজিক ফাওবা তোনি মিতৈ ফল অমা তাবা ঙমদ্রি।

থাইনগী মৈতৈগী অরীবা থঙননবগী চিঙ মান্দা য়াম্না তোয়না চং-লম্বনি। সুঙনচিংবা য়াম্না থি। মদুদা ইরম্বনচিংবা পারগা থাইনগী ওইবা রা কয়া থঙননবনি। নোংমা খুৎথীবা অমদগী সুঙ ফুকপামক্তি মমৈথঙদা থাদোকাখি। মদুদী নোংমা চিঙ অমদা লাইরিক ইবা সুঙ অচৌবা অমা থেংনরমই। মদু থাইনগী অরীবা পোৎ ঙাক্তা, ইতিহাসকী মচাক ওইগদবা কয়া ইরিবনি খনবদগী ফুকলগা য়ুমদা পুনবা থৌরাং তৌখি। য়াম্না রানা হোৎনরবা মতুংদা ফুকপা ঙমলে। মরুপ মপাং অনিগা লোইননা রানা পুরদুনা চৎপা হোৎকপদা থাং-তা পায়বা কাঙবু অমা থোরক্তনা মখোয়বু তান্নরকলমই। তশেংবদি খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুগী অহল লম্মনগী মংদা য়ুংবা সুং ওইরমবদগী খুনগী মী ময়াম হৌদুনা মখোয়বু তান্নরকপনি। সুঙ থাদরমলগা তোনি মিতৈ মাগী মরুপ মপাংশিংগা লোয়না হৌদুনা চেল-লকখি। উচিন নাচৌম্না মথরায়দি হিংহৌই। মদুগী সুমিৎতগী সুঙদদী মফুকলরোই হায়না মপুক্রীংদা থনপ্রে। তশেংবস্তু সুমীৎ অদুদগী অমুক হন্না সুঙ ফুকখিদ্রে।

তোনিদী অমতা পোকপগী হৌনবা কে মৌবগী ভাবস্তু য়াম্না লৈ। মমা লুপ্রাবীনা য়াম্না রানা য়োকপনি। অদুবু শামতুগী ফুরীৎ-খোংগ্রাও মমল য়াম্বা লৈদবা য়াদে, লৈউ হায়না মমাদা য়াম্না কন্না তকনরকই। ক্লাস টেন কারগবু করিগী শামতুগী ফুরীৎ-খোংগ্রাও তুদবা য়াব্রা! তোনিনা

থল্লীবা মসিদনি। করিগুম্বা চেঙ লৈতবদগী চাক থোংদবা ফুংদাংস্থ কনা তোয়না ময়াওরিবনি। তোনি মমিংমল্লা উরিবনি। মশামক চাগ্রীবনি। মসিনা তোনিদা করিস্থ রাহনবা ঙমদে। তোনিগী মমাগী মথরায় অসি শোকলবনি। মচাবু ফজবা খোংগ্রাও, কোট শেংহল চাহন্নিংই। অদুবু অসুক লৈতে, উপাই লৈতবনি হায়বসি তোনিনা খঙকম থোকপনি। অদুবু খঙড্রিবসি করিগীনো হায়বা রাকম অসিদনি, তোনিগী মমানা মথরাই শোক্লিবা। তোনিদি মমাদা ভকপা নোংমা কাংবা পোৎ নৎতে। নোংমদি মচীন্না থোক্না মমাদা 'ইমাদা ফুমীৎ চৃপ্পগী লৈতেদা হায়বসিবু করিনোনে! যন মথোম সুখী অসি য়োল্লগা লৈবা য়াবা পোৎসিবু' হায়রকই।

তোনিগী মমানা থল্লকই, 'মসিগী সুপাসি লাইমা ঙকইদকো! যননি হায়দুনা মীগীগুম্না যঙোম সের অনী, অদুম থোকপস্থ নৎতে। সুপ্পগী পল্লা অনী, অনীমথায় সিতনি থোক্লিবা! মসিনা চাবা থল্লা থল্লা পুনরিবসি মানা করিমতা হেক খঙদবা ঙমইদকো! য়োল্লগা ভারী-ভাতাই, হেনজাংনাপী লৈননবা হোৎনবদা, শুমলি হায়বদু মঙাই, নোংমতা ফাওবা চাবা কংজবা পোৎ নৎতে!' অদুদগী নোংমদি মচীননা থোকনা হায়রকই, নঙনা হায়রিবনীবু করিনোনে তোনি! যন অসী লৈবদগী মতেং থল্লা থল্লা ওইরিবসীবু, নঙগী কোট তুননবা য়োল্লো হায়না নচীন অদুনা হায়রা ঙমলবনিকো।'

তোনিনা পঙখুমদা খুমই। পংশাওদা শাওই। মরোলদি লৌকম খঙদে। মানা হায়রিববু, অদু অদা খঙদে, শামতুগী ফুরীৎ খোংগ্রাও তুদবা য়াদে হায়বসিদনি। তোনিগী চক্রিদা মমাদু খাঙবা ঙমলক্কে। চরাবু হেনজিল্লকপনে, পোৎ-চৈবু লঙথায় থোকায়রকপনে, মওং অমনি। থোকলবা হায়বদুনি, মচাগী নিঙবা অসীতদি থুংহল্লগে হায়না লেপপ্রে। যন অদু মমল পঙকা কাবা যনদা থোক্কে। অদুবু য়োনথোকলে। শীৎলিবা মমল অদুনা য়াম্না ফবা ফিগী খোংগ্রাও, কোট তুবা ওকপা পোৎ নৎতে। অদুবু যনগী মমল অদুনা ফংবা ফি অদুনা হেক্তা তুরসি হায়বদুদদি তোনিনা মরৈ করিমতা য়েৎতনা য়ারমই। তোনি শামতুগী খোংগ্রাও,

কোট লীৎলে। হুজিক নিঙশিংলি। মাগী ফি অতুগী মচু অতু অমুবনি, কোট-খোংথ্রাঙ, অতুগী মরী-মখোঙ থঙবা কৈরোয় লৈকায়নদি 'তোনিগী ফি মচুসি মমাগী ঈগী মচুনি' হায়।

তোনিনা মাগী মৈতৈগী অরিবা থিজিন-খোৎচিনবগী থবক তোক-ত্রি। মেত্রিক অনী অহুমলক ফাওবা মায় পাকত্রবা অসীদা থরা থরা তন্থরকপগী মওংদী উই। তোনিগী মমাস্থ মাগী মতেং থরা পাঙননবা মমো থিবগী রা হৌদোকলে। তোনিস্থ মেত্রিককি পরিক্ষাসি অমুক্কংদরী লাইবক য়েংথিসিরা হায়নদি থনজি। মমৈথঙদদি পরিক্ষাবু করি তৌয়ে হায়বনো, লুপী থিরগা থাহৈদে হায়বা লৈতবা পোৎতুবো হায়না থনখী। লুহোংবগী লুপী য়ানথ্রে। লুমীৎ ফাওবা লেপখ্রে। অসিফাওবদি করিমতা লুনা থোকখিদে। লুরকলিবদি লুহোংবগী থৌরাংগী মতাংদনি।

তোনিদি, মাগী লৈবা লৈতবা মীনা থঙবীবা পোৎ নৎতে; থবক লুদবা য়াদে, ফজহন্দবা য়াদে হায়বসিদা শিথাং থাঙবা মীতানি। উচেক অচৌবনা মহুম চাওনা শাই, অপীকপগীনা পীকনা শাই হায়বা প্রমানগকা তোরত্নুনা মমানা ফনা কন্না ঙাঙজৈ, হায়জৈ। তোনিনা তাবা লৈতে। তো-নিদি মরূপ মপাং য়াম্না লৈবা মীনি। মরূপ মপাং য়াম্না লাকনি। হরাগাড়ী শাংনা লেংদবা য়াদে। হল্লকপদা চাবা থকপা য়াম্না তৌদবা য়াদে। চৌকি য়াম্না থাদবা য়াদে হায়বসিদা য়াম্না চেৎনা লৈথ্রবা জাৎনি।

তোনিগী মমা বৃদ্ধি মাংশিল্লকলে। শেল পূবা কোইচেল চেল্লী। করিস্থ মঙ্গল ওইরক্তে। উপাই লৈত্রে। মমৈথঙদদী, চোপ্পা য়াদে হায়ব-সিনা কনশিল্লকপবা অসিদদী অরোইবা উপাই য়েংবা তাথ্রে। মখোয়না লৈরিবা হিংগোল অতুগী তংখায় অমা বন্ধান থম্বা তাথ্রে। তোনিনা নহাপমথৈ হায়দোক্তনা নিঙলিবস্থ মসিনি। থঙনবা য়েনাক থুনবা লুপা অতুদগী লুপা চামঙা লৌরে। হিংগোল অতুগী মথাথংবা তংখায় অতু লৈবা য়োনবা হায়না দলিল রেজিষ্টার তৌনরবতদা পীরকলিবা শেনফমনি।

হরাগাড়ী মশিং হম্বদে। বাঝাই বেংগুন রাৎতে। য়েনাকথুনবা মচা লুহোংবগী মওংদগী করিমতা তাখিদে। লুহোংবগী হুমিদাং অসী হিং-গোন-সম্বন ফাওবা মৈনা পুমঙান ঙাললি। সরেঙ থোংবা, ঙানপ

অতেকপা থোংবগা চাগদবা চাক লোইবা ঙাইবা ওইনা মরুপ অমগী খুমদা মরুপ মপাঙ থরগা লোয়ননা তোনি মতম লেল্লী। চুম্না ফমত্না ঙাইবদি খুঙাইবা রাংকনি হায়রত্না তাশ শান্নবা হৌগৎলে। ফাগি ফাগিদগী খুম পৈশা চাওনা থানখৎলকলে। নোংয়ায় য়ৌশিল্লকলে। তোকলসি, চৎলসি হায়না তোনিদি তোয়না মহায়জবনি। তোকননবা মতম অমুক লেপ্লি। মতমত্থু য়ৌরবা কান্দা অমুক হেক্তা শাংদোকই। পুঙ অমা তাবা ফাওবদংদি ফমথরসি হায়না ময়াম অমুক য়ানখরে। তোনিস্থু মানবু চৎলগে হায়না চপ য়ুংলবদি কনানস্থু মাবু পুন্দুনা থম্বা ঙমগদবা নৎতে। মচীন্নদি তোকলসি, চৎলসি হায়রবস্থু মথুৎনদি থরায় য়াওনা চে চিংবা লাকনরি। হৌস্থ স্থকহৌ হৌগৎতে। মমৈথঙদদি শেল চান্নরা মাঙবা য়াওনরকলে। তোনিগীস্থ শেল থরা শোকচীনখরে। নাখোঙ শাগৎলক্লে। তোক্লনবগী অকোনবা হায়নখিবা পুঙকমগকা ব্যবহার তৌনরক্লে। জুরার চপ চানা শান্নবগী মওংদা চৎথনরকলে। ক্বাক খোংলকলে। ইমুং মন্থংগী অহল অমদি মখোয়গী ঙূং ঙূং ঙংবা মখোল অত্থদা মীৎকপ থোরকলে। হুপী অহল অত্থ হৌগৎলকলে। লুহোংলীবা হুপা তোনিস্থ য়াওবা উরমই। চৈ-থাংত্থনা ঙাঙবা হৌরকলে। চৈবা তানা তানা মখোয়গী থবক অত্থ লোইশিন্নবা হোৎনরকই। শেলনগা লোইশিল্লকপনে, অহল অত্থনা 'তোনি নঙনা তৌরিবসিবু হৌনবরনে' হায়না চৈবগী চাংগা হেনগৎলকপনে শাননবা লোইশিল্লে। মমান্নবা অমতা য়াওদনা তোনি ময়ুমলোমদা হল্লক্লমই। মাঙ্গোন্দা মৌ অনৌবী অমা ফিরু ফিরাঙ খুমলত্থনা রাই তৈবত্থ উরমই। ইমুংদা চঙত্থনা মফি মরোল হোংদোকলে। উখোকতেন ময়াদা লৈরিবা ইশিং অথনবা চাইশেল অত্থগী মনাক্তা লৈরিবা পয়া অত্থ তপ্না তপ্না পায়থৎলগা য়েনথারোমদা থোকখি।

তোনি অত্থ ঙরাং অহিংগা তুমদবনে, চাবগা চাদবনে য়াম্না রারমই। ইরুজথোকলে। ঙরাঙগী শরেং থোংবা, ঙানপ থোংবা, তোনিদি চঞ্জীক ওইনা চারে। চাবা হেক লোইবগা তুমখিবসিনা হৌগৎলকপদা হুমীৎ ময়ুম চঙলমলে। ঙাইহাক্তং চৎথোকলুবনা চুমই থন্দুনা চৎথোকখি। হনজললকপা পংথেঙ থেঙদে। পুঙ মাপলগুম্বদং তারি। ফি অশেংবা হোংদোক্লুনা।

চাকশওলোমদা চঙখ্রে। চাক চাথোকলে। তুমলগে হায়রদুনা তুমফম কারোমদা চঙলকলে। কা মহুংদুদা তোনিগী মমাগা মমৌ হুপীগা মরোল মরি থোক্লা রা ঙাঙনবগী মনিল তোনিনা তারমই। তোনি কা মহুংদা চঙলকলে। 'হেই, নফি নরোল অদু ঝন ঝন তৌহু' হায়রদুনা তোনিগী মমানা তোনিবু ওইরোমদা থৈদুনা চৎননবা খুদম তৌরমই। মমৌ হুপীনা তাকপা তাকপা ফিশক, পোৎশক তোনিগী মমানা মমৌ হুপীগী মথুৎতা লাপতক লাপতকনা হুল্লপ হুল্লপ তৌদুনা থাদবীরমই। মদু লোইরগা তোনিগী মমা মপাললোমদা থোকখরে। মদু ফাওবা তোনিগি মাগী হায়গী লেপকম অদুদা চপ লেপ্পুনা লৈরি। মাগী মমীংগী মমৈদা মিতৈ হাপখি-বদগী অমুক্তা পনখিদ্রবা 'হা গোবিন্দ ইবুংঙো' হায়রদুনা ফমুংদা চঙখি।

মপাম চাকচাবা হুমীৎ য়োরকলে। হুমীৎ অসিদা তোনিমাগী মমৌ হুপী অদু মমলাইগী হোগৎলমই। মফি-মরোল শু চামগদবা য়াম্বা, চৎপনা ঙম্না চৎনিঙবদগী তৌখিবনি। মথোঙ য়াঙবা হুপীনি। থবক-থনা ঙম্না লৌইথোকখি। মানা নিঙবা মতুংইন্না ঙম্না চৎপা ঙমখি।

তোনিমাগী মরায়বক থীবরা? তোনিগী মরায়বকনরা? হায়ফম খঙদে। হুপী অদু হল্লকপসু খরা থেঙনা হুমীৎ তানিং-তামা তৌবা অদু-রাইদা হল্লকই। মমায়সু য়াম্না শুকনা হল্লকই। মফি মরোল থুনা হোং-দোকলদুনা ফমুঙলোমদা চঙখ্রে। মমৌ হুপী অদুগী মথুরা অমসু হংররকই 'মাইবা অমতদি কৌবীয়ু! আদসু মথোঙ মরি মঙারক হামলকলবনি' হায়না মথুরা অদুনা তোনিগী মমাদা খঙহল্লকই। মথোঙ হাম্বা হেন্না হেন্না তোয়খৎলকলে। মাইবা কৌরে। ডাক্তর কৌরে। অহিং অদু ময়াম চঙদুনা কন্না লাকনরমই। অদুবু শিগে হায়না লাকলবা অনাবদা মাইবা অখঙবা, ডাক্তর অহৈবগী উপাই কঙ্গিসু লৈতে। নোং ঙাল্লমদাইদা তো-নিমাগী মমৌহুপী লৈখিদ্রে।

হুপী অদুগী হুংশিফম তোনিদা ভাব থোইনা তাহোদে। সোরাৎ-নচিংবা শোনবদা মীনা তচোপ তচোপনা হায়ননবা মওংদদি তোনিনা পামদে। ফুইনা লৈমীন্নদে হায়দুনা খওইবীত্রিবনি হায়নখিনি, অসিগীতা তোনিনা খল্লমই। থবক তৌবদা ফজদবা, পীকপা য়াবা তোনি নৎতে।

তোনিনা মমাগা তাম্নরে। মানা নিঙলিবা রাকম চিংথদনা থঙহনলে। তোনিগী চক্রিন্দা নৎত্রগা ফিক্রিদা মায়থীহনতা লাকলবা মমানি। তোনিগী অনিংবা অহু তৌবা তাপ্রে। হায়না তোনিগী হিঙ্গোল তংথায় অমা মথুং চনপ্রবা মহাজনগী মনাক্তা চংপ্রে। হিঙ্গোল তংথায় অমা লেমহৌবা অহুসু মহাজনদা পীথোকপা তাপ্রে। শোরাং শোম্নবা লুপা চানিপান লৌরক্লে।

কজনা শোনপ্রবা শোরাংনি হায়না অরাকপা, অউবা মী পুন্নমক্না ভাঙহৈ। মথা তানিঙাই লৈতে। কজনা শোল্লি হায়বা অসিগী হরাওবদা হুপী ময়ুমগী অহল-লমন অহু ফাওবা মচা শিখিবগী অরাবা ঙাইহাক কাওবগুম তৌই।

কর্ম্ম মতুংগী উৎসব হুমীৎকি নোঙানবা হুমীৎ অহু অয়ুক পুঙ তরামাথোই থন্না হেনবা অহুরাইদা তোনি মিকপ থোরক্তুনা কমুংদা মমীৎ শিংলমই। থবকসি থোকলিঙৈ, কন্না হোৎনরিঙৈদদি রাবু রাদে; লোইরবা কান্দা অরাবা ফাওরকই হায়বহুনি। মাগুব খনবগী, মাগুব শীদোকপগী, রাবনা মশা অহু থুনা হেক য়াওনবা ভমলমদে। লোংনা অহুম হিপতুনা রাখল তৌরমই। রাখল অহুগী মতুং ইন্না মাগী থবকসু চৎথরকই। তোনিগী য়াহৌবগী পুঙকম অসি অতাবনা থন্না ঙকনা থোকই। তোনিদি মহৌশাদগী য়াহৌবসি য়াম্না থেঙই। নহানা য়াহৌ থেঙবা হায়বসি অহল-লম্মননা কয়া য়ানদে। অহল লম্মননা য়ানা য়াহৌ থেঙবা হায়বসি তোনিদা থেংনৈ। তোনি অসি নিতিগী মমানা হৌদোক্লবদা লান ওইরিবনি। নোংমা তোনিনা পুঙ মাপল তাবা ফাওবা হৌগৎতে। মমানা হৌদোকপসু য়াত্রবনি। তোনিগী মমান্নবা থন্না হায়নবা মতুং ইন্না তোনিগী ময়ুমদা লাকই। জিপ অমদা মথোয় মঙা তোংলকই। পিকনিক চৎকদৌরিবনি। পুঙ মাপলদা চৎসি হায়নবহুনা পুঙ মাপল হেন্না ফাওবদা হৌগৎলমদবা অহুদা মমান্নবা পুন্নমকতু মৈ থোকনা শাওরমই। মথোয়মথৈদা চৎলগনি হায়না তোনি হুন্দোকলমহুনা চৎখি।

হুমিদাং পাও অমা রা-রা তৌরমই। অশেংবা পাওসু ওইরমই। পিকনিক চৎখিবা কাঙবু অহুগী গাড়ী অহু গ্রঙ চৎলে; মী অমা শিরে। মথুং তেকপা, মথোঙ শোকপা, মকোক কায়বা, তোংলিবা কাঙবুদা

শোক্তবা অমতা য়াওদে। তোনিস্নু করিগুম্বা চৎলমলবদি হায়না তোনি ময়া কোকচাওবী কাখি। মানা ওসাই হৌদোকপা অহুদা হৌগৎলমলবদি তোনি শোয়দনা চৎখিগনি। চৎলবদি শোয়দনা শিবা-শোকপা থোক্লমগনি। 'ইচানা য়াহৌ থেঙবদগী মথরায় হিংহৌরিবনি; ইচানা তুম্বা তুমগ্রবদি স্নুকহৌ হৌদোকগ্ররোই' হায়না তোনি মমানা য়াশকখি। স্নুমীৎ অহুদগী হৌনা তোনিমানা তোনিবু য়াহৌরো হায়না হৌদোকপা খঙলকত্রে।

তোনি ভাব তৌরকই। মহাজনগী য়ুমদা চৎখ্রে। লুপা চনীদং হাপলগা হিংগোল অহু পুংলোই লোইনরসি হায়নরে। মহাজনস্নু য়ারহুনা শেল অহু পীরকলে। মীগী শেল মচীৎ লৈবা লোইনা শিংদোকলে। তোনিদি মীগী শেল-থুমগা তোনবা, মীনা রা লাকচনগকা হায়বা, তাবা ওম্বা মীতা থোকতবনি।

তোনিনা ওসি লৈরিবা হিংগোল অসী তোনিগী হিংগোল কৌত্রে। মীগী ওইগ্রবনি। তোনি করম তৌনা মী ওইগনি? করি তৌরগা চাগনি? করম্না নোমলগা লৌ-ইংখোল অমুক হঞ্জনবা ঙমগনি? য়াহং কয়া অসী তোনিনা মথন্তা হংজরিবনি। লয়ায়দা হোংথহুনা, লৌ-শিং উহুনা কম্না নোমলগা অমুক্তং হৌগৎপা য়াত্রা য়েংলগে খনখ্রে। মপোৎ-মচৈ য়োমলহুনা লয়ায়রোমদা হাইথখ্রে।

তোনি মরম ওকনা থবক ইনথাং শুবা হৌরকই। য়ুম পানবা চুমই হায়বসিস্নু তোনিনা কম্না খল্লকই। অহুগা তোনিনা মীনা হায়বদা তাথীবা য়াম্না থাজবা অমা লৈ। মহুদী মঙোন্দগী হনবা স্নুপী লৌরবদি য়েনাক খুনগনি হায়বসিনি। তোনিদি মানা খনবা অহুদা হেক্তা ঈনবা জাৎনি। তোনি মতম খিংতগী মনুংদা মঙোন্দগী চহী মরীরোম হনবী মৌ অমা লৌখি।

হন্দক্তি তোনিনা কাপ্পা তেন চুমলকলে। স্নুপী অহুগী মপানস্নু উননবা লৌ তোনিদা পীরে। য়াম্না হেন্না থোকপমক নৎত্রবস্নু থাইগী ময়ায় ওইনা কংনরিবা চাং অহুদগী করিগু হস্বদনা কওই। চাবা থকপা, শেংপা করিমতা য়াৎলক্তরে। স্নুপী অহুনগা হৈ-শিংবনে। শেলস্নু খজিক খজিক পায়খৎচরক্লে। তোনি মথরাই য়াম্না স্নুঙাইরক্লে। মকোইগকা থাককৎলহুনা খুনগী মচীন তোঙবা মীগকা তিম্নবা হৌরকলে।

লাইবক অসীসু ওম্বোকপা হায়বদুনি। নোংমদি খঙহৌদনা তো-নিগী সুপী অমুু অখিনবা হৌদুনা কন্না লাকনরমই। কনা কন্না হোৎনৈ হায়বদু মঙাই। মাগী খন্নায় কনবা ঙমখিদরে। অহানবা সুপী শিখিবদদি তোনিদা করিসু থোইনা অন্নাবা ফাওখিদে। হন্দকী অসৌদি তোনি মথন্নাই পুবা ঙমখিদে।

পোৎলোইবা লোইরে; তোনিগী মফি মরোল অমুু ইচোৎ চোৎ-লি। মংগুমলকপনি। কপনা কপদা লাকই। তেংথা নাওইরকই। মপূক-নীংদা খলম্বা রাখল অমুু ফুমদুনা থম্বা ঙমদ্রে। তেংথারকই, 'শিন্নিবা অসে! ঐগী সুপী নৎতে, নৎতেয়ে—ইমানিনে, ইমা! ইমা! ঐবু য়োক-পীরকলবনে! ঐবু থাকপীরকলবনে! ঐবু শেম্বীরকলবনে; সুপী নৎতেয়ে, ইমানিনে, ইমা! ইমা! .........'

মতাং অসিদা অঙাওবা সুপা অহল অমা চৈ পায়রদুনা হিংগোল অমদগী চেনথোরকলমই। অকামবা লোলনা 'নঙনা নহান মখৈ পান্নদুনা লৈরমলিবা অসীদী নমা পান্নরমলিবোইরে' হায়না চৈরদুনা চৈ অমুু থাং-গৎলদুনা তান্নখিরমই। তোনিনা তেংথারম্বদু খঙতোক তোকলদুনা মফি তাখৎলগা হৌদুনা চেনথীবা অমুু ময়াম পুন্নমক লেপ্তুনা য়েংনখি।

লোইরবা

